# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা (খণ্ড তরাহুমদোই শুবা)

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

ঙৌবা মণিপুরি অনুবাদ অমসুং নৈনমৌজি য়াওবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড ৩রা হুমদোইশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তোবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা মখা

অমসুং শীতলজিৎ-না কোন্ডবা।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

(৩) পাইওনিয়র্ ট্রেডিং কোং,

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ১৯৭৮

 মমল লুপা ৬০্

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

# মধ্যলীলা

## তরানীপালশুবা পরিচ্ছেদ

মূল ১

বৃন্দাবনে স্থিরচরান্ নন্দয়ন্ স্বাবলোকনৈঃ।

আত্মানঞ্চ তদালোকাদ্গৌরাঙ্গঃ পরিতো ভ্রমৎ ॥ ১ ॥

শব্দার্থ

বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা ; স্থির—লেঙদবব ; চরান্—অচৎপশিংবু ; নন্দয়ন্—নুংঙাইহন্দুনা ; স্বাবলোকনৈঃ—মছাবু উহন্‌বিদুনা ; আত্মানং—মছাবু ; চ—সু ; তৎ-আলোকাৎ—মখোয়বু উবদা ; গৌরাঙ্গঃ—শ্রীগৌরাঙ্গনা ; পরিতঃ— অমদা অমদা ; অভ্রমৎ—কোয়রম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবন-দা শ্রীগৌরাঙ্গনা মছাবু উহল্লগা অরেঙ-লেঙদা পুম্নমকপু নুংঙাইহল্লগা অমসুং মছামক্তু অরেঙ-লেঙদা পুম্বহু উবদা নুংঙাইখিদুনা মফম অমদসু অমদসু কোয়রেঙ কেঙখি।

মূল ২

জয় জয় গৌরচন্দ্র জয় নিত্যানন্দ।

জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্ত বৃন্দ ॥ ২ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুবু থৌরম্জে ; শ্রীনিত্যানন্দবু থৌরম্জে ; শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু থৌরম্জে অদুগা শ্রীগৌরভক্ত পুম্নমকপু থৌরম্জে।

## মূল ৩

এইমত মহাপ্রভু নাচিতে নাচিতে।
আরিটগ্রামে আসি বাহ্য হৈল আচম্বিতে ॥ ৩ ॥

## শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; নাচিতে নাচিতে—জগোই শার-শাবদুনা ; আরিটগ্রামে—আরিটগ্রামদা ; আসি—লাক্লগা ; বাহ্য—বাহ্যজ্ঞান (পোৎশক খঙবা) ; হৈল—ওইরম্মী ; আচম্বিতে—খঙহৌদবমখৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না (হায়বদি প্রেমাবেশদা) মহাপ্রভুনা জগোই শানা শানা লেঙলক্পনা আরিট্‌গ্রাম য়ৌখি, মতমদুদা আবেশ থাদুনা বাহ্যজ্ঞান খঙহৌদবমখৈ লাকখি।

## নৈনরোল

আরিট্‌গ্রাম—মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা শল্লাব-ওন্দুনা-লাক্লম্ব অরিষ্টাসুরবু হাৎখি ; মরমসিনা লমসিবু অরিষ্ট-গ্রাম নত্রগা আরিটগ্রাম হায়না কৌখিবনী। হায়নবা অমা লৈ, মদুদি—অরিষ্টাসুরবু হাৎলগা শ্রীকৃষ্ণনা হরাওরদুনা শ্রীরাধাবু পায়গে-শোক্কে হায়না লেঙলক্পদা শ্রীরাধাসু নোক্‌ক্রেম্মনা হায়রকখি—"অরিষ্টদু অসুর (হিংচাবা) ওইরবসু মহাক্না, ইবুংঙোনা তীর্থপুম্নক্কা স্নান তৌবা হুম্নবদি শল্ হাৎপগী দোষসী কোক্কনী, দোষদু কোক্লবা মতুঙদদা ঐবু শোকপা য়াগনী।" ঋসী তাবদা শ্রীকৃষ্ণসু ফজনা নোক্লগা হায়রম্মী,—"ফরে, মফমসিমক্তা তীর্থ পুম্নমক পুক্লগা ঐ স্নান তৌগনী।" হাসী হায়রগা ফাগিওই-করিওই লৈপাক্তা খোঙনা কাওবদা হেক্তা মাগী ঐশ্বর্য্যশক্তিগী মপান্না মফমদুদ কুণ্ড অমা ওইখি অদুগা কুণ্ডদু থুদক্তা তীর্থ পুম্নমক্কী ঈশীঙনা থন্‌খি ; তীর্থশিংদুনা মছা-মছাগী শক্ তাক্লগা শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌখি। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগা মাগী সখীশিংগী মমাঙমক্তদা কুণ্ডদুদা তীর্থ পুম্নমক্কী ঈশীঙনা স্নান তৌখি। কুণ্ডসিবু অরিষ্ট-কুণ্ড-সু কৌরি, শ্যামকুণ্ডসু কৌরি।

মতৌ অসুম্না কুণ্ড থোরকুখিবহ্ উরগা অহ্নগা কুণ্ডগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রগল্‌ভ-বচন ( নাপলগী ওইবা রাক্তা ) মনাকোণ্ডনা তাবদা সখীশিংগা লোয়ননা শ্রীরাধাসু নোক্রেম্‌-হায়থ্রেম্লনা শ্যামকুণ্ডগী মনাক্তা কুণ্ড অমা তৌ:বা হৌখি। ঐশ্বর্য্যশক্তি লৈবনীনা মতম থক্তিগী মনুংদা মঙ্গ-না কুণ্ড অমা তৌ:রে। তীর্থ পুম্নমক্না তিল্লিবা মানসীগঙ্গাগী ঈশীঙ পুররগা সখীশিংনা কুণ্ডহু থল্‌হনগে নীংখি। মহু থংলহনা শ্রীকৃষ্ণনা মরমাই কুণ্ডদা লৈরিবা তীর্থ পুম্নমক্না য়াথং হেক তাউথরগা মখোয়না শ্যামকুণ্ডগী রাধা-কুণ্ডদা চঙলগা কুণ্ডহুবু ফজনা থল্‌হনখি অমসুং রাধিকাবু স্তুতি তৌখি। কুণ্ডহুবু শ্রীরাধাকুণ্ডসু কৌয়ি শ্রীকুণ্ডসু কৌয়ি। কুণ্ড অনীসী নাক-য়েং-ওইদা খাব্রাংনা আরিট্‌গ্রামদা লৈ। ( ভক্তিরত্নাকর, পঞ্চম তরঙ্গ )।

মূল ৪

আরিটে রাধাকুণ্ডবার্ত্তা পুছে লোকস্থানে।
কেহো নাহি কহে, সঙ্গের ব্রাহ্মণ না জানে ॥ ৪ ॥

শব্দার্থ

আরিটে—আরিটগ্রামদা, রাধাকুণ্ডবার্ত্তা—রাধাকুণ্ডগী রা ; পুছে—হংঙী ; লোকস্থানে—মীশিংগী মফম্‌দা ; কেহো—কনামতনা ; নাহি কহে—হায়দে ; সঙ্গের—লোয়নররক্‌পা মাথুর-ব্রাহ্মণনা ; না জানে—খঙদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আরিটগ্রামদা মীশিংগী মফমদা রাধাকুণ্ডগী রা প্রভুনা হংখি ; কনা-মতনা খুম্নম্‌দে ; প্রভুগা লোয়নরম্বা মাথুর ব্রাহ্মণসু রাধাকুণ্ডগী রা খঙদে।

মূল ৫

তীর্থ লুপ্ত জানি প্রভু সর্ব্বজ্ঞ ভগবান।
দুই ধান্যক্ষেত্রে অল্পজলে কৈল স্নান ॥ ৫ ॥

শব্দার্থ

তীর্থলুপ্ত—কুণ্ডগী মফম মাংথ্রে ; জানি—খংলহনা ; প্রভু—শ্রীমন্মহা-প্রভু ; সর্ব্বজ্ঞ—পুংখং-খংবা, খংদবা লৈত্রবা ; ভগবান্—ভগবান্না ;

দুই—অনী ; ধান্যক্ষেত্রে—লৌবুক্তা ; অল্প—খজিক্ত-ওইবা ; জলে—ঈশীংদা ; কৈল স্নান—স্নান তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড অনীমক লূপ্‌খরে হায়বা খঙলদুনা পুঙখঙ-খঙবা ভগবান্ শ্রীমন্মহাপ্রভুনা কুণ্ড কৌরম্বা মক্ষম লৌবুক অনীদা লৈরম্বা ঈশীঙ খজিক্তংদুনা স্নান তৌখি।

## মূল ৬

দেখি সব গ্রাম্যলোকের বিস্ময় হৈল মন।
প্রেমে প্রভু করে রাধাকুণ্ডের স্তবন ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

দেখি—(সন্ন্যাসী প্রভুনা লৌবুক্তা স্নান তৌরম্বদু) উরগা ; সব—লোইনমক ; গ্রাম্যলোকের—গ্রামগী মীশিংগী ; বিস্ময়—অঙকপা ; হৈল—ওইখি ; মন—পুক্নীঙ ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমাবেশদা ; প্রভু করে—প্রভুনা তৌখি ; রাধাকুণ্ডের স্তবন—রাধাকুণ্ডগী স্তুতি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(লৌবুক্তা প্রভুনা স্নান তৌবদু) উরগা খুলদুগী মীশিংগী মপুক্নীঙদা ঙকখি। প্রেমদা লুপ্লগা প্রভুনা রাধাকুণ্ডবু স্তুতি তৌয়ি।

## মূল ৭

সবগোপী হৈতে রাধা কৃষ্ণের প্রেয়সী।
তৈছে রাধাকুণ্ড প্রিয়—প্রিয়ার সরসী ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

সবগোপী হৈতে—গোপী পুম্নক্কী ; রাধা—শ্রীরাধানা ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; প্রেয়সী—নুংশিবী ; তৈছে—মদুগুম্না ; রাধাকুণ্ড—রাধাকুণ্ড ; প্রিয়—নুংশিবনী ; প্রিয়ার—নুংশিবীগী ; সরসী—সরোবর নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপী পুম্নমক্তগী শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিথোইবীনী ; মতৌ অদুগুম্না রাধাকুণ্ডসু নুংশিবীগী সরোবর-নী হায়দুনা কৃষ্ণগী নুংশিথোইবনী।

## মূল ৮

যথা রাধা প্রিয়া বিষ্ণোস্তস্যাঃ কুণ্ডং প্রিয়ং তথা।
সর্ব্বগোপীষু সৈবৈকা বিষ্ণোরত্যন্তবল্লভা ॥ ৮ ॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ১/৪/২১৬—দা য়েংবিয়ু। শ্লোকসী লঘুভাগবতামৃতগী উত্তরখণ্ডদা ( ৪৫ ) য়াওবা পদ্মপুরাণগী বচন অমনী। মূল ৭-তা হায়রিবা রাফমগী প্রমাণী শ্লোকসী।

## মূল ৯-১০

যেই কুণ্ডে নিত্য কৃষ্ণ রাধিকার সঙ্গে।
জলে জলকেলি করে,—তীরে রাসরঙ্গে ॥ ৯ ॥
সেই কুণ্ডে যেই একবার করে স্নান।
তারে রাধা-সম-প্রেম কৃষ্ণ করে দান ॥ ১০ ॥

## শব্দার্থ

যেই কুণ্ডে—কুণ্ড অদুদা ; নিত্য—নিতিগী ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; রাধিকার সঙ্গে—রাধিকাগা লোয়ননা ; জলে—ঈশীংদা ; জলকেলি করে—জলকেলি তৌয়ি ; তীরে—কুণ্ডগী মপান্দা ; রাসরঙ্গে—রাসগী নুংঙাইবগা লোয়ননা ( শান্নে ) ; সেইকুণ্ডে—কুণ্ডদুদা ; যেই—কনাগুম্বা মহাক্না ; একবার—অমুক্তং ; করে স্নান—স্নান তৌয়ি ; তারে—মঙোন্দা ; রাধা-সম-প্রেম—রাধাগীগা মান্নবা প্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; করে দান—পীবিয়ে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধিকাগা লোয়ননা মতমপুম্বদা ঈশীংদা জলকেলি অদুগা মপান্দনা রাসগী ইরাং তৌখিবা কুণ্ড অদুদা কনাগুম্বমা স্নান তৌরবদি মীদুদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগীগা মান্নবা কৃষ্ণপ্রেমদু পীনবিয়ে।

## নৈনরোল

রাধাসম প্রেম—কনাগুম্বনা অমুকৃথক্কং শ্রীরাধাকুণ্ডসিদা স্নান তৌরবা, মী মহাক্তুদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগীগা মান্নবা প্রেম পীনবিয়ে। কুণ্ডসিগী মগুণদি অসুক চাওয়ি! মফমসিদা 'রাধাসমপ্রেম' হায়রগা থঙনরিবসী করিনো হায়বত্থ থন্নবীগুভাইনী। পোৎ অনীবু অমগা অমগা মান্নে হায়রবদি—অনীগী চাং মান্নে নত্রগা জাতি মান্নে হায়না থঙহল্লী। উতেক অনীবু মান্নে হায়বা মতমদা মতেক অনীত্থ শাংবা মান্নে পাকৃপা মান্নে হায়না থঙনৈ; নত্রগা মসীমস্থ থঙনবা য়াই মতুদি উতেক অনীত্থ জাতি অমতগী হায়বদি উচান্‌-নী নত্রগা উনিংথৌনী নত্রগা, অসিমস্থ থঙন্হন্‌লা য়াই মত্থদি— উতেক অনীত্থ চাওবা-লাকৃপদস্থ মান্নে অমস্থং জাতিদস্থ মান্নে। শ্রীকুণ্ডদা স্নান তৌবগী ফল ওইনা ফংবা য়াবা প্রেমত্থ শ্রীরাধাগী প্রেমগা মান্নে হায়বি। মতৌকরম্না মান্নরিবনো? চাংদা মান্নরিবরা নত্রগা জাতিদা মান্নরিবরা নত্রগা মরম অনীমক্তা মান্নরিবরা? শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা শ্রীরাধানা সুংশিরম্বগী চাংদাত্থক কুণ্ডস্নান তৌবা মীনস্থ ফংভী হায়রিবরা? নত্রগা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা শ্রীরাধগী লৈরম্বা প্রেমগী জাত্তাত্থ—মছাগী সুংভাইবা পাম্বগী মণম চঙদবা, কৃষ্ণগী সুংভাইবা হায়বা অত্থতগী ওইবা—প্রেমগী জাত্তাত্থরা কুণ্ডস্নান-তৌবা মীনা কৃষ্ণপ্রেম ফংপদৌরিবসে? অত্থগীস্থ মথক্তা শ্রীরাধাগী কান্তাভাব-কী ওইবা প্রেমত্থরা ফংগদৌরিবসে? নত্রগা মওং অনীমক্কী ওইবা প্রেম অত্থরা ফংগদৌরিবসে?

অহান্‌বদা, চাউবা-মান্নবা প্রেমগী রা নৈনসী। ব্রজগোপীশিংগী প্রেমদি অস্থম অস্থম হেঙ্গৎলকৃপত্থনা মহাভাব কৌবা প্রেমগী মতাঙত্থ ফাওবা য়ৌয়ি। মহাভাব হায়বসী শ্রীকৃষ্ণগী মহিষী ( দ্বারকাগী লৈমশিং ) পুন্নমক্ত-ফাওবা ফংবা ঙম্‌দবনী; মসিদি ব্রজদেবীশিংদদা ওইথোকপা পোৎনী। "মুকুন্দমহিষীবৃন্দৈরপ্যসাবতি দুর্লভঃ। ব্রজদেব্যেকাসংবেদ্যো মহাভাবাখ্যয়োচ্যতে॥—উজ্জ্বলনীলমণি স্থা, ১১১।" মহাভাব অসী রূঢ় অমস্থং অধিরূঢ় হায়না মখল অনী থোকৃয়ি। রূঢ়-মহাভাব-তি ব্রজদেবীশিংদদা ওইথোকৃয়ি। অধিরূঢ়-মহাভাবস্থ মোদন অমস্থং মাদন হায়না অনী থোকৃয়ি। মোদন হায়বসী ব্রজদেবী পুন্নমক্তা ওইথোক্কে, শ্রীরাধাগী যূথদা য়াওবী ললিতা-বিশাখানচিংবী মথোয়দদা ওইথোকৃয়ি। "রাধিকাযূথে

এবাসৌ মোদনো ন তু সর্ব্বতঃ। উঃ নীঃ স্থা ; ১১৮।" অতুগমুক মাদন হায়বতুদি শ্রীরাধিকাদা ওইথোকৃয়ি, শ্রীরাধিকাগী যূথদা য়াওবী ললিতা বিশাখাশিংদফাওবা ওইথোক্তে : অতৈগী য়াদি করি হায়রুগনী ? "সর্ব্ব-ভাবোদ্‌গমোল্লাসী মাদনোহয়ং পরাৎপরঃ। রাজতে হ্লাদিনীসারো রাধা-য়ামেব যঃ সদা॥" উজ্জ্বল-নীলমণি স্থা, ১৫৫।" মতাংসিদা উবা ফংলিবদি, শ্রীরাধিকাগী প্রেমগী চাং ( পরিমাণ ) অসী মাদন কৌবা মহাভাব হায়বহু ফাওবা কাপ্রে। মচাংসী, শ্রীরাধাগীহু য়ৌনা অন্তরঙ্গা ওইবী সখী ললিতা বিশাখানচিংবদফাওবা ওইথোক্তে, অতৈগী য়াদি করিমুক হায়রুনী ? চাংদাসিগী প্রেমসে শ্রীরাধাকুণ্ডদা স্নান অমুকখক্তং তৌরগা ফংগনী হায়বসী ওইথোক্তবা য়ানী। করিগুম্বা অস্নুম্না হায়বা তারবা, মতুদি— শ্রীরাধাকুণ্ডদা তৌবা স্নানগী মাহাত্মানা প্রেমদাহু ওইথোক্লোই হায়গদৌ-রিবদি করিগীনো ? মতুগী পাউখুমদি অসিনী, মতুদি—স্নানগী মাহাত্মানা প্রেমগী চাংদাহু ফংবা য়াই হায়রবোইদি ললিতা-বিশাখা-নচিংবা শ্রীমতীগী যূথগী সখীশিংনা কংলমদ্রিবদি করিগীনো ? মথোয়দি নিতিগী কুণ্ডসিদা স্নান তৌরিবনী। তশেংবমক্তি, শ্রীরাধাদি মহাভাবস্বরূপিনী, মূর্ত্তিমতী হ্লাদিনী শক্তি হায়বতুনী। মাগী চাংদাগা মান্নবা প্রেমদি কনাস্থু ফংবা য়ারোই।

হৌজিক ঐথোয়না উরে, শ্রীকুণ্ডদা স্নান তৌবা মীদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী প্রেমগা মান্নবা প্রেম পীনবী হায়বসিদি চাং মান্নবগী য়া নত্তে, জাতি মান্নবগী য়ানী, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা শ্রীরাধাগী নৈবা প্রেম-জাত্তাহু পী হায়বনী—মচাগী মুংঙাইবগী অপাম্বা য়াওদবা ( স্বসুখবাসনাশূন্য ), কৃষ্ণগী মুংঙাইবা হায়বতুনা মরম ওইবা ( কৃষ্ণসুখৈকতাৎপর্য্যময় ) কান্তাপ্রেম অহু পী হায়বনী।

## মূল ১১

কুণ্ডের মাধুরী যেন রাধার মধুরিমা।
কুণ্ডের মহিমা যেন রাধার মহিমা॥ ১১॥

## শব্দার্থ

কুণ্ডের—রাধাকুণ্ডগী ; মাধুরী—মাধুর্য্যদি ; যেন—গুম্মী ; রাধার—রাধাগী ; মধুরিমা—মাধুর্য্য ; কুণ্ডের—কুণ্ডগী ; মহিমা—মতীক ময়াই ; যেন—গুম্মী ; রাধার—রাধাগী ; মহিমা—মতীকময়াই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাকুণ্ডগী মহিমা অমসুং মাধুর্য্যদি শ্রীরাধাগী মহিমাগা অমসুং মাধুর্য্যগা মান্নবা মতৌগুম্বনী।

মূল ১২

শ্রীরাধেব হরেস্তদীয়সরসী প্রেষ্ঠাদ্ভুতৈঃ স্বৈর্গুণৈঃ—
যস্যাং শ্রীযুতমাধবেন্দুরনিশং প্রীত্যা তয়া ক্রীড়তি
প্রেমাস্মিন্ বত রাধিকেব লভতে যস্যাং সকৃৎস্নানকৃৎ
তস্যা বৈ মহিমা তথা মধুরিমা কেনাস্তু বর্ণ্যঃ ক্ষিতৌ ॥ ১২ ॥

শব্দার্থ

শ্রীরাধাইব—শ্রীরাধাগুম্না ; হরেঃ—হরিগী ; তদীয়সরসী— মহাক্কী কুণ্ড ( রাধাকুণ্ড ) ; প্রেষ্ঠ—য়েৌনা নুংশিবা ; অদ্ভুতৈঃ—অঙকপা ; স্বৈঃ—মছাগী ; গুণৈঃ—গুণশিংনা ; যস্যাং—মহুদা (কুণ্ডহুদা) ; শ্রীযুতমাধবেন্দুঃ—ব্রজগী মপুঙফাবা থাজ ওইবা মাধব-না ; অনিশং - নুমীৎখুদিঙগী ; প্রীত্যা—প্রী তিগা লোয়নননা ; তয়া—মহাক্কা (শ্রীরাধাগা) লোয়নননা ; ক্রীড়তি—শান্নে ; প্রেম—প্রেম ; অস্মিন্—শ্রীকৃষ্ণসিদা ; বত—তশেংনমক্ ; রাধিকা এব—রাধিকাগুম্না ; লভতে—ফংঙী ; যস্যাং—মহুদা (রাধাকুণ্ডদা) ; সকৃৎ—অমুক্তং ; স্নানকৃৎ—স্নান-তৌবা মী ; যস্যা—মহাক্কী ( রাধাকুণ্ডগী ) ; বৈ—তশেংবমক ; মহিমা—মতীক্ময়াই ; তথা—অদুগুম্না ; মধুরিমা—মাধুর্য্য ; কেন—কনানা ; অস্তু—ওইগবা ; বর্ণ্যঃ—বর্ণন-তৌনঙাই ; ক্ষিতৌ—পৃথিবীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মছামক্কী খ্বায়গা-মান্নদবা অমদি মীপুম্ববু ওক্হনবা গুণ লৈবা মরম্না শ্রীরাধাবু নুংশিবগুম্না শ্রীরাধাকুণ্ডবু শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না নুংশি। ব্রজগী পূর্ণচন্দ্র ওইবা মাধব-না মাগী নুংশিথোইবী শ্রীরাধাগা লোয়নননা কুণ্ডসিদা প্রেম-থন্না মক্কম পুম্বদা শান্নে ; কুণ্ডসিদা অমুক্তং স্নান তৌবা মীনা শ্রীরাধানা নুংশিবগুম্ শ্রীকৃষ্ণবু নুংশি : মরমদুনা শ্রীরাধাকুণ্ডগী মহিমাবু অমসুং মাধুর্য্যবু বর্ণন তৌবা ঙম্বা পৃথিবীসিদা কনা লৈগনী ?

## নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীগোবিন্দলীলামৃতদগী লৌথোকৃপনী (৭/১০২)। মমাঙগী পয়ারদা হায়রিবা রাফমগী প্রমাণী শ্লোকসী।

## মূল ১৩

এইমত স্তুতি করে প্রেমাবিষ্ট হইয়া।
তীরে নৃত্য করে কুণ্ডলীলা স্মঙরিয়া ॥ ১৩ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌঅসুম্না; স্তুতি করে—স্তুতি তৌয়ি; প্রেমাবিষ্ট হইয়া—প্রেমাবেশদা চঙহনা; তীরে—(কুণ্ড) মপান্দা; নৃত্য করে—জগোই শাই; কুণ্ডলীলা—কুণ্ডদা শান্নখিবা রাধাকৃষ্ণগী লীলা; স্মঙরিয়া—নীঙশীঙহনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না প্রেমাবিষ্ট ওইরগা মহাপ্রভুনা কুণ্ডস্তুতি তৌখি। কুণ্ড-লীলা (হায়রবদি রাধানচিংবগা লোয়নননা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখিবা লীলাশিং) নীঙশীঙলগা প্রভুনা কুণ্ডমপান্দা জগোই শাখি।

## মূল ১৪

কুণ্ডের মৃত্তিকা লঞা তিলক করিলা।
ভট্টাচার্য্য দ্বারা মৃত্তিকা সঙ্গে করি নিল ॥ ১৪ ॥

### শব্দার্থ

কুণ্ডের—রাধাকুণ্ডগী; মৃত্তিকা—লৈখোম; লঞা—লৌরগা; তিলক—চন্দন-থিন্বা; করিলা—তৌখি; ভট্টাচার্য্য দ্বারা—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যবু পায়হল্লগা; মৃত্তিকা—মৃত্তিকা; সঙ্গে করি—লোয়নননা; নিল—পুরম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাধাকুণ্ডগী মৃত্তিকা লৌরগা প্রভুনা চন্দন থিন্খি। বলভদ্র ভট্টাচার্য্যবু পায়হল্লগা প্রভুগী মৃত্তিকা লোয়নননা পুরম্মী।

## নৈনরোল

রাধাকুণ্ডদা সখীশিংগা লোয়নননা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নখি; কুণ্ডহুগী

মৃত্তিকাদা শ্রীরাধাগী চরণ-রেণু ( খুয়া-উফুল ) য়াওরি ; ঈশীঙগী মনুঙদা লৈবনীনা চরণ-রেণুতু মুংশীংনা তুমতুনা মফম অতৈদা চৎপস্তু ওইথোক্লমদে। মৃত্তিকাতুনা চন্দন থিল্লবদি শ্রীরাধিকাগী চরণ-রেণুনা চন্দন থিনবা হায়বতু ওইরে। শ্রীরাধিকাগী চরণরেণুগী মাহাত্ম্যাদি শ্রীলনরোত্তমদাস ঠাকুর মহাশয়না হায়রম্মী—"রাধিকা-চরণ-রেণু ভূষণ করিয়া তনু, অনায়াসে পায় গিরিধারী—রাধিকাগী চরণরেণুনা হকচাংগী লৈতেং ওইহল্লগা ইরায়-লায়না গিরিধারী শ্রীকৃষ্ণবু ফংগনী।"

## মূল ১৫

তবে চলি আইলা প্রভু সুমনঃসরোবর।

তাহাঁ গোবর্দ্ধন দেখি হইলা বিহ্বল ॥ ১৫ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; চলি—চৎলগা ; আইলা—লাকখি ; প্রভু—প্রভুনা ; সুমনঃসরোবর—সুমনঃসরোবর ; তাহাঁ—মফমতুদা ; গোবর্দ্ধন—গোবর্দ্ধন-গিরি ; দেখি—উবদা ; হইলা—ওইখি ; বিহ্বলা—জ্ঞান মাঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী প্রভুনা লেঙলগা সুমনঃসরোবরদা য়ৌরকখি। মফমতুদা শ্রীগোবর্দ্ধন গিরি উবদা জ্ঞান মাঙখি।

## নৈনরোল

সুমনঃসরোবর—রাধাকুণ্ডগী মোইরাংলাইজীদা লৈ। মমিং অমনা মানসগঙ্গা কৌয়ি।

## মূল ১৬

গোবর্দ্ধন দেখি প্রভু হৈলা দণ্ডবত।

একশিলা আলিঙ্গিয়া হইলা উন্মত্ত ॥ ১৬ ॥

### শব্দার্থ

গোবর্দ্ধন দেখি—গোবর্দ্ধন গিরি উবগা ; প্রভু—প্রভুনা ; হৈলা

দণ্ডবত—দণ্ডবৎ তৌহনা খুরুমখি ; এক—অমা ; শিলা—নুং ; আলিঙ্গিয়া —কোল্লগা ; হইলা—ওইখি ; উন্মত্ত—ঙাওবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবর্দ্ধন গিরি উবদা প্রভুনা দণ্ডবৎ তৌহনা খুরুমখি । নুংমতুম্ অমা কোল্লগা ঙাওখি ।

## নৈনরোল

গোবর্দ্ধনগী নুংমতুম্সু কৃষ্ণগী দেহনী হায়দুনা প্রভুনা খল্লম্মী ।

## মূল ১৭

প্রেমে মত্ত চলি আইলা গোবর্দ্ধন গ্রাম ।

হরিদেব দেখি তাহাঁ হইলা প্রণাম ॥ ১৭ ॥

## শব্দার্থ

প্রেমে মত্ত—কৃষ্ণপ্রেমনা ঙাওনা ঙাওনা ; চলি আইলা—লেঙলগা য়ৌরকখি ; গোবর্দ্ধন গ্রাম—গোবর্দ্ধন গ্রাম ; হরিদেব—নারায়ণ মূর্ত্তি ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; তাহাঁ—মফমদুদা ; হইলা প্রণাম—খুরুমখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেম-না ঙাওনা ঙাওনা প্রভু গোবর্দ্ধন গ্রাম য়ৌরকখি । মফম্দুদা লাংলম্বা শ্রীনারায়ণ মূর্ত্তিদু দর্শন তৌরগা খুরুমখি ।

## মূল ১৮

মথুরা-পদ্মের পশ্চিম দলে যার বাস ।

হরিদেব নারায়ণ আদি পরকাশ ॥ ১৮ ॥

## শব্দার্থ

মথুরাপদ্মের—মথুরা থম্বালগী ; পশ্চিম দলে—নোংচুপ থংবা মনাদা ; যার বাস—মহাক লৈ ; হরিদেব নারায়ণ আদি—হরিদেব নারায়ণা ; আদি—নচিংবা ; পরকাশ—ফোঙদোকপা ( ওই ), ঙাক্লি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথুরামণ্ডলগী নোংচুপ-থংবা মনাদা ( শরুক্তা ) লৈবা নারায়ণ অসী শ্রীহরিদেব হায়না তাম্বোইরিবনী।

## নৈনরোল

**মথুরাপদ্মের**—পদ্মগী (থম্বালগী) ম৫ং লৌবা মথুরামণ্ডলগী নোংচুপ-থংবা দল-দা হরিদেব-কৌবা নারায়ণ ভাম্বোইরি। শ্রীমথুরাধামদি থম্বালগী মণ্ডলনী ; "ইদং পদ্মং মহাভাগে সর্ব্বেষাং মুক্তিদায়কম্"—আদিবারাহে। মফমসিদা মথুরা-শব্দনা ব্রজমণ্ডল পুম্নমক্পু খঙহল্লী।

### মূল ১৯

হরিদেব-আগে নাচে প্রেমে মত্ত হৈয়া।

সবলোক দেখিতে আইসে আশ্চর্য্য শুনিয়া॥ ১৯॥

### শব্দার্থ

হরিদেব-আগে—হরিদেবগী মাঙদা ; নাচে—জগোই শাই ; প্রেমে—প্রেম-না ; মত্ত—ভাওবা ; হৈয়া—ওইরদুনা ; সবলোক—মী পুম্নমক ; দেখিতে—য়েংমনবা ; আইসে—লাক্খি ; আশ্চর্য্য—অঙকপা রাহু ; শুনিয়া—নাকোংনা তাদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা প্রেমদা ভাওরদুনা হরিদেবগী মাঙদা জগোই শাখি অঙকপা রাহু নাকোংনা তারদুনা মী পুম্নমক য়েংবা লাক্খি।

### মূল ২০

প্রভু-প্রেম-সৌন্দর্য্য দেখি লোক চমৎকার।

হরিদেবের ভৃত্য প্রভুর করিল সৎকার॥ ২০॥

### শব্দার্থ

প্রভু-প্রেম-সৌন্দর্য্য—প্রভুগী প্রেম অদুগা শক ফজবা ; দেখি—উরগা ; লোক—মী পুম্নমক ; চমৎকার—ঙকখি ; হরিদেবের—হরিদেবগী ; ভৃত্য—মনাইনা, সেবারিনা ; প্রভুর—প্রভুগী ; করিল—তৌখি ; সৎকার—সেবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী প্রেম অমসুং শক্-কল্লবদু উরগা মী পুম্নমক ঙকখি। হরিদেবগী সেবারিনা প্রভুগী সেবা তৌখি।

মূল ২১

ভট্টাচার্য্য ব্রহ্মকুণ্ডে পাক যাঞা কৈল।
ব্রহ্মকুণ্ডে স্নান করি প্রভু ভিক্ষা কৈল ॥ ২১ ॥

শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্য; ব্রহ্মকুণ্ডে—(গোবর্দ্ধনগী মনাক্তা লৈবা) কুণ্ডদা; পাক—চাক্থোংবা; যাঞা—চৎতুনা; কৈল—তৌখি; ব্রহ্মকুণ্ডে—ব্রহ্মকুণ্ডদা; স্নান করি—স্নান তৌরগা; প্রভু—প্রভুনা; ভিক্ষা কৈল—ভিক্ষা তৌখি (লুক্ হাখি)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা ব্রহ্মকুণ্ডদা চৎলগা চাক্ থোংখি। ব্রহ্মকুণ্ডদা স্নান তৌরগা প্রভুনা লুক্ হাখি।

মূল ২২

সে রাত্রি রহিলা হরিদেবের মন্দিরে।
রাত্রে মহাপ্রভু করে মনেতে বিচারে— ॥ ২২ ॥

শব্দার্থ

সে রাত্রি—অহিঙ অদু; রহিলা—লৈখি; হরিদেবের মন্দিরে—হরিদেবগী লাইশঙদা; রাত্রে—অহিঙদা; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা; করে—তৌয়ি; মনেতে বিচারে—পুক্নিংদা খিচার।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিঙ্ অদু প্রভু হরিদেবগী মন্দিরদা লেন্খি। অহিঙ্দা মহাপ্রভুনা পুক্নিংদা মওন্-মওন্ খন্খি —।

মূল ২৩

গোবর্দ্ধন-উপরে আমি কভু না চড়িব।
গোপালরায়ের দর্শন কেমনে পাইব ॥ ২৩ ॥

### শব্দার্থ

গোবর্দ্ধন-উপরে—গোবর্দ্ধনগী মথক্তা ; আমি—ঐ ; কভু—কদৌৈঙৈ-দসু ; না চঢ়িব—কাখৎলোই ; গোপালরায়ের—গোপালদেবগী ; দর্শন—উবা ; কেমনে—মতৌ করম্না ; পাইব—ফংগনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা খল্লগা )—গোবর্দ্ধনগী মথক্তা ঐদি কদৌৈঙৈদসু কারোই ; অদুনদি শ্রীগোপালদেবগী দর্শন দি করম্না ফংগনী ?

### নৈনরোল

শ্রীগোবর্দ্ধন-গিরিসী শ্রীহরিগী মনাই পুন্নমন্বী মনুঙদা খ্বাইদগী ফেন্বা মনাইনী হায়না শ্রীভাগবতম্দা হায়রি ( ১০/২২/১৮ ) ; হরিভক্তগী অঙ্গদা খোঙনা শোক্পদু কিবদগী মহাপ্রভুনা গোবর্দ্ধন-দা কানীঙলমদে । নত্রগা, গোবর্দ্ধন-শিলাবু প্রভুনা কৃষ্ণগী হকচাঙ-নী হায়না খল্লী, মরমসিনসু মহাক্না গোবর্দ্ধনবু খোঙনা শোক্নীঙলম্দে । "শিলাকে কহেন প্রভু কৃষ্ণকলেবর ( ৩/৬/২৯২ ) ॥"

### মূল ২৪

এত মনে করি প্রভু মৌন রহিলা ।
জানিঞা গোপাল কিছু ভঙ্গী উঠাইলা ॥ ২৪ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসুকথক্ ; মনে করি—খল্লগা ; প্রভু—প্রভুনা ; মৌন—রা ঙাঙদবা ; করি—তৌদুনা ; রহিলা—লৈখি ; জানিঞা—খঙলদুনা ; গোপাল—গোপালদেবনা ; কিছু—খরা ; ভঙ্গী—পাৈবৈ ; উঠাইলা—পুথোক্খি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক খল্লগা প্রভুনা রা ঙাঙদদুনা ভুমিন্না লৈখি । (প্রভুনা খল্লবদু) খঙলদুনা গোপালদেবনা পাশ্বৈ অমা পুথোক্খি ।

## নৈনরোল

ভঙ্গী—কৌশল, পাম্বৈ। গোবর্দ্ধন-দা খোঙনা শোক্রবদি অপরাধ ওইগনী খন্দুনা কিবদগী ভক্ত-গী ভাব লৌরিবা প্রভুনা গোপালদেববু দর্শন তৌবা ফংলরোইকো খন্‌বদা মুংঙাইজরম্‌দে ; ভক্ত-চান্‌বা গোপালদেবনা প্রভুদা দর্শন পীননবা হায়তুনা কৌশল অমা লৌথি।

## মূল ২৫

অনারুরুক্ষবে শৈলং স্বস্মৈ ভক্তাভিমানিনে।
অবরুহ্য গিরেঃ কৃষ্ণো গৌরায় স্বমদর্শয়ৎ ॥ ২৫ ॥

### শব্দার্থ

অনারুরুক্ষবে—কাবা-পাম্নম্‌দবা ; শৈলং—চীঙবু ; স্বস্মৈ—মছামক ওইবা মঙোন্দা ; ভক্তাভিমানিনে—ভক্তনী খন্‌জরিবা মঙোন্দা ; অবরুহ্য—কূম্‌থরক্লগা ; গিরেঃ—চীঙদগী ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ( গোপালদেবনা ) ; গৌরায়—গৌরহরিদা ; স্বম্—মছামকপু ; অদর্শয়ৎ—উহন্‌খি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালদেবনা গোবর্দ্ধন গিরিদগী কূম্লগা—চীঙদা কানীঙদবা, ভক্ত-নী হায়না মছাবু খন্‌জবা, মছামকী গৌর স্বরূপুদা মছাবু উহন্‌খি।

## নৈনরোল

শ্রীগোপালদেব গিরি-গোবর্দ্ধন মথক্তা লৈরম্মী ; মক্ষমতুদা চৎতুনা দর্শন তৌবা তারবদি গোবর্দ্ধন-দা কাবা তাই ; মতুম তৌরবদি গোবর্দ্ধনগী অঙ্গদা খোঙনা শোকপা তাই। মহাপ্রভুনা গোবর্দ্ধনদা কানীঙদবা মরম্না গোপালদেব মছামক গোবর্দ্ধন-দগী কূম্‌থরক্লগা ভক্তাভিমানিনে—ভক্তনী হায়না খন্‌জরিবা ( প্রভুনা স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ ওইরবসু ভক্তভাব লৌরে হায়তুনা গোবর্দ্ধন-দা খোঙনা শোক্লগা গোবর্দ্ধন কাবা পাম্নম্‌দে ; মরমতুনা শ্রীগোপালদেবনা ভক্তাভিমানী ) অদুগুম্ববু অমসুং গোবর্দ্ধনদা অনারু-রুক্ষবে—ন আরুরুক্ষু ( কানীঙলম্‌দবা ) গৌরায়—গৌরচন্দ্রদা সম-শয়ৎ—উহন্‌খি। গৌরচন্দ্র অদু করম্বা মওংদা লৈরম্মী ? স্বস্মৈ—মছা-মকপু ; মহামকী স্বরূপ ; শ্রীগোপালদেবগী অম্নাই-স্বরূপী শ্রীগৌরচন্দ্র :

মহাপ্রভু তত্তগী হায়রগদি শ্রীকৃষ্ণনী হায়বনা মহাকপু গোপালদেবগী মহা-মকী স্বরূপ-নী হায়রিবনী। ছল কৈনে়া তৌরগা শ্রীগোপালদেবনা গোবর্দ্ধন-দগী কূম্থরক্লগা প্রভুদা দর্শন পীখি হায়বহু তুংদা লাক্লিবা ২৬–২৭ পয়ারসিদা হায়রি।

শ্লোকসী ২৪ পয়ারগী প্রমান্নী।

মূল ২৬

অন্নকূটনাম-গ্রামে গোপালের স্থিতি।
রাজপুত লোকের সেই গ্রামেতে বসতি ॥ ২৬ ॥

শব্দার্থ

অন্নকূটনাম-গ্রামে— অন্নকূট-কৌবা খুঙ্গংদা ; গোপালের স্থিতি— গোপাল লৈবনী ; রাজপুত লোকের—রাজপুত কৌবা মীশিংগী ; সেই গ্রামেতে—খুঙ্গংতুদা ; বসতি – য়ুম নত্রগা লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অন্নকূট-কৌবা খুন্দা শ্রীগোপালদেব লৈবনী। খুল্তুদা রাজপুতশিং লৈরম্মী।

মূল ২৭

একজন আসি রাত্র্যে গ্রামীকে বলিল—।
তোমার গ্রাম মারিতে তুড়ুকধাড়ী সাজিল ॥ ২৭ ॥

শব্দার্থ

একজন—( শক্থঙদবা ) কনানো অমা ; আসি—লাক্লুনা ; রাত্র্যে —অহিংদা ; গ্রামীকে—খুন্জা ( রাজপুতশিং )-দা ; বলিল—হায়রম্মী ; তোমার গ্রাম—নখোয়গী খুল ; মারিতে— লুঠ তৌননবা হায়দুনা ; তুড়ুক — তুর্কী, যবন ; ধাড়ী—প্রধান ; সাজিল—শেম্শাখরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শক্-থঙদবা মী অমা লাক্লগা খুন্জাশিংদা হায়রম্মী—নখোয় খুলদা লুট তৌননবা হায়দুনা তুর্কীশিংগী প্রধান্না শেম্শাখরে।

## মৈনরোল

একজন—কনানো অমা। শ্রীগোপালদেবনা চীঙথক্তগী মথাদা কুম্মনবা হায়্‌হুনা ছল (মরম ওইবা তাং) অমা পুথোক্লবগীদমক শক-খঙদবা মীতাগী বেশদা লাক্লগা যবনশিংনা লান্দাবকদৌরে হায়্‌না খঙহল্লবনী।

### মূল ২৮

আজি রাত্র্যে পলাহ, গ্রামে না রহ একজন।
ঠাকুর লইয়া ভাগ, আসিবে কাল যবন ॥ ২৮ ॥

### শব্দার্থ

আজি—ঙসি; রাত্র্যে—অহিংদা; পলাহ—চেন্‌খরো; গ্রামে—খুন্দা; না রহ—লৈরগনু; একজন—মী অমতা; ঠাকুর—লাই; লইয়া—পুদুনা; ভাগ—চেন্‌খরো; আসিবে—লাক্লগনী; কাল—মাঙ-তাকহন্‌-ঙস্বা নত্রগা হয়েং; যবন—পাঙ্গল (মুসলমান)।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঙসী অহিং লোইনমক চেন্‌খরো; খুন্দা মী অমতা লৈরগনু। লাই পুরগা চেন্‌খরো; মাঙ-তাকহন্‌-ঙস্বা যবন লাক্লগনী নত্রগা হয়েংসী যবনশিং লাক্লগনী।

### মূল ২৯

শুনিয়া গ্রামের লোক চিন্তিত হইল।
প্রথমে গোপাল লঞা গাঁঠুলিগ্রামে থুইল ॥ ২৯ ॥

### শব্দার্থ

শুনিয়া—নাকোংনা তারদুনা; গ্রামের—খুন্‌গী; লোক—মীশিংনা; চিন্তিত হইল—চিন্তা পুরম্মী; প্রথমে—অহান্‌বদা; গোপাল—গোপালদেববু; লঞা—পুদুনা; গাঁঠুলিগ্রামে—(গোবর্দ্ধনগিরিগী মনাক্তা লৈবা) গাঁঠুলিগ্রাম-দা; থুইল—থম্মুরে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(পাউ পীরবদু) নাকোংনা তারগা খুন্‌ভাশিংদু চিন্তা ত্তোরম্মী। অহান্‌বদা শ্রীগোপাল ঠাকুরবু পুরগা গাঁঠুলিগ্রামদা থম্মুরে।

## মূল ৩০

বিপ্রগৃহে গোপালের নিভৃতে সেবন।
গ্রাম উজাড় হৈল, পলাইল সর্ব্বজন ॥ ৩০ ॥

### শব্দার্থ

বিপ্রগৃহে—গাঁঠুলিগ্রামগী ব্রাহ্মণ অমগী য়ুমদা ; গোপালের—গোপালগী ; নিভৃতে—অচীকপদা ( লোন্না ) ; সেবন—সেবা ( তৌয়ি ) ; গ্রাম—খুন্ ; উজাড়—তাকৃপা ; হৈল—ওইরে ; পলাইল— চেন্খরে ; সর্ব্বজন—মী পুম্নমক।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(গাঁঠুলিগ্রামগী) ব্রাহ্মণ অমগী য়ুমদা লোন্না গোপালগী সেবা তৌয়ি। মী পুম্নমক চেন্খিবনা খুন্তাক্লে।

## মূল ৩১

ঐছে ম্লেচ্ছভয়ে গোপাল ভাগে বারে বারে।
মন্দির ছাড়ি কুঞ্জে রহে—কিবা গ্রামান্তরে ॥ ৩১ ॥

### শব্দার্থ

ঐছে—মতৌ অদুম্না ; ম্লেচ্ছভয়ে—ম্লেচ্ছ (যবন)-বু কিবদগী ; গোপাল ভাগে—গোপাল চেন্নী ; বারে বারে—হন্না হন্না ; মন্দির ছাড়ি—মন্দির থাদোক্লুনা ; কুঞ্জে—( উমংগী মনুঙদা মীচীকৃপা ) কুঞ্জদা ; রহে—লৈ ; কিবা—নত্রগা ; গ্রামান্তরে—অতোপ্পা খুন্দা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ম্লেচ্ছবু কিবদগী গোপালদেবনা হান্নসু হন্না হন্না চেন্খিবনী। মন্দির থাদোক্লগা বন মনুঙগী কুঞ্জদা লৈবসু য়াওয়ি, নত্রগনা অতোপ্পা গ্রামদা লৈরুবসু য়াওরি।

### লৈনরোল

হন্দক চেন্বসিনা ইহান হান্বা নত্তে, ম্লেচ্ছ কিবদগী মসুম্না চেন্বসী মমাঙৈঙদসু য়াম্না তোরনা তৌরি।




## মুল ৩২

প্রাতঃকালে প্রভু মানসগঙ্গায় করি স্নান।
গোবর্দ্ধন পরিক্রমায় করিলা প্রয়াণ ॥ ৩২ ॥

### শব্দার্থ

প্রাতঃকালে—অয়ুকঙম্বা ; প্রভু—প্রভুনা ; মানসগঙ্গায়—মানসগঙ্গাদা ; করি স্নান—স্নান তৌরগা ; গোবর্দ্ধন পরিক্রমায়—গোবর্দ্ধনদা পরিক্রমা ( কোয়বা ) তৌননবা ; করিলা—তৌখি ; প্রয়াণ—লেঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুকঙম্বা প্রভুনা মানসগঙ্গাদা স্নান তৌরগা গোবর্দ্ধন পরিক্রমাগীদমক লেঙখি।

## মুল ৩৩

গোবর্দ্ধন দেখি প্রভু প্রেমাবিষ্ট হৈয়া।
নাচিতে নাচিতে চলিলা শ্লোক পঢ়িয়া ॥ ৩৩ ॥

### শব্দার্থ

গোবর্দ্ধন দেখি—গোবর্দ্ধন উবদা ; প্রভু—প্রভুনা ; প্রেমাবিষ্ট হৈয়া—প্রেমাবেশদা চঙহুনা ; নাচিতে নাচিতে—জগোই শা-শাহুনা ; চলিলা—লেঙভী ; শ্লোক পঢ়িয়া—শ্লোক থীরগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবর্দ্ধন উবদা প্রভুগী প্রেমাবেশ ওইবনা প্রভুনা জগোই শা-শাহুনা শ্লোক থীহুনা লেঙভী।

### নৈনরোল

শ্লোক—মথাদা পল্লিবা ভাগবতম্‌গী শ্লোক অসী ( ২০/২১/১৮ )।

## মুল ৩৪

হন্তায়মদ্রিরবলা হরিদাসবর্য্যো
যদ্রামকৃষ্ণচরণ-স্পর্শপ্রমোদঃ।
মানং তনোতি সহ গোগণয়োস্তয়োর্যৎ
পানীয়সূযবসকন্দরকন্দমূলৈঃ ॥ ৩৪ ॥

## শব্দার্থ

হন্ত—লেপ্পমক ; অয়ম্—মসী ; অদ্রিঃ—চীঙ (শ্রীগোবর্দ্ধন) ; অবলাঃ—সখীশিং ; হরিদাসবর্য্যঃ—হরি-মনাইশিংগী মরক্তা অথোইবনী ; যৎ—মরমদি ; রামকৃষ্ণচরণস্পর্শপ্রমোদঃ—রামকৃষ্ণগী চরণা শোকৃপদা নুংঙাই-জবদ্বা ; মানং তনোতি—পূজা পাকুশন্না তৌরি ; সহ—লোয়ননা ; গোগণয়োঃ—শন অমম্নুং গোপশিংপা লোয়ননা : তয়োঃ—মখোয়নীনী ( রামকৃষ্ণগী ) ; যৎ—মরমদি ; পানীয়—থকুবা ঈশীঙ ; সুযবস—নাপীকজবা ; কন্দর—গুহা ; কন্দ—মূল ; মূলৈঃ—মরুমরানা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অবলাশিং (সখীশিং), গোবর্দ্ধন-গিরি অসী হরিদাস ( হরিগী মনাই ) পূম্নমক্কী অথোইবনী ; মরমদি মহাক্না রামকৃষ্ণগী খোঙনা শোকৃপদা হরাওরতুনা ফান্নবা ঈশীঙ, অহাওবা নাপী, ( কমতুনা পোথানবগীদমক ) গুহা, কন্দমূল পুথোক্তুনা, শল ময়াম অমদি গোপশিংগা লোয়ননা রামকৃষ্ণগী মতীক-চাবা পূজা তৌরি ।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী বেণুগীত তাবদা শুম্হৎচরনী গোপী অমনা মাগী সখীশিং তম্না শ্লোকসিদা হায়রিবা রাশিংসী হায়রম্বনী : মতমতুদা মখোয় গোবর্দ্ধনগী মনাক্তা লৈরম্বনী ; মরমতুনা গোবর্দ্ধন গিরিরোমদা খুদোন্নী থিল্লগা কনাগুম্বী গোপী অমনা হায়রম্বনী—অবলাঃ—হে পাঙ্গলশোন্‌বীশা ! ( সখীশিংবু পাঙ্গন্‌শোন্‌বী-মী হায়না সম্বোধন তৌবগী মরমদি অসিনী, বেণুগীতনা চিংবদগী নাম্বোক্লবা পাঙ্গল কনাগীসু লৈরমদে । নত্রগা, গোবর্দ্ধনগুম্না সেবা তৌননবা শক্তি মখোয়গী লৈতে )। অয়ং—( মাঙদা উরিবসে ) অদ্রিঃ—চীঙ, গোবর্দ্ধন চীঙ ; হস্ত—লেপ্পমক ; হরিদাস-বর্য্যঃ—হরিগী (শ্রীকৃষ্ণগী) মনাইশিংগী মরক্তা বর্য্যঃ ( খ্বাইদগী হেন্‌বনী ) ; চিত্তপূম্ববু হূরিবা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবগী লাইবক ফংজরিবশিংগী মনুংদা গোবর্দ্ধন অসিনা খ্বায়দগী অথোইবনী ; মরমদি গোবর্দ্ধন অসী রামকৃষ্ণ-চরণপ্রমোদঃ—শ্রীবলরাম অমস্নুং শ্রীকৃষ্ণগী চরণ শোকৃপা ফংবদা হরাও-জবা মহাক্না মান্নবা ; গোবর্দ্ধনসিদা শ্রীরামকৃষ্ণনা কোয়চৎ চৎলি ; মখোয়গী

খোঙনা শোক্পিবহ্নদা মুংঙাইবনখিহ্ননা গোবর্দ্ধনগী দেহদা তুচুংবা, হুমাং চেম্বা অহুগা মুঙাইবগী পিরাং চেম্হরি—সখীশিং। গোবর্দ্ধনগী দেহদা নাপীগী ময়োন চোংবা উরিবসে নাপী নত্তে, মসে গোবর্দ্ধনগী তুজুংনী, অহুগা চীঙগী মছাদা মকম মফমদা অচোংপা উরিবহু গিরিরাজগী হুমাঙ থোরক্পদগী চোংপনী ; মরক মরক্তা ঈশীঙ মরীক মরীক চেন্থরিবসিনা মহাকী মুংঙাই-পিরাংনী ; লাইবক-ফবা গিরিগোবর্দ্ধনসিনা মতৌস্রুমা য়োনা মুংঙাইবগী থৃদম দেহেদা ফোঙদোক্তুনা পানীয়সুযবস—কন্দর কন্দ মূলৈঃ—ঈশীঙনচিংবা অথক্পোং, সুযবস (নাপী অহাওবা), কন্দর ( গুহা, শ্রীরামকৃষ্ণনা ফম্হনা পোথানবগীদমক গুহা ), কন্দ অমসুং মূল-না রামকৃষ্ণবু অমসুং মখোয়না য়োক্পা শন-শিংবু অহুগা মখোয়গী মথা ব্রজরাখালশিংবু মানং তনোতি—পূজা ( সেবা ) তৌরি। ঈশীঙ পীথক্তুনা অমসুং শজীক পীজহ্ননা শন্শিংবু পেল্হল্লি ; পানীয় অমসুং কন্দ, মূল, ফল-নচিংবা পীজ-পীথক্তুনা রামকৃষ্ণবু অমসুং মখোয়গী সখাশিংবু পেল্হল্লি অহুগা বিশ্রাম অমদি ক্রীড়া ( শান্নবা ) তৌননবা হায়হ্ননা মহাকী থম্মোইহুংগা পাংথক ওইবা গুহা-নচিংবা শেমহ্ননা থম্মী ; অসিগুম্বা লাইবক মফসি কনা অমগী ওইবগে সখী ! ঐখোয়গীদি লাইবক অদো ওইদ্রেনে !

শ্রীগোবর্দ্ধনগী মাহাত্ম্য-তাক্পা শ্লোকসী থীর থীরগা প্রভুনা পরিক্রমা তৌরম্মী।

মূল ৩৫

গোবিন্দ কুণ্ডাদি তীর্থে প্রভু কৈল স্নান।
তাহাঁ শুনিল—গোপাল গেল গাঁঠুলিগ্রাম ॥ ৩৫ ॥

শব্দার্থ

গোবিন্দ কুণ্ডাদি—গোবিন্দ কুণ্ড-নচিংবা ; তীর্থে—তীর্থদা ; প্রভু—প্রভুনা ; কৈল—তৌখি ; স্নান—চাইথবা ; তাহাঁ—মফমহ্নদা ; শুনিল—নাকোংনা তাখি ; গোপাল—গোপালদেব ; গেল—লেঙথে ; গাঁঠুলিগ্রাম—গাঁঠুলিগ্রামদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবিন্দকুণ্ডনচিংবা তীর্থদা প্রভু স্নান তৌখি; মকমহুদা প্রভুনা নাকোংনা ডাখি—গোপালদেবদি গাঁঠুলিগ্রামদা লেঙরে।

## মূল ৩৬

সেই গ্রামে গিয়া কৈল গোপাল দর্শন।

প্রেমাবেশে প্রভু করে কীর্ত্তন নর্ত্তন ॥ ৩৬ ॥

### শব্দার্থ

সেই গ্রামে—খুন অদুদা; গিয়া—চৎলগা; কৈল—তৌখি; গোপাল-দর্শন—গোপালদেবগী দর্শন; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা; প্রভু করে—প্রভুনা তৌরি; কীর্ত্তন—নাম শোন্বা; নর্ত্তন—জগোই শাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুন্দুদা লেঙলগা প্রভুনা গোপালদেবগী দর্শন তৌখি। প্রেমাবেশদা প্রভুনা নাম শোল্লী অমসুং জগোই শাই।

## মূল ৩৭

গোপালের সৌন্দর্য্য দেখি প্রভুর আবেশ।

এই শ্লোক পড়ি নাচে, হৈল দিন শেষ ॥ ৩৭ ॥

### শব্দার্থ

গোপালের—গোপালদেবগী; সৌন্দর্য্য—শক ফজবা; দেখি—উবদা; প্রভুর আবেশ—প্রভুগী প্রেমাবেশ ওইখি; এই—শ্লোক—শ্লোক অসী; পড়ি—ঈরগা; নাচে—জগোই শাই; হৈল—ওইখি; দিন শেষ—নুমীৎ লোম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপালদেবগী শক্-ফজবনু উবদা প্রভুগী প্রেমাবেশ ওইখিবনী। শ্লোক অসী ঈরগা জগোই শারম্মী, জগোই শানা শানা নুমীৎ অচ লোম্খি।

## মূল ৩৮

বামস্তামরসাক্ষস্য ভুজদণ্ডঃ স পাতু বঃ।
ক্রীড়াকন্দুকতাং যেন নীতো গোবর্দ্ধনো গিরিঃ ॥ ৩৮ ॥

## শব্দার্থ

বামঃ—ওইথংবা ; তামরসাক্ষস্য—থম্বাল-মীৎতা-তাবা শ্রীকৃষ্ণগী ; ভুজদণ্ডঃ—পাম্বোম ; সঃ—মহুনা ; পাতু—ঙাকশনু ; বঃ—নখোয়বু ; ক্রীড়াকন্দুকতাং—শান্নবা কাঙজ্রুম্বগী মতৌ ; যেন—মহুনা (পাম্বোমমহুনা) ; নীতঃ—ফংখি ; গোবর্দ্ধনঃ গিরিঃ—গোবর্দ্ধন চীঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবর্দ্ধন চীঙবু কাঙজ্রুম অমগুম্না ইলাইলাইনা থাঙ্গৎখিবা থম্বাল মীৎতা-তাবা শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোমমহুনা নখোয়বু ঙাকৃশেনসনু।

## নৈনরোল

শ্লোকনী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোকপনী ( ২/১/২৬ )।

ক্রীড়াকন্দুকতাং—ব্রজবাসীশিংনা মমাঙৈঙদা ইন্দ্রযজ্ঞ তৌরম্মী ; মতুগী মতুত্তা শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন-পূজা হৌদোকখি। মহুদা ইন্দ্রদেবনা শাউরদুনা নোং, মুংশিং, বজ্রথাদবনচিংবা তৌদুনা য়াম্না ওৎখি। উপদ্রব অসিদগী ব্রজবাসীশিংবু কন্নবা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন চীঙবু ফুক্লগা ওইথংবা খুৎকী খুৎনাওবীগী মতোন্দা থম্লম্মী—অঙাংপিশক্না কাঙজ্রুম অমবু ইলায় লায়না পায়দুনা থম্বগুম্না থম্লম্মী, মহু তৌবদা শ্রীকৃষ্ণ করিমতা ৱাবমদে। ব্রজবাসীশিংনা চীঙচুগী মখাদা চঙজদুনা মছা মছাবু কণখি। শ্রীকৃষ্ণনা মতৌ অসুম্না চীঙদুবু নুমীৎ তরেৎনী চুপ্পা পায়দুনা লৈখি ; মরম-দুনা মহাক্কী মিং অমনা গোবর্দ্ধনধারী নত্রগা গিরিধারী কৌয়ি।

গোবর্দ্ধন মথক্তা শ্রীগোপালদেবগী মন্দির লৈরম্মী, মরমদুনা প্রভুনা গোবর্দ্ধন-ধারণ লীলা পল্লদুনা গোপালদেবদা স্তুতি তৌরম্বনী।

## মূল ৩৯

এইমত তিনদিন গোপাল দেখিলা।
চতুর্থদিবসে গোপাল স্বমন্দিরে গেলা ॥ ৩৯ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; তিনদিন—হুমীৎহুম্নী ; গোপাল দেখিলা—গোপালবু দর্শন তৌখি ; চতুর্থ—মরিনি-চন্‌বা ; দিবসে—হুমীত্তা ; গোপাল—গোপালদেব ; স্বমন্দিরে—মহাগী মন্দিরদা ; গেলা—চৎখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌসুম্না প্রভুনা হুমীৎহুম্নী গোপালদেববু দর্শন তৌখি । মরিনিচন্‌বা হুমীত্তা গোপালদেব মহাগী মন্দিরদা লেঙখি ।

### মূল ৪০

গোপাল-সঙ্গে চলি আইলা নৃত্যগীত করি ।
আনন্দকোলাহলে লোক বলে 'হরি হরি' ॥ ৪০ ॥

### শব্দার্থ

গোপাল সঙ্গে—গোপালদেবগা লোয়ননা ; চলি আইলা—লাক্‌খি ; নৃত্যগীত—জগোই অমসুং ঈশৈ ; করি—তৌদুনা ; আনন্দকোলাহলে—হুংঙাইবগী চরাংনবনা ; লোক—মীয়াম্না ; বলে হরি হরি—হরি হরি শোন্নী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপালদেবগা লোয়ননা প্রভুসু জগোই শা-শাদুনা অমসুং ঈশৈ শক্-শকুনা লেঙঙকৃখি ; হুংঙাইবগী চরাংনবনা মীময়াম্না হরি শোন্‌খি ।

### মূল ৪১

গোপাল মন্দিরে গেলা প্রভু রহিলা তলে ।
প্রভুর বাঞ্ছা পূর্ণ সব করিল গোপালে ॥ ৪১ ॥

### শব্দার্থ

গোপাল—গোপালদেবনা ; মন্দিরে গেলা—চীঙথকী মন্দিরদা লেঙ-থংখ্রে ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; রহিলা—লৈহৌরে ; তলে—চীঙখোঙদা ; প্রভুর বাঞ্ছা—প্রভুনা নীঙবা ; পূর্ণ—থুংবা ; সব—লোইনা ; করিল—তৌরে ; গোপালে—গোপালদেবনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপালদেবনা মন্দিরদা লেঙখৎখরে, প্রভুনা চীঙখোঙদা লৈহৌরে। প্রভুগী অনীঙবা পূন্নমক গোপালদেবনা থুংহনখি।

### মূল ৪২-৪৫

এইমত গোপালের করুণস্বভাব।
যেই ভক্তজনে দেখিতে হয় ভাব ॥ ৪২ ॥
দেখিতে উৎকণ্ঠা হয় না চড়ে গোবর্দ্ধনে।
কোন ছলে গোপাল আসি উত্তরে আপনে ॥ ৪৩ ॥
কভু কুঞ্জে রহে, কভু রহে গ্রামান্তরে।
সেই ভক্ত তাহাঁ আসি দেখয়ে তাহারে ॥ ৪৪ ॥
পর্ব্বতে না চড়ে দুই—রূপ সনাতন।
এইরূপে তাঁ-সভারে দিয়াছেন দর্শন ॥ ৪৫ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; গোপালের—গোপালদেবগী ; করুণস্বভাব — নুংশিহৈবা মতৌ ; যেই—মহ ; ভক্তজনে—ভক্ত ওইবা মীহুনা ; দেখিতে —দর্শন তৌননবা : হয়—ওই ; ভাব—পূকচেল : দেখিতে—দর্শন তৌননবগী ; উৎকণ্ঠা—খৌপাংবা ; হয়—ওই : না চড়ে—কাখৎতে ; গোবর্দ্ধনে —গোবর্দ্ধন দা ; কোন ছলে—করিগুম্বা ছল অমনা ; গোপাল—গোপালদেবনা ; আসি—লাক্লুনা ; উত্তরে—কুম্থে ; আপনে— মহামক্না ; কভু—করিগুম্বা মতমদা ; কুঞ্জে—কুঞ্জদা ; রহে—লৈ ; কভু—করিগুম্বদা ; রহে —লৈ ; গ্রামান্তরে—অতোপ্পা খুন্দা ; সেই ভক্ত—ভক্তহুনা ; তাহাঁ— মফমদুদা ; আসি—লাক্লগা ; দেখয়ে—দর্শন তৌয়ি ; তাঁহারে—মহাকপু (গোপালদেববু) ; পর্ব্বতে—চীঙথক্তা ; না চড়ে—কাদে ; দুই—মখোয়নী ; রূপ সনাতন—রূপকা সনাতনগা ; এইরূপে—মতৌ অসুম্না ; তাঁ-সভারে — মখোয় পুম্বদা ; দিয়াছেন দর্শন—দর্শন পীবিখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না তৌয়ি গোপালদেবগী নুংশি-হৈবা স্বভাব-তি কনাগুম্ব

ভক্ত অমনা দর্শন তৌনীঙলবা, দর্শন তৌনীঙবনা খোয়াংলবা অদুগা গোবর্দ্ধনদদি কাখৎতবা মতমদুদা ছল অমা তৌদুনা গোপালদেব মছামক্না লেঙথরক্কুনা কুম্লকৃয়ি ; কয়িগুম্বদা কুণ্ডদা লৈ অদুগা কয়িগুম্বদনা অতোপ্পা গ্রামদা লৈ ; দর্শন তৌনীঙবা ভক্তদুনা চীঙখাদা গোপালদেবনা লৈরু-লৈরুবা মফমদা লাক্লগা দর্শন তৌয়ি। শ্রীরূপ-সনাতন অনীদো চীঙথক্তা কারম্দে, মথক্তা হায়রিবা মওংদা গোপালদেবনা মখোয়নীদা দর্শন ফংহন্‌খি।

## মূল ৪৬

বৃদ্ধকালে রূপগোসাঞি না পারে যাইতে।

বাঞ্ছা হৈল গোপালের সৌন্দর্য্য দেখিতে॥ ৪৬॥

### শব্দার্থ

বৃদ্ধকালে—অহন ওইরবা মতমদা ; রূপগোসাঞি—রূপগোস্বামীনা ; না পারে—ঙমদে ; যাইতে—(গোবর্দ্ধন দা) চৎপা ; বাঞ্ছা হৈল—পাম্‌খি ; গোপালের সৌন্দর্য্য—গোপালদেবগী শকৃফজবদু ; দেখিতে— উবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহন ওইরবা ( পাঙ্গন্ শোল্লবা ) মতমদা শ্রীরূপগোস্বামীনা চৎপা ঙম্লম্দে ; শ্রীগোপালদেবগী শক্ ফজবদুদি য়েংনীঙলম্মী।

## মূল ৪৭

ম্লেচ্ছভয়ে আইল গোপাল মথুরা নগরে।

একমাস রহিল বিট্‌ঠলেশ্বর ঘরে॥ ৪৭॥

### শব্দার্থ

ম্লেচ্ছভয়ে—যবনশিংবু কিবদগী ; আইল—লেঙলকৃখি ; গোপাল—গোপালদেবনা ; মথুরা নগরে—মথুরা নগরদা ; একমাস—থাবুম অমা ; রহিল—লৈখি ; বিট্‌ঠলেশ্বর—বল্লভভট্টগী মচানুপাগী ; ঘরে—য়ুম্‌দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যবনশিংবু কিবদগী গোপালদেবনা মথুরা নগরদা লাকৃখি। থাবুম অমা চুপ্পা শ্রীবিট্‌ঠলেশ্বরগী য়ুম্‌দা লৈখি।

## নৈনরোল

ম্লেচ্ছভয়ে—যবনশিংনা অন্নকূটগ্রামদা লান্দারক্কদোরে হায়না ছল তৌহুনা।

বিট্ঠলেশ্বর—বল্লভ ভট্টগী মচানুপাগী মিংনি। মাগী য়ুমদা শ্রীগোপালদেব থাবুম্ অমা চুপ্পা লৈখি। প্রয়াগ-গী মনাক্তা লৈবা আড়ৈল-গ্রামদগী বল্লভ ভট্টনা মচানুপাগা লোয়নননা মথুরাদা লাক্লগা লৈখি। মহা-প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবন-দগী হল্লক্লম্বা মতমদা বল্লভভট্টহু আড়ৈলগ্রামদা লৈরম্বনী।

## মূল ৪৮

তবে রূপ গোসাঞি সব নিজগণ লঞা।

একমাস দর্শন কৈল মথুরা রহিঞা ॥ ৪৮ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; রূপগোসাঞি—শ্রীরূপগোস্বামীনা ; সব—পূম্নমক ; নিজগণ—মছাগী মীশিং ; লঞা—পুহুনা ; একমাস—থাবুম অমা ; দর্শন কৈল—( শ্রীগোপালদেববু ) দর্শন তৌখি ; মথুরা—মথুরাদা ; রহিঞা—
—লৈহুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী শ্রীরূপগোস্বামীনা মছাগী মীশিংগা লোয়নননা মথুরাদা লৈরগা থাবুম অমা চুপ্পা শ্রীগোপালদেববু দর্শন তৌখি।

## নৈনরোল

নিজগণ—মছামক্কী লোয়নরকপা মীশিং। ৪৯-৫২ পয়ারদা পল্লিবা ভক্তশিংহু শ্রীরূপগোস্বামীগা লোয়নননা মথুরাদা লাক্খিবনী।

## মূল ৪৯-৫২

সঙ্গে গোপালভট্ট, দাস রঘুনাথ।

রঘুনাথ ভট্টগোসাঞি, আর লোকনাথ ॥ ৪৯ ॥

ভূগর্ভগোসাঞি, আর শ্রীজীবগোসাঞি।

শ্রীযাদব আচার্য্য, আর গোবিন্দগোসাঞি ॥ ৫০ ॥

শ্রীউদ্ধবদাস, আর মাধব—দুইজন।
শ্রীগোপালদাস, আর দাস নারায়ণ ॥ ৫১ ॥
গোবিন্দভক্ত, আর বাণীকৃষ্ণদাস।
পুণ্ডরীকাক্ষ, ঈশান, আর লঘু হরিদাস ॥ ৫২ ॥

## শব্দার্থ

সঙ্গে—( শ্রীরূপগোস্বামীগা ) লোয়ননা ; আর—অতুগা ; দুইজন—মী অনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপগোস্বামীগা লোয়ননা গোপালভট্ট, রঘুনাথ দাস, রঘুনাথভট্ট, লোকনাথ গোস্বামী, ভূগর্ভ, শ্রীজীব, শ্রীযাদব আচার্য্য, শ্রীগোবিন্দ, উদ্ধবদাস, নারায়ণ দাস, ভক্ত গোবিন্দ, বাণীকৃষ্ণদাস, পুণ্ডরীকাক্ষ, ঈশান অতুগা লঘু হরিদাস ( মথুরাদা লৈতুনা শ্রীগোপালবু দর্শন তৌখি )।

## মূল ৫৩

এই সব মুখ্য ভক্ত লঞা নিজ-সঙ্গে।
শ্রীগোপাল দরশন কৈল বহুরঙ্গে ॥ ৫৩ ॥

## শব্দার্থ

এই—অসী ; সব—পুম্বা , মুখ্য—মকোক ওইবা ; ভক্ত লঞা—ভক্তশিংবু পুতুনা ; নিজ-সঙ্গে—মছাগা ( শ্রীরূপগোস্বামীগা ) লোয়ননা ; শ্রীগোপাল—শ্রীগোপালদেববু ; দরশন কৈল—দর্শন তৌখি ; বহুরঙ্গে—য়াম্না হরাওনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপগোস্বামীনা মছাগা লোয়ননা মকোক ওইবা ভক্তশিং পুম্বসী পুরগা য়াম্না হরাওনা শ্রীগোপাল দরশন তৌখি।

## মূল ৫৪

একমাস রহি গোপাল গেলা নিজস্থানে।
শ্রীরূপগোসাঞি আইলা শ্রীবৃন্দাবনে ॥ ৫৪ ;

## শব্দার্থ

একমাস—থাবুম অমা ; রহি—লৈরগা ; গোপাল—শ্রীগোপালদেব ; গেলা—লেঙখি ; নিজস্থান—মহাগী লমদমদা ; শ্রীরূপগোসাঞি—শ্রীরূপ-গোস্বামী ; আইলা—লাকখি ; শ্রীবৃন্দাবনে—শ্রীবৃন্দাবন-দা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালদেব মথুরাদা থাবুম অমা লৈরম্লগা মহাক্না মহাক্নাই লমদমদা লেঙখি ; অদুগা শ্রীরূপ গোস্বামীসু শ্রীবৃন্দাবন-দা লেঙলকখি।

## দৈনরোল

গোপাল-দর্শনগীদমক শ্রীরূপগোস্বামীগা লোয়নবগা মীশিংগী মিং ৪৯-৫২ পয়ারদা পল্লিবসিদা শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীগী মিং য়াওদে ; অদুনদি থোদোকসী শ্রীপাদ সনাতনগোস্বামীগী অন্তর্দ্ধান ওইখিবগী মতুংদা থোক্লম্বা য়াই। মতমদু মহাক লৈরম্লবোইদি মহাক্ন গোপাল-দর্শন তৌবা য়াওরম-গদৌবনী। য়াম্না অহল ওইদুনা য়াম্না ঙম্লক্রদুনা চৎপা ঙম্লমদবা ওইরমগনী হায়বসু লৌবা য়াদে, মরমদি ফিভম অদু ওইরবদি মহাকপু মথন্তুমক বৃন্দাবন-দা ধনলগা শ্রীরূপখোয়না থা চুপ্পা লম অঙোম্পদা লৈরমগনী হায়বসু থাজবা য়াদে।

### মূল ৫৫

প্রস্তাবে কহিল গোপাল-কৃপার আখ্যানে।

তবে মহাপ্রভু গেলা শ্রীকাম্যবনে॥ ৫৫ ॥

## শব্দার্থ

প্রস্তাবে—য়াগী মতাঙচাবা ওইনা ; কহিল—(ঐনা) নীজরে ; গোপাল-কৃপার—শ্রীগোপালদেবনা তৌখিবা কৃপাগী ; আখ্যানে—ৱারী ; তবে—অদুদগী ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; গেলা—লেঙখি ; শ্রীকাম্যবনে—শ্রীকাম্যবন-দা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ৱাগী মতাঙচাবা ওইনা ঐনা (গ্রন্থকারনা) শ্রীগোপালদেবনা তৌরিবা কৃপাগী ৱারীদু লীজরনী। অদুদগীদি মহাপ্রভুনা শ্রীকাম্যবন-দা লেঙখি।

## মূল ৫৬

প্রভুর গমন-রীতি পূর্ব্বে যে লিখিল।
সেইমত বৃন্দাবনে যাবৎ দেখিল ॥ ৫৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর—প্রভুগী ; গমন-রীতি—খোঙচৎকী মতৌ ; পূর্ব্বে—মমাঙদা ; যে লিখিল—ইখিবদো ; সেইমত—মতৌ অদুম্না ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা ; যাবৎ—লোইনমক থুংনা ; দেখিল—য়েংখি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙদা ইখিবা প্রভুগী খোঙচৎ মতৌদুম্না বৃন্দাবন-দা লোইনমক থুংনা দর্শন তৌখি।

## মূল ৫৭

তাহাঁ লীলাস্থলী দেখি গেলা নন্দীশ্বর।
নন্দীশ্বর দেখি প্রেমে হইলা বিহ্বল ॥ ৫৭ ॥

### শব্দার্থ

তাহাঁ—মফমদুদা ( শ্রীবৃন্দাবন-দা ) ; লীলাস্থলী—লীলা-শান্নফম ; দেখি—য়েংলগা ; গেলা—লেংখি ; নন্দীশ্বর—নন্দগ্রামদা ; নন্দীশ্বর দেখি—নন্দীশ্বর উবদা ; প্রেমে—প্রেমনা ; হইলা—ওইখি ; বিহ্বল—জ্ঞান-মাংবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমসিদা লীলাস্থলী য়েংলগা নন্দীশ্বরদা প্রভু লেংভী। নন্দীশ্বর উবদা প্রেমাবেশদা প্রভু লুপ্‌খি।

### নৈনরোল

নন্দীশ্বর—নন্দগ্রামদা। মফমসিদা শ্রীনন্দ মহারাজগী শঙ্গাই লৈরম্মী।

## মূল ৫৮

পাবনাদি সব কুণ্ডে স্নান করিয়া।
লোকেরে পুছিল পর্ব্বত উপরে যাইয়া ॥ ৫৮ ॥

শব্দার্থ

পাবনাদি—পাবন-সরোবর-নচিংবা ; সব কুণ্ডে—কুণ্ড পুম্নমক্তা ; স্নান করিয়া—স্নান তৌরগা ; লোকেরে—মীশিংদা ; পুছিল—হংখি ; পর্ব্বত উপরে—নন্দীশ্বর পর্ব্বত মথক্তা ; যাইয়া—চৎলগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাবন সরোবর-নচিংবা কুণ্ড পুম্নমক্তা প্রভুনা স্নান তৌরগা নন্দীশ্বর পর্ব্বত মথক্তা কারগা মীশিংদা হংখি।

মূল ৫৯

কিছু দেবমূর্ত্তি হয় পর্ব্বত-উপরে ?

লোক কহে—মূর্ত্তি হয় গোফার ভিতরে ॥ ৫৯ ॥

শব্দার্থ

কিছু- থবা ; দেবমূর্ত্তি—লাইগী মূর্ত্তি ; হয়—লৈব্রা ; পর্ব্বত উপরে—চীঙথক্তা : লোকে—মীশিংনা ; কহে- হায় ; মূর্ত্তি হয়—মূর্ত্তি লৈ ; গোফার ভিতরে—গুহা মনুংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হংলম্মী—চীঙথক্তা দেবমূর্ত্তি থবা লৈব্রা ? মীশিংনা থুম্নম্মী—গুহা মনুংদা মূর্ত্তি লৈ।

মূল ৬০

দুইদিকে মাতাপিতা—পুষ্টকলেবর।

মধ্যে এক শিশু হয়—ত্রিভঙ্গসুন্দর ॥ ৬০ ॥

শব্দার্থ

দুইদিকে—মায়কৈ অনীদা ; মাতা—মমা ; পিতা—মপা ; পুষ্ট—নোয়পেন্‌বা ; কলেবর—হকচাঙ : (পুষ্টকলেবর—নোয়পেন্‌বা হকচাঙপী) ; মধ্যে—ময়ায়দা ; এক—অমা ; শিশু—অঙাঙ ; হয়—লৈ ; ত্রিভঙ্গসুন্দর—শাথেক-অহুম থেক্না ফজবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়কৈ অনীদা, মমা যশোদানা মায়কৈ অমদা অহুগা মপাবুং নন্দ মহারাজনা মায়কৈ অমদা লৈরী, অনীহুগী দেহহু ফজনা নোয়পেন্‌বনী। অনীহুগী মরক্তা অঙাঙ মচা গোপাল দেবগী মূর্ত্তি লৈবনী, গোপাল দেবহু শাথেক্ অহুম্না ফজবনী।

মূল ৬১

শুনি মহাপ্রভু মনে আনন্দ পাইয়া।
তিন মূর্ত্তি দেখিলা সেই গোফা উঘাড়িয়া॥ ৬১ ॥

শব্দার্থ

শুনি—নাকোংনা তারগা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; মনে—পূক্নীংদা ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; পাইয়া—ফংহুনা ; তিন—অহুম ; মূর্ত্তি—মূর্ত্তি ; দেখিলা—উখি ; সেই গোফা—গোফাহু ; উঘাড়িয়—হাংদোক্লগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়গী ৱাহু তাবদা প্রভু হরাওখি। গোফা হাংদোক্লগা মূর্ত্তি অহুমহু উখি।

মূল ৬২

ব্রজেন্দ্র ব্রজেশ্বরীর কৈল চরণ বন্দন।
প্রেমাবেশে কৃষ্ণের কৈল সর্ব্বাঙ্গ-স্পর্শন॥ ৬২ ॥

শব্দার্থ

ব্রজেন্দ্র—ব্রজ-নিংথৌ নন্দ ; ব্রজেশ্বরীর—ব্রজগী রাণী যশোমতীগী ; কৈল—তৌখি ; চরণ—খোংগদা ; বন্দন—খুরুম্বা ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; কৃষ্ণের—কৃষ্ণমূর্ত্তিগী ; কৈল—তৌখি ; সর্ব্বাঙ্গ—হকচাঙ-কয়াৎ লোইনমক ; স্পর্শন—খুৎনা নান্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজনিংথৌ নন্দ অমসুং ব্রজগী মবেম্মা যশোমতীগী খোংগদা প্রভুনা খুরুমখি অহুগা প্রেমাবেশদা কৃষ্ণমূর্ত্তিগী মছা পুম্বদা খুৎনা নান্‌খি।

মূল ৬৩

সবদিন প্রেমাবেশে নৃত্যগীত কৈলা।
তাহাঁ হৈতে মহাপ্রভু খদিরবন আইলা ॥ ৬৩ ॥

শব্দার্থ

সবদিন—নুমীৎচুপ্পা ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; নৃত্য—জগোই ; গীত—ঈশৈ ; কৈলা—তৌখি ; তাহাঁ হৈতে—মফমদুদগী (নন্দীশ্বরদগী) ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; খদির—কবোখজি ; বন—উমংদা ; আইলা—লেঙলকৃখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎচুপ্পা প্রভু প্রেমাবেশদা জগোই শা ঈশৈ শক তৌহনা লৈখি। মফমদুদগী মহাপ্রভুনা খদিরবন-দা লেঙখি ॥

মূল ৬৪

লীলাস্থল দেখি তাহা গেলা শেষশায়ী।
লক্ষ্মী দেখি এই শ্লোক পড়েন গোসাঞি ॥ ৬৪ ॥

শব্দার্থ

লীলাস্থল দেখি—লীলাস্থল য়েংলগা ; তাহাঁ—মফমদুদা ; গেলা—চৎখি ; শেষশায়ী ব্রজমণ্ডলদা লৈবা লম অমগী মমিং ; লক্ষ্মী—শ্রীরাধাবু ; দেখি দর্শন তৌরগা ; এই শ্লোক—শ্লোক অসী ; পড়েন—থীখি ; গোসাঞি—মহাপ্রভুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমদুদা (খদিরবন-দা) লীলাস্থল দর্শন তৌরগা শেষশায়ীদা প্রভু লেঙঙী। লক্ষ্মী দেবীবু (মফমসিদা শ্রীরাধাবু) উবদা শ্লোকসী প্রভুনা থীখি।

তাৎপর্য

শেষশায়ী—ব্রজমণ্ডল-দা লৈবা মফম অমনী। মফমসিদা শেষশায়ী শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহ লৈ অমসুং মহাকী চরণ-সেবা তৌবী শ্রীরাধিকা-বিগ্রহ লৈ।

খ্বায়না খঙনবদি শেষশায়ী হায়রগা ক্ষীরোদ-সমুদ্রদা লৈবা অনন্তনা শয্যা ওইরগা চেপ্লিবা নারায়ণবু খঙনৈ ; অনন্তশয্যাসিদা শ্রীলক্ষ্মীদেবীনা নারায়ণগী চরণ-সেবা তৌহুনা লৈ। অদুবু পয়ারসিদদি "শেষ-শায়ী"-শব্দনা ক্ষীরোদশায়ী নারায়ণবু খঙহল্লবা নত্তে—খঙহল্লিবদি ব্রজ-নিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণবুনী অমসুং "লক্ষ্মী"-শব্দনসু অনন্তশায়ী নারায়ণগী সেবা-তৌবী লক্ষ্মীদেবীবু খঙহল্লবা নত্তে—খঙহল্লিবদি শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবাদা লূপ্লিবী শ্রীরাধাবুনী। অসুম্না খঙহন্নবগী মরমদি অসিনী—হৌজিক শেষশায়ী হায়না খঙনরিবা মফমসিদা ঈশীঙ-লৈবা মফম অমা লৈ, মহুগী মমিং হৌজিক ক্ষীরসমুদ্র হায়না খঙনৈ। শ্রীকৃষ্ণনা মতম অমদা অসুম লুংঙাইবদগী ঈশীঙ-লৈবা মফমসিদা শেষশায়ীগী মতৌগুম্না চেপ্লম্মী ; মতমদুদা শ্রীরাধানা শেষশায়ীগী সেবা তৌবী লক্ষ্মীগী মতৌগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌরম্মী। "এই শেষশায়ী ক্ষীর সমুদ্র এথাতে। কৌতুকে শুইলা কৃষ্ণ অনন্ত শয্যাতে। শ্রীরাধিকা পাদপদ্ম করয়ে সেবন। যে আনন্দ হৈল তাহা না যায় বর্ণন। ভক্তিরত্নাকর, ৫ম তরঙ্গ ॥" চরণসেবা তৌবা মতমদা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু পেল্হন্নবা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-থম্বাল অনীদুনা মহাক্কী স্তন অনীদা শোক্হনগে নীঙলম্মী, অদুবু স্তন অনীদুগী চগন্নবগী রা খল্লুবগা স্তন অদু শোক্পদা শ্রীকৃষ্ণগী অমেঙবা চরণ অদু ণাগনী হায়না চিংনরদুনা স্তনগী মচীন্দা থেংনহন্নবগী রাদি লায়রদুনা কিবদগী স্তনগী নাক্তফাঙবা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ অনীদুবু মহাক্না পুশল্লকপা ঙম্খিদে। লীলাসী নীংশীঙদুনা শ্রীরঘুনাথ-দাস গোস্বামীনা মহাক্কী ব্রজবিলাস-স্তব অদুদা ইরম্মী— যস্য শ্রীমচ্চরণ-কমলে কোমলে কোমলাপি শ্রীরাধে চৈনিজসুখকৃতে সন্নয়ন্তী কুচাগ্রে। ভীতাপ্যারাদথ ন হি দবীত্যস্য কার্কশ্যদোষাৎ স শ্রীগোষ্ঠে প্রথয়তু সদা শেষশায়ী স্থিতিং নঃ॥ ৯১ ॥—হকচাঙ-মোন্বী ওইরবসু শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী নীঙথিনা থোং-মোন্বা খোঙ-থম্বাল অনীদু মহাক্কী লুংঙাইনবা হায়দুনা মহামক্কী রাংখংলবা কুচ মতোন্দা পুশল্লক্লগা—"এগী কুচদি য়াম্না কল্লী (মরমদুনা কুচসিগা থেংনরব্দি শ্রীকৃষ্ণগী মেংলবা চরণ অদু ণাগনী)"—মতৌ অসুম খনবদগী কিজরদুনা কুচগী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-অনীদুবু পুশনখিদে, অদুগুম্বা শেষশায়ী শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগোষ্ঠদা (বৃন্দাবন-দা) ঐখোয়বু মতমপুম্বদা লৈহন্নবিনবা থৌয়াংখিসনু।"

এই শ্লোক—মথাদা হাল্লিবা "যত্তে সুজাতচরণাম্বুরুহম্"-নচিংবা শ্লোক। শ্রীকৃষ্ণগী পাগনী হায়না কিবদগী মহাক্কী নীঙথিজনা থোংচরবা থোঙ অনীহু ব্রজগোপীশিংনা মথোয়গী থোম্জিন্‌গা শোক্লখিনী হায়না কিজথি হায়বগী প্রমান্নী শ্লোক অসী।

মূল ৬৫

যত্তে সুজাতচরণাম্বুরুহং স্তনেষু
ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেষু।
তেনাটবীমটসি তদ্ব্যথতে ন কিং স্বিৎ
কূর্পাদিভির্ভ্রমতি ধীর্ভবদায়ুষাং নঃ॥ ৬৫॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/৪/১৭৪ শ্লোক অতুগীদা য়েংবিয়ু।

মূল ৬৬

তবে খেলা তীর্থ দেখি ভাণ্ডীরবন আইলা।
যমুনাতে পার হঞা ভদ্রবন গেলা॥ ৬৬॥

শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; খেলা তীর্থ—খেলন-বন ; দেখি—য়েংলগা ; ভাণ্ডীরবন ভাণ্ডীরবন ; আইলা—লাক্লখি ; যমুনা—তুরেন্দা ; পার হঞা—লাল্লগা ; ভদ্রবন—ভদ্রবন ; গেলা—চৎখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী খেলন-বন য়েংলগা ভাণ্ডীরবন য়ৌরকখি প্রভুনা। যমুনা লাল্লগা ভদ্রবন লেঙখি।

নৈনরোল

খেলা তীর্থ—খেলন বন। মফমসিদা শ্রীশ্রীরামকৃষ্ণ অনীনা শান্নে। "দেখহ খেলন বন এথা দুই ভাই। সখাসহ খেলে ভক্ষণের চেষ্টা নাই। মায়ের যত্নেতে ভুঞ্জে কৃষ্ণ বলরাম। এ খেলন বটের শ্রীখেলাতীর্থ নাম॥ ভক্তিরত্নাকর ৫ম তরঙ্গ॥"

ভাণ্ডীর বন—সখাশিংগা লোয়ননা মল্লবেশ খোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবলরামনা মফমসিদা শান্নৈ ; মফমসিমক্তদা শ্রীবলরামনা প্রলম্ব কৌবা হিংচাববু হাংখি। নোংমা মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা মথন্তমক লৈরগা বাঁশী খোংলম্মী : বাঁশীখোন তারগা খাঙবা ভমদ্রচুনা শ্রীরাধানা সখীশিংগা লোয়ননা মফমদুদা লাকৃখি। শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গা লোয়ননা বিহার তৌখি। মুংঙাইবগীদমক য়েংগে হায়দুনা শ্রীরাধানা খোন মেংতক্না শ্রীকৃষ্ণদা হংলম্মী— "সখাশিংগা লোয়ননা মতৌ করম্না শান্নৈ লমদমসিদা।" কৃষ্ণনা খুম্‌খি—"মফম্‌সিদা মল্লবেশ শেৎলগা ঐ সখাশিংগা লোয়ননা মল্লযুদ্ধ তৌনৈ ; মল্লযুদ্ধদা ঐনা মখোয় পূম্ববু মায়থীবা পী।" মতমদুদা নোংক্ল নোংক্লচুনা ললিতানা হায়রম্মী—"ঙসিদি মল্লবেশদা নঙবু য়েংবা তারে।" মদুদগী সখীশিং পুম্নমক মল্লবেশদা সাজোন তৌরগা মল্লবেশী শ্রীকৃষ্ণগা মল্লযুদ্ধ তৌবা হৌগৎখি। "কৃষ্ণপানে চাহি রাই মন্দ মন্দ হাসে। মল্লযুদ্ধ হেতু যুদ্ধস্থলেতে প্রবেশে॥ মহামল্লযুদ্ধে নাহি জয় পরাজয়। হইল আনন্দ কন্দর্পের অতিশয়॥—কৃষ্ণরোমদা য়েংলগা শ্রীরাধানা মোমোন-মোমোন্ নোকৃয়ি। মল্লযুদ্ধগীদমক চায়নবুদা চঙশিল্লী। মহামল্লযুদ্ধ তৌনরে, থোক্তবা পোবা অমতা য়াওরম্দে। কামদেবনা য়েংবদা য়াম্না মুংঙাইজখি।—ভক্তিরত্নাকর ৫ম তরঙ্গ।" শ্রীপাদ রঘুনাথদাস গোস্বামীনা মহাক্কী ব্রজবিলাসস্তবদা লীলাসী পন্দুনা ভাণ্ডীরবনগী বন্দনা তৌখি। "মল্লীকৃত্য নিজাঃ সখীঃ প্রিয়তমা গর্ব্বেণ সম্ভাষিতা, মল্লীভূয় মদীশ্বরী রসময়ী মল্লত্বমুৎকণ্ঠয়া। যস্মিন্ সম্যগুপেয়ষা বকভিদা রাধা নিযোদ্ধুং মুদা, কুর্ব্বাণা মদনস্য তোষমতনোদ্ভাণ্ডীরকং তং ভজে॥ ৯৬॥" আদিবরাহ-পুরাণ-দা ভাণ্ডীর বনগী মাহাত্ম্য বর্ণন তৌরি।

## মূল ৬৭

শ্রীবন দেখি পুন গেলা লৌহবন।
মহাবন গিয়া জন্মস্থান-দরশন॥ ৬৭॥

### শব্দার্থ

শ্রীবন—বেলবন ; দেখি—য়েংলগা ; পুন—অমুক হন্না ; গেলা—লেঙখি ; লৌহবন—লৌহজঙ্ঘবন ; মহাবন—গোকুল ; গিয়া—চৎলগা ; জন্মস্থান—শ্রীকৃষ্ণগী পোকৃফম্ ; দরশন—দর্শন তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবন দর্শন তৌরগা অমুক লৌহজঙ্ঘ বন-দা প্রভু লেঙলী। অদুদগী মহাবন লেঙলগা শ্রীকৃষ্ণগী জন্মস্থান দর্শন তৌখি।

## নৈনরোল

লৌহবন—মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা লৌহজঙ্ঘ কৌবা হিংচাববু হাংখি। মসিবু লৌহজঙ্ঘবন হায়নসু কৌনৈ।

মহাবন—গোকুল। জন্মস্থান—শ্রীকৃষ্ণগী পোক্লকফম্নী ; গোকুলদা যশোদাগী মচাবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ পোকৃখি।

শ্রীহরিবংশনা হায়, কংসগী কৈথুমশঙদা দেবকীনা শ্রীকৃষ্ণবু পোকপা মতম অদুমক্তদা গোকুলদা যশোদাসু শ্রীকৃষ্ণবু পোকৃখি ; মখোয়নী গর্ভগী থা নীপান্দা পোকৃখিবনী। "গর্ভকালে ত্বসম্পূর্ণে অষ্টমে মাসি তে স্ত্রিয়ৌ। দেবকী চ যশোদা চ সুষুবাতে সমং তদা॥ শ্রীভাঃ ১০/৩/৯ শ্লোক অদুগী বৃহদবৈষ্ণবতোষণীদা য়াওবা হরিবংশবচন-নী।" স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অমখক্তনা মফম অনীদা রূপ অনীদা পোকৃখি : কংস-কারাগারদনা শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম পায়বা চতুর্ভুজ (খুৎমরিলোঙবা) ওইনা অদুগা গোকুলদনা দ্বিভুজ ( খুৎ-অমী-পানবা ) শক্তমদা হায়রবদি স্বয়ং ( মছামক ) ওইনা পোকৃখি ; চতুর্ভুজরূপ অদু মহাক্কী প্রকাশরূপনী। দেবকীগা বসুদেবগনা অঙকপা চতুর্ভুজরূপ উবদা স্তব তৌরম্মী অদুগা মমৈদা লৌকিক নঙবা রূপ অদু থুম্নীয়ু হায়না হঞ্জখি। মদুদগী শ্রীকৃষ্ণসু চতুর্ভুজরূপ অদু থুপ্চন্খি অদুগা মীওইবগী অঙাঙমচাগুম্না দ্বিভুজরূপদা শক্ উৎপিখি। অদুগা বসুদেবদা হায়খি—"কংসবু কিরবদি ঐবু থুনমক গোকুলদা পুরগা থম্মুচো ; মফমদুদা যশোদাগী গর্ভদা পোকপী ঐগী মায়াবু উবা ফংগনী। মহাক্কী মফমদা ঐবু থনম্লগা মহাকপু মফমসিদা পুরকউ।" বসুদেবনা মচানিপাবু তম্পাক্তা কোল্লগা য়ুমদগী থোক্লগে হায়না হেক নীঙবা মতমদুমক্তদা নন্দগী শঙায়দা যশোদাগী গর্ভদগী যোগমায়া থোরকখি। "ততশ্চ শৌরির্ভগবৎপ্রচোদিতঃ সুতং সমাদায় স সূতিকাগৃহাৎ। যদা বহির্গন্তুমেয়ষ তর্হ্যজা যা যোগমায়াঽজনি নন্দজায়য়া॥ শ্রীভাঃ ১০/৩/৪৭॥" বসুদেবনা গোকুল য়ৌরগা উখি—মী পুম্নমক তুম্নরম্মী ; যশোদাগী কাদা চঙদুনা উখি—যশোদাসু শিবগা

পাংখক তুম্নম্মী, মহাক্কী ফমুঙদা পোকৃপদা ঙায়রিবী কন্যা অমা লৈ। অদুদগী বসুদেবনা মচানুপাবু যশোদাগী ফমুংদা থম্নগা যশোদাগী মচানুপীদু পুদুনা অমুক কংসগী কারগারদা হল্লকৃখি।

হরিবংশগী বচন-দগী খঙঙী, দেবকী অমসুং যশোদা-না মতম অমতদা অঙাং পোকৃখি—পোকৃখিবসী অষ্টমী তিথিদনী। অমুক শ্রীভাঃ ৩/১০/৪৮ শ্লোক অদুদগী খঙঙী—বসুদেবনা মচানুপাবু পুরগা গোকুলদা চৎননবা হায়দুনা কারাগারদগী থোক্লগে হায়না নীঙবা মতমদুমক্তদা যশোদাগী গর্ভদগী যোগমায়া পোকৃয়ি; হরিবংশনা হায়—নবমী তিথিদা যোগ-মায়াসী পোকৃপনী। নবম্যামেব সংজাতা কৃষ্ণপক্ষস্য বৈ তিথৌ। শ্রীভা, ১০/৩/৪০ শ্লোক অদুদগী বৃহদ্ বৈষ্ণবতোষণীধৃত হরিবংশবচন।" যশোদাগী গর্ভদগী নবমীদা মায়া পোকৃয়ি হায়বসী হিষ্ণুপুরাণদগী খঙবা ঙম্মী। ভগবান্না মায়াদেবীদা হায়রম্মী—নোংজুথাগী কৃষ্ণাষ্টমীদা ঐ পোক্কনী, নঙস্থ নবমীদা পোক্ল্‌চো। প্রাবৃট্‌কালে চ নভসি কৃষ্ণাষ্টম্যামহং নিশি। উৎপাৎস্যামি নবম্যাঞ্চ প্রসূতিং ত্বমবাপ্স্যসি॥ বিষ্ণুপুরাণ /৫/১/৭৬॥ মসি-দগী খঙবা ঙম্বদি, অতিং অদুমক্তদা যশোদানা অনীরক অঙাঙ পোকয়ি—দেবকীনা অঙাঙ পোকৃপা মতমদা অমুক অদুগা মতুংদা বসুদেবনা মচামক্কী মচানুপাবু পুরগা গোকুলদা চৎকদৌবগী মমাংদা অমুক। অমুকস্থ শ্রীভাঃ ১০/৪/৯ শ্লোকদা যশোদাগী গর্ভদগী পোকৃপী যোগমায়াবু "শ্রীকৃষ্ণগী অনুজা (তুংদা পোকৃপী)—মচনুপী" হায়না হায়; মসিদগী তশেংনা খঙবা ঙম্মী, অহানবদা যশোদানা শ্রীকৃষ্ণবু পোকৃখি, অনীরকুশুবদনা যোগমায়াবু পোকৃয়ি হায়বসী; নত্রগদি যোগমায়াবু শ্রীকৃষ্ণগী অনুজা হায়রুফম থোক্কে। যশোদানা অহানবদা শ্রীকৃষ্ণবু পোকৃপা মতমদা মহাক চতুর্ভুজ ওই হায়বন-চিংবা করিমত্তা পন্দবা মরম্মা দ্বিভুজ-নরাকৃতি (থুং অনী পানবা মীগী মওং ওইনা মহাক্ পোকৃয়ি হায়না কৌবা তাই। "যশোদা প্রসূতস্য কৃষ্ণস্য চতুর্ভুজত্বাভাবাৎ নরাকৃতি—পরব্রহ্মত্বাচ্চ দ্বিভুজত্বমেব বুদ্ধ্যাত ইতি। শ্রীভা, ১০/৩/৪৮ শ্লোক্কী টীকাদা চক্রবর্ত্তী।" হংবা য়াই, যশোদানা অঙাঙ অনী পোক্লবোইদি বসুদেবনা গোকুলদা লাক্লগা যশোদাগী ফমুঙদা অঙাঙ অমখক্তা—নুপীমচা অমখক্তমক উখিবা করিগীনো? অদুগা বসুদেবনা মচা-নুপাবু থনম্লগা কন্যাদুবু পুদুনা চৎখ্রবা তুংদা যশোদানা মীৎকপ থোক্লগা

মচানুপা অমথক্তবু উখি, কন্যাহুবু উখিদে, মতমহুদা যশোদাস্থ্ মহুগী মরমদা করিমতা হায়রমদবা করিগীনো ? বিষ্ণুপুরাণ-দগী মসিগী সমাধান ফংবা য়াই। বিষ্ণুপুরাণা হায়—"যোগনিদ্রাগী প্রভাব-না গোকুলগী মী পুম্নমক শুম্হৎলম্বা হায়বদি কন্না তুম্নরম্বা অমস্থং যশোদাস্থ য়াম্না কন্না তুম্থরম্বা মতমদা মহাক্না যোগমায়া কৌবী কন্যাহু পোক্খি। তস্মিন্ কালে যশোদাপি মোহিতা যোগনিদ্রয়া তামেব কন্যাং মৈত্রেয় প্রসূতা মোহিতে জনে॥ বিষ্ণুপুরাণ। ৫/৩/২০॥" যোগমায়ানা পোক্লিঙৈ মমাঙদগী যশোদাদি য়াম্না কন্না তুম্থরম্মী ; অস্মুম্না তুম্লিঙৈদা যোগমায়া পোক্পনী ; মরমহুনা যোগমায়া পোক্পগী মরমদা যশোদানা করিমতা খঙদবনী ; কন্যা অমা পোক্লে হায়বহুফাওবা মহাক খঙবা ঙম্খিদে। ওইবা য়াই, মহাগী গর্ভদগী কৃষ্ণ হেক পোক্পগা চোক্থহুনা য়াবদগী যশোদানা তুমথরম্বা, অহুগা যোগনিদ্রানা যশোদাগী তুম্থুন্ হুন্বদো কন্শিনহন্দুনা লীলাগী তেঙবাঙ-শল্লম্বা য়াই। যশোদাহু কৃষ্ণ পোক্পদি খঙলম্বা য়াই, অহুগী তুংদা কন্যা পোক্পগী য়াদি খঙলমদে, মরমহুনা মমৈদা কন্যাহু মাগী ফমুংদা উদবহুদা করিগী উদ্রিবনো হায়না চিংনবকা তৌদবনী। অহুবু অঙাঙ মুপা অনী উরমদবদি করিগীনো ? অমনা মছামক্কী অতুগা অমনা বসুদেবগী। বসুদেবনস্থ যশোদাগী ফমুঙদা যশোদাগী গর্ভদগী পোক্পা মচানুপাবু উরম্দবদি করিগীনো ? মসিগী সমাধানদি অস্মুম্না তৌবা য়াই,—শ্রীকৃষ্ণ মায়াগা লোয়ননা যশোদাগী ফমুঙদা লৈরম্বনী ; বসুদেবনা মছামক্কী মচানুপাহু পুহুনা যশোদাগী য়ুমদা চঙলম্বা মতমদা যশোদাগী মচানুপানা মাগী অচিন্ত্য শক্তি শীজন্নহুনা নত্রগা যোগমায়াগী প্রভাব-না বসুদেববু উহল্লম্দবা য়াই ; বসুদেবনা মছামক্কী মচাহুবু যশোদাগী ফমুঙদা থম্লগা মায়াবু লৌখৎপা মতমদা বসুদেবগী মচানুপাহু যশোদানন্দনগা লোয়ননা তিম্নহুনা অমত্তা ওইখি, বসুদেবগী মচাবু লৌশন্দুনা (আত্মসাৎ তৌহুনা) যশোদানন্দন-হুমক্তা ফমুঙদা হিপ্পুনা লৈখি, বসুদেবনা থন্বনা মহাক্মক্কী মচানুপাহুনা হিপ্লিবনী হাযবসিনী। মতৌ অস্মুম্না মখোয়নীনা তিম্নখিবহুদা যশোদাস্থ অঙাঙ অনী উখিদে অহুগা বসুদেববু উংনখিদবহুনস্থ যশোদানন্দনবু বসুদেবনা উখিদে। "শ্রীবসুদেবেন মায়াপরিবর্তেন বিন্যস্তঃ পুত্রঃ শ্রীনন্দ আত্মজৈনৈবৈকং প্রাপ্তঃ—শ্রীভা, ১০/৫/৯ শ্লোক অহুগী বৃহদ্বৈষ্ণব তোষণী।" নত্রগা,

বসুদেবনা যশোদাগী মমদা চঙবা হৌগৎলকপগা, যশোদাগী ফমুঙতু বসুদেবনা উদ্রিবৈগী মমাঙদা মহাক্নদি উদবা ফীভমদা যশোদানন্দননা বসুদেবগী মচানুপাবু আত্মসাৎ তৌদুনা বসুদেবগী ওম্পাক্তা লৈখিবা য়াই, মহাকপু বসুদেবনা যশোদাগী ফমুঙদা থম্লগা যোগমায়াবু পুরগা চৎখিবা য়াই। নত্রগা, কংসকারাগারদা শঙ্খচক্রগদাপদ্ম-পায়বা বসুদেবগী মচানা অন্তর্দ্ধান তৌখিবা মতম অদুমক্তদা নন্দগী শঙ্গায়দা যশোদানন্দনসু অন্তর্দ্ধান তৌরগা কংসকারাগারদা আবির্ভাব তৌরুরগা বসুদেবনন্দনগী মফমদু লৌরম্বসু য়াই। মসুম্না আবির্ভাব তৌরবা যশোদানন্দনবু বসুদেবগা দেবকীগনা মখোয়গী মচাদুনী হায়না খল্লম্বা য়াই। যশোদাগী গর্ভদা শ্রীকৃষ্ণ পোকপগী মরমদা শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দা স্পষ্ট (ওশেংবা) ওইনা করিগুম্বা বর্ণনা য়াওরবসু ১০/৪/৯ শ্লোক অদুদা মায়াবু শ্রীকৃষ্ণগী "অনুজা" নী হায়বা মরম্না, ১০/৮/১৪ শ্লোক অদুদা মহাকপু নন্দমহারাজগী "আত্মজ" হায়বা মরম্না অমসুং ১০/১৪/১ শ্লোক অদুদা শ্রীকৃষ্ণবু "পশুপাঙ্গজ— গোপ-নিংথৌ নন্দগী অঙ্গজ" হায়বা মরম্না, শ্রীকৃষ্ণ নন্দগৃহিনী যশোদাগী গর্ভদগী আবির্ভাব তৌখিবনী (থোরকখিবনী) হায়না শ্রীমদ্‌ভাগবতম্না য়ারে হায়বসী চিংনমডাই য়াওদবমখৈ প্রমাণ তৌরবনী।

মূল ৬৮

যমলার্জ্জুনভঙ্গাদি দেখিল সেইস্থল।
প্রেমাবেশে প্রভুর মন হৈল টলমল ॥ ৬৮ ॥

শব্দার্থ

যমলার্জ্জুন—মায়োকফা পাম্বী কাইবোক; ভঙ্গ-আদি—ইনথুবনচিংবা; দেখিল—য়েংলম্মী; সেইস্থল—মফমদু; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা; প্রভুর মন—প্রভুগী পুক্নীঙ; হৈল—ওইখি; টলমল—ঈরাঙ লাঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়োকফা পাম্বী কাইবোক ইনথুবনচিংবগী মফমদু প্রভুনা য়েংখি। মদু উরুবদা প্রেমাবেশদা প্রভুগী মন অদু ঈরাঙ-লাঙখি।

নৈনরোল

নলকুবর অমসুং মণিগ্রীব কৌবা মচানুপা অনী কুবেরগী লৈহম্মী।

রুদ্রগী অনুচর ওইদুনা মখোয় য়াম্না নাপঙ্গাও ওইরম্মী। মতম অমদা মখোয়নী বারুণী (য়ু জাৎ অমা) থকৃচৎলগা ভাওরকুনা কৈলাসগী নুংঙাইরবা উপবন-দা ফিথোক্লবী যুবতীশিংগা লোয়ননা মখোয়সু মফি থোক্লগা গঙ্গাগর্ভদা জলকেলি তৌরম্মী। অসুম্না লৈরিঙৈ মতমদা খঙহৌদনা দেবর্ষি নারদ অসুম কোয়রকৃপদগী মফমতু তান্না লেঙলকৃখি। মহাক্পু উবদা ইকাইখিবনা যুবতীশিংদুদি মফি শেৎচনৃখি। অদুগা নলকুবরগা মণি-গ্রীবগদি নারদবু উরবসু ফি শেৎলুফম থোক্তে হায়দুনা লৈথোকৃখি। মতম-দুদা মখোয়বু চানৃবিরে হায়বা খঙহন্নবা দেবর্ষি নারদনা শিরাপ তৌখি— মখোয়নীমক উপাম্বী ওইরসনু—হায়খি; ইকাই-হঙ্গোয়গন্দবা উ-পাম্বীগী মতৌগুম্বা শাজৎ চৎলী হায়দুনা তৌখিবা শিরাপ্নী। মহাক্না কৃপা তৌদুনা অসিমসু হায়খি—মহাক্না চানৃবিবদগী মখোয়গী স্মৃতি (নীঙশীঙবা) মাঙলোই অদুগা বাসুদেবগী মনাক নকৃপা ফংদুনা মখোয়গী উপাম্বীগী মপোক অদু কোকনী অদুগা অমুক হন্না দেবত্ব ( লাই ওইবা ) ফংদুনা ভক্তি ফংগনী ( শ্রীঃ ভা, ১০/১০ অধ্যায় )। মখোয়নী অদুদগীদি অর্জ্জুন ( মায়োক্‌ফা ) পাম্বী ফাইবোক ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী পোক্লকম গোকুলদা পোকৃখি।

দামবন্ধনলীলাদা যশোদানা শ্রীকৃষ্ণবু শূম্বন্দা পুল্লগা থবক ইনৃথাঙ তৌরম্বা মতম্‌দা শ্রীকৃষ্ণনা মমান্নবা গোপবালকশিংগা লোয়ননা শূম্বন্দু চিং-চিংদুনা চৎলম্মী; মমাঙদা উরম্মী—মায়োকৃফা-পাম্বী ( অর্জ্জুনবৃক্ষ ) ফাইবোক উরু অমতদা পাম্বী অনী হৌরি অদুগা কারক্তা হাঙভী। অসুম অসুম চৎপদা নুংঙাইখিদুনা শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বী অনীগী কারক অহোবদু কাণ্ঠোক্লগা রাংমলোম্‌দা লাম্ভোকৃখিরম্মী; মতমদুদা মবুক্তা পুল্লম্বা শূম্বন্দু পৈথোকৃখিদুনা উপাম্বী অনীদুগী কারক্তা চঙদুনা রাংমদা লাম্ভোকপা য়ারমৃদে; অদুম্না পনৃবদুদা শ্রীকৃষ্ণসু চৎথবা য়ারমৃদ্রে। শূম্বন্দুবু রাংমরোমদা পুরক্লবা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা চিংবা হৌখি। অদুম্না চিংবদুদা রাং-চাউরবা মায়োকৃফা পাম্বী অনীদু খোল-হৌনা লৈপাক্তা তুথখি। উ-পাম্বী অনীদুদগী নলকুবরগা মণিগ্রীবগা থোরক্লগা শ্রীকৃষ্ণদা খুরুম্লগা খুৎলোম্নদুনা শ্রীকৃষ্ণদা স্তব তৌখি; তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা চানৃবিরদুনা দিব্যদেহদা ময়ুম হনৃখি ( শ্রী, ভা, ১০/৩০ অধ্যায় )।

মূল ৬৯

গোকুল দেখিয়া আইল মথুরা নগরে।
জন্মস্থান দেখি রহে সেই বিপ্রঘরে ॥ ৬৯ ॥

শব্দার্থ

গোকুল দেখিয়া—গোকুল দর্শন তৌরগা ; আইল—লাক্‌খি ; মথুরা-নগরে—মথুরা নগরদা ; জন্মস্থান— ( শ্রীকৃষ্ণগী ) পোক্কম, ( কংসকার-গারদা ) ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; রহে—লৈখি ; সেই বিপ্রঘরে—পনৌড়িয়া মথুরা ব্রাহ্মণগী য়ুমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোকুল দর্শন তৌরগা মথুরা নগর য়ৌরক্‌খি। ( মফম্‌তুদা কংস-গারগারদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণগী ) পোক্কম অতু দর্শন তৌখি।

মূল ৭০

লোকের সঙঘট্ট দেখি মথুরা ছাড়িয়া।
একান্তে অক্রুর তীর্থে রহিলা আসিয়া ॥ ৭০ ॥

শব্দার্থ

লোকের সঙঘট্ট—মীয়াম লাক্লুনা তিল্লবা ; দেখি—উরগা ; মথুরা ছাড়িয়া—মথুরা থাদোক্লুনা ; একান্তে—অচীকৃপদা ; অক্রুরতীর্থে—মথুরাদা ) যমুনাগী অক্রুরঘাট্টা ; রহিলা—লৈখি ; আসিয়া— লাক্লুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীয়াম তিন্‌বা উবুনা মথুরা থাদোক্লগা অচীকৃপদা অক্রুরঘাট্টা প্রভু লাক্লগা লৈখি।

মূল ৭১

আরদিন আইল প্রভু দেখিতে বৃন্দাবন।
কালিয়হ্রদে স্নান কৈল আর প্রস্কন্দন ॥ ৭১ ॥

শব্দার্থ

আরদিন—অতোপ্পা নুমীৎ অমদা ; আইল—লেঙলক্‌খি ; প্রভু—প্রভুনা ;

দেখিতে বৃন্দাবন—বৃন্দাবন দর্শন তৌবা ; কালিয়হ্রদে—কালিয়হ্রদদা ; স্নান কৈল—স্নান তৌখি ; আর—অদুগা ; প্রস্কন্দন—প্রস্কন্দন ঘাট্টা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুমীৎ অতোপ্পা অমদা প্রভুনা বৃন্দাবন দর্শন তৌবগীদমক লেঙলকৃখি। কালিয়হ্রদদা স্নান তৌরম্মী অদুগা প্রস্কন্দন ঘাট্টস্থ স্নান তৌখি।

## নৈনরোল

প্রস্কন্দন—যমুনাগী ঘাট অমনী। কালিয়দমন তৌবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা মতম য়াম্না শাংনা কালিয়হ্রদগী ঈশীঙ অঈঙবদা লৈরুবনা নিংথম্নহুনা দ্বাদশাদিত্য-টিলাদা ফম্নগা মুংশা য়াইখি ; মুংশা শাবদগী হুমাং শৌরহুনা চেম্ব্রকৃপনা যমুনাদা তিল্লুরে। হুমাং তিনবা যমুনাগী মফমহুবু প্রস্কন্দন ( চেম্বফম ) ঘাট হায়না খঙনৈ।

## মূল ৭২

দ্বাদশ-আদিত্য হৈতে কেশিতীর্থে আইলা।

রাসস্থলী দেখি প্রেমে মূর্চ্ছিত হইলা ॥ ৭২ ॥

## শব্দার্থ

দ্বাদশ-আদিত্য—( কালিয়হ্রদগী মনাক্তা লৈবা ) টিলা (চীঙচুম্ মচা) অমনী ; হৈতে—দগী ; কেশিতীর্থে—যমুনাগী কেশীঘাট্টা ; আইলা—লাকৃখি ; রাসস্থলী দেখি—রাসস্থলী উবদা ; প্রেমে—প্রেমাবেশদা ; মূর্চ্ছিত হইলা—রাম্থখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্বাদশ-আদিত্য-দগী কেশীঘাট্টা প্রভু লেঙলকৃখি। রাসস্থলী উবদা প্রেমাবেশদা প্রভু রাম্থরম্মী।

## নৈনরোল

দ্বাদশ-আদিত্য—নিংথম্নবা শ্রীকৃষ্ণনা টিলাসিদা মুংশা য়াইবদা সূর্য্য (মুমীৎ) তরানীথোইনা মুংশা শাহনখি হায়হুনা টিলাসিবু দ্বাদশাদিত্য কৌখি।

### মূল ৭৩

চেতন পাইয়া পুন গড়াগড়ি যায়।
হাসে কান্দে নাচে পড়ে উচ্চৈঃস্বরে গায়॥ ৭৩॥

### শব্দার্থ

চেতন—জ্ঞান ; পাইয়া—ফংলদুনা ; পুন—অমুক হন্না ; গড়াগড়ি যায়—থরো থরো ওল্লী ; হাসে—নোক্য়ি ; কান্দে—কপ্পী ; নাচে—জগোই শাই ; পড়ে—তুই ; উচ্চৈঃস্বরে—খোল্ হৌনা ; গায়—ঈশৈ শক্য়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাস্থকুবদগী হন্থরকুনা জ্ঞান তারগা অমুক থরো থরো ওল্লমী। অদুগা নোক্য়ি, কপ্পী, জগোই শাই, অমুক তুথে অদুগা অমুক খোল্হৌনা ঈশৈ শক্য়ি।

### মূল ৭৪

এই রঙ্গে সেই দিন তথা গোঞাইলা।
সন্ধ্যাকালে অক্রুরে আসি ভিক্ষা নির্ব্বাহিলা॥ ৭৪॥

### শব্দার্থ

এই রঙ্গে—মতৌ অসুম্না ; সেই দিন—নুমীৎতুমা ; তথা—মফমদুদা ; গোঞাইলা—লেনখি ; সন্ধ্যাকালে—য়াচঙবা মতম্দা ; অক্রুরে—মথুরাগী অক্রুরঘাট্টা ; আসি—লাকুনা ; ভিক্ষা নির্ব্বাহিল—প্রসাদী লৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না নুমীৎতুমা মফমদুদা প্রভুনা লেনখি। য়াচঙবা মতমদা প্রভু অক্রুরঘাট্টা লেঙলক্লগা প্রসাদী ফংখি।

### মূল ৭৫

প্রাতে বৃন্দাবনে কৈল চীরঘাটে স্নান।
তেঁতুলী-তলাতে আসি করিল বিশ্রাম॥ ৭৫॥

### শব্দার্থ

প্রাতে—অয়ুক্তা ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা ; কৈল—তৌরম্মী ; চীরঘাটে স্নান—চীরঘাট্টা চাইথবা ; তেঁতুলী-তলাতে—মঙ্গে পাম্বীগী মখোঙদা ; আসি—লাক্লগা ; করিল—তৌখি ; বিশ্রাম—পোথাবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুক অঙনবদা বৃন্দাবন-দা চীরঘাট্টা প্রভু স্নান তৌখি ; অমুদগী মঙ্গে-মখোঙদা লেঙশল্লক্লগা বিশ্রাম তৌখি ।

### মূল ৭৬

কৃষ্ণলীলাকালের বৃক্ষ পুরাতন ।

তার তলে পিঁড়ি বান্ধা পরম চিক্কণ । ৭৬ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণলীলাকালের—কৃষ্ণলীলা-মতমগী ; বৃক্ষ—উপাম্বী ; পুরাতন—অরিবা ; তার—মাগী ; তলে—মথাদা, মখোঙদা ; পিঁড়ি—(ফমনবা) ফান ; বান্ধা—চল্লী ; পরম—য়াম্না ; চিক্কণ—লংঙী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণলীলা মতমগী অরিবা মঙ্গে পাম্বীনী । মাগী মখোঙদা য়াম্না ফজনা লংত্রিক লংবা ফম্ফম অমা চন্দুনা লৈ ।

### নৈনরোল

কৃষ্ণগী প্রকট কাল-দগী লৈরবা মঙ্গে পাম্বীনী হায়নৈ ।

### মূল ৭৭

নিকটে যমুনা বহে শীতল সমীর ।

বৃন্দাবন-শোভা দেখে যমুনার নীর ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

নিকটে—নাক্তা ; যমুনা—যমুনা তুরেল ; বহে—চেল্লী, শীৎলী ; শীতল—অয়িঙবা ; সমীর—নুংশীৎ ; বৃন্দাবনশোভা—বৃন্দাবনগী ফজবা ; দেখে—য়েংঙী ; যমুনার—যমুনাগী ; নীর—ইশীঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মঙ্গে-পাম্বীগী নাক্তা যমুনা চেল্লি অদুগা অম্বিঙবা থুংলীং লীংলী ; প্রভুনা মঙ্গে মখোঙদা ফম্লগা বৃন্দাবনগী কুঞ্জবনে অদুগা যমুনাগী ঈশীঙনে য়েংলম্মী।

মূল ৭৮

তেঁতুলতলে বসি করে নাম সঙ্কীর্ত্তন।
মধ্যাহ্ন করি আসি করে অক্রুরে ভোজন ॥ ৭৮ ॥

শব্দার্থ

তেঁতুলতলে—মঙ্গে মখোঙদা ; বসি—ফম্লগা ; করে—তৌরি ; নাম—হরিনাম ; সঙ্কীর্ত্তন—শোন্‌বা ; মধ্যাহ্ন—মধ্যাহ্ন মতমগী পূজা ; করি—তৌরগা ; আসি—লাক্লুনা ; করে—তৌরি ; অক্রুরে—অক্রুরঘাট্টা ; ভোজন—চাক চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মঙ্গে-পাম্বী মখোঙদা ফম্লগা নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌরি। মধ্যাহ্ন মতমগী পূজা তৌরগা অক্রুরঘাট তাল্লা লেঙলক্লগা প্রসাদী ফংঙী।

মূল ৭৯

অক্রুরের লোক আইসে প্রভুরে দেখিতে।
লোকভিড়ে স্বচ্ছন্দে নারে কীর্ত্তন করিতে ॥ ৭৯ ॥

শব্দার্থ

অক্রুরের—অক্রুরঘাট লম্‌দম ; লোক—মীয়াম ; আইসে—লাকৃয়ি ; প্রভুরে—প্রভুবু ; দেখিতে—দর্শন তৌবা ; লোকভিড়—মীয়াম তিন্‌বনা ; স্বচ্ছন্দে—নীঙতম্না ; নারে—ঙমদে ; কীর্ত্তন—নাম শোন্‌বা ; করিতে—তৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অক্রুরঘাট-লম্‌দগী মীয়াম্না প্রভুবু দর্শন তৌবা লাকৃখি। মীয়াম তিন্‌ব-হুনা প্রভুনা নীঙতম্না নাম শোন্‌বা ঙম্মৃদে।

## মুল ৮০

বৃন্দাবনে আসি প্রভু বসিয়া একান্তে।
নাম সঙ্কীর্ত্তন করে মধ্যাহ্ন পর্য্যন্তে ॥ ৮০ ॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবনে আসি—বৃন্দাবন-দা লেঙলক্লগা ; প্রভু—প্রভুনা ; বসিয়া —ফমতুনা ; একান্তে—মথন্তমক ; নাম সঙ্কীর্ত্তন—নাম শোন্‌বা ; করে—তৌয়ি ; মধ্যাহ্ন পর্য্যন্তে—মধান্‌ফাওবা ( নুমীৎমুংবফাওবা ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৃন্দাবন-দা লেঙলক্লগা প্রভুনা প্রভুতমক কনামতা য়াওদবমথৈ ফম্নগা নামসঙ্কীর্ত্তন তৌবত্নুনা মধ্যান্‌-ফাওবা তৌয়ি।

## মুল ৮১

তৃতীয় প্রহরে লোক পায় দরশন।
সভারে উপদেশ করে নামসঙ্কীর্ত্তন ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

তৃতীয়—অহুমশুবা ; প্রহরে—প্রহরদা ; (তৃতীয়প্রহরে—নুংথিন্দা) ; লোক—মীয়াম্না ; পায়—ফংঙী ; দরশন—প্রভুগী দর্শন ; সভারে—মী পুম্নমক্তা ; উপদেশ—পাউতাক ; করে—পী ; নামসঙ্কীর্ত্তন—নাম শোল্লু হায়না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুংথিন্দা মীশিংনা প্রভুবু দর্শন তৌবা ফংঙী। ( দর্শন-লাক্‌পা ) মী পুম্নমক্তা নাম শোল্লু হায়না প্রভুনা তাকৃপিরম্মী।

## মুল ৮২

হেনকালে আইলা বৈষ্ণব কৃষ্ণদাস নাম।
রাজপুতজাতি গৃহস্থ—যমুনাপারে গ্রাম ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

হেনকালে—মতম্মুসিদা ; আইলা—লাকৃথি ; বৈষ্ণব—বৈষ্ণব ; কৃষ্ণদাস নাম—কৃষ্ণদাস কৌবা ; রাজপুতজাতি—জাতিনা রাজপুত ; গৃহস্থ য়ুম্পান্‌বা ; যমুনা পারে—যমুনাগী তোর্বান্‌ রাংমদা ; গ্রাম—খুন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমসিরাইদা কৃষ্ণদাস কৌবা বৈষ্ণব অমা লাক্লম্মী। মহাক রাজপুতজাতিনী, য়ুম্পান্‌বা মীনী, মথুন্না যমুনা রাংমদনী।

## মূল ৮৩

কেশীস্নান করি সেই কালিদহে যাইতে।

আমলিতলায় গোসাঞি দেখে আচম্বিতে॥ ৮৩॥

### শব্দার্থ

কেশীস্নান—কেশীঘাট্টা স্নান : করি—তৌরগা ; সেই—মহাক্না, (রাজপুত-কৃষ্ণদাসনা) ; কালিদহে—কালিদহদা ; যাইতে—চৎপদা ; আমলিতলায়—তেঁতুলতলাদা ; গোসাঞি—প্রভুবু ; দেখে—উই ; আচম্বিতে—খঙহৌদবমথৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজপুত কৃষ্ণদাস অদুনা কেশীঘাট্টা স্নান তৌরগা কালিদহদা চৎপা মতমদা ইখঙ-খঙহৌদনা তেঁতুলতলাদা প্রভুবু উখি।

## মূল ৮৪

প্রভুর রূপ প্রেম দেখি হৈল চমৎকার।

প্রেমাবেশে প্রভুরে করেন নমস্কার॥ ৮৪॥

### শব্দার্থ

প্রভুর—প্রভুগী ; রূপ—শক ; প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম ; দেখি—উবদা ; হৈল—ওইখি ; চমৎকার—ঙকপা ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা লৈরম্না মতমদা ; প্রভুরে—প্রভুবু ; করেন নমস্কার—খুরুম্খি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী রূপ অমসুং কৃষ্ণপ্রেম উবদা রাজপুত কৃষ্ণদাস ওক্লখি। প্রেমাবেশদা লৈরবা প্রভুদা মহাক্না খুল্লমী।

## মূল ৮৫

প্রভু কহে—কে তুমি, কাহাঁ তোমার ঘর।
কৃষ্ণদাস কহে—মুঞি গৃহস্থ পামর ॥ ৮৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; কে—কনানো; তুমি—নঙ; কাহাঁ—কদায়দনো; তোমার—নঙগী; ঘর—য়ুম; কৃষ্ণদাস কহে—কৃষ্ণদাসনা হায়; মুঞি—ঐহাক; গৃহস্থ—য়ুম্পান্বা; পামর—পাপীনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হংলম্মী—নঙ কনানো? নয়ুম কদায়দনো? কৃষ্ণদাসনা খুম্লম্মী—ঐদি পাপচেন্বা সংসারী অমনী।

## মূল ৮৬

রাজপুতজাতি মুঞি পারে মোর ঘর।
মোর ইচ্ছা হয় হঙ বৈষ্ণবকিঙ্কর ॥ ৮৬ ॥

### শব্দার্থ

রাজপুতজাতি—রাজপুতজাতিনী; মুঞি—ঐ; পারে—(যমুনাগী) রাংমদা; মোর—ঐগী; ঘর—য়ুম; মোর—ঐগী; ইচ্ছা—অনীঙবা; হয়—ওই (লৈ); হঙ—ওইগে; বৈষ্ণব-কিঙ্কর—বৈষ্ণবকী মনাই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক রাজপুত জাতিনী; ইয়ুম্দি যমুনা রাংমদনী। ঐ বৈষ্ণবকী মনাই ওইগে হায়নদি নীঙজী।

## মূল ৮৭

কিন্তু আজি এক মুঞি স্বপন দেখিনু।
সেই স্বপ্ন পরতেখ তোমা আসি পাইনু ॥ ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

কিন্তু—অদুবু ; আজি—ঙসি ; এক—অমা ; মুঞি—ঐনা ; স্বপন—মঙ ; দেখিনু—উখি ; সেই স্বপ্ন—মঙ অদু ; পরতেখ—সাক্ষাৎ ওইনা ; তোমা—নঙবু ; আসি—লাক্লগা ; পাইনু—ফংলরে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কৃষ্ণদাসনা হায়রম্মী )—ঙসি অহিং ঐহাক মঙ অমা মঙখি। মঙ অদু শংশংনা নঙগী মাঙদা লাক্লগা ফংলেনে।

## নৈনরোল

স্বপ্ন—মমঙদা রাজপুত কৃষ্ণদাসনা প্রভুবু উখিরম্মী।

## মূল ৮৮

প্রভু তাঁরে কৃপা কৈল আলিঙ্গন করি।

প্রেমে মত্ত হৈল সেই নাচে বোলে 'হরি' ॥ ৮৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা ; তাঁরে—মহাকপু ; কৃপা কৈল—কৃপা তৌখি ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা ; করি—তৌরগা ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমনা ; মত্ত—ঙাওবা ; হৈল—ওইখি ; সেই—মহাক ; নাচে—জগোই শাই, বোলে হরি—হরি হায়না শোল্লী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা কৃষ্ণদাস রাজপুত অদুবু কোন্‌বিদুনা চান্‌বিখি। কৃষ্ণদাসনা কৃষ্ণপ্রেমদা ঙাওরদুনা জগোই শাখি অমসুং হরি শোন্‌খি।

## মূল ৮৯

প্রভুসঙ্গে মধ্যাহ্নে অক্রূরতীর্থ আইলা।

প্রভুর অবশিষ্ট পাত্র প্রসাদ পাইলা ॥ ৮৯ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুসঙ্গে—প্রভুগা লোয়ননা ; মধ্যাহ্ন—মধ্যান্দা ; অক্রূরতীর্থ—

অক্রূরতীর্থদা ; আইলা—লাক্খি ; প্রভুর— প্রভুগী ; অবশিষ্ট—অরেম্বা ; পাত্র—পাত্রগী ; প্রসাদ—প্রসাদ ; পাইলা—ফংখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগা লোয়ননা রাজপুত অদু অক্রূরতীর্থদ' লাক্খি। প্রভুগী অরেম্বা পাত্রদা থাক্পা প্রসাদ অদু মহাক ফংখি।

মূল ৯০

প্রাতে প্রভু-সঙ্গে আইলা জলপাত্র লঞা।
প্রভুসঙ্গে রহে গৃহ-স্ত্রী পুত্র ছাড়িয়া॥ ৯০॥

শব্দার্থ

প্রাতে—অয়ুক্তা ; প্রভুসঙ্গে—প্রভুগা লোয়ননা ; আইলা—লাক্খি ; জলপাত্র—ঈশীঙ হাপ্নবা পাত্র ; লঞা—পুত্না ; প্রভুসঙ্গে—প্রভুগা লোয়ননা ; রহে—লৈ ; গৃহ—য়ুম ; স্ত্রী—পাম্নবী নুপী ; পুত্র—মচানুপা ; ছাড়িয়া—থাদোক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুক্তা জলপাত্র পুরগা প্রভুগা লোয়ননা লাক্খি। য়ুমমকৈ-নুপী-অঙাঙ থাদোক্না প্রভুগা লোয়ননা লৈখি।

মূল ৯১

'বৃন্দাবনে পুন কৃষ্ণ প্রকট হইল।'
যাহাঁ তাহাঁ লোকসব কহিতে লাগিল॥ ৯১॥

শব্দার্থ

বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা ; পুন—অমুক ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণ ; প্রকট—শক্-উৎপা ; হইল—ওইরে ; যাহাঁ তাহাঁ—মফম অমদসু অমদসু ; লোকসব—মীপুম্নমক ; কহিতে—হায়বা ; লাগিল—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৃন্দাবন-দা শ্রীকৃষ্ণ অমুক প্রকট ওইরে হায়না মফম অমদসু অমদসু মী পুম্নমক্না ঙাঙনরক্পা হৌখি।

## মূল ৯২-৯৫

একদিন মথুরার লোক প্রাতঃকালে ।
বৃন্দাবন হৈতে আসে করি কোলাহলে ॥ ৯২ ॥
প্রভু দেখি কৈল লোক চরণবন্দন ।
প্রভু কহে—কাহাঁ হৈতে কৈল আগমন ॥ ৯৩ ॥
লোক কহে—কৃষ্ণ প্রকট কালিদহের জলে ।
কালিয়শিরে নৃত্য করে ফণারত্ন জ্বলে ॥ ৯৪ ॥
সাক্ষাৎ দেখিল লোক—নাহিক সংশয় ।
শুনি হাসি কহে প্রভু—সব সত্য হয় ॥ ৯৫ ॥

## শব্দার্থ

একদিন—নোংমা ; মথুরার লোক— মথুরাগী মী ময়াম ; প্রাতঃকালে —অয়ুক ঙন্থাদা ; বৃন্দাবন হৈতে—বৃন্দাবন-দগী ; আসে—লাকৃয়ি ; করি —তৌদুনা ; কোলাহলে—চরাঙনবা ; প্রভু দেখি—প্রভুবু উবদা ; কৈল —তৌখি ; লোক—মীয়ামদুনা ; চরণবন্দন—খোঙদা খুরুম্বা ; প্রভু কহে —প্রভুনা হায় ; কাহাঁ হৈতে—কদায়দগী ; কৈলে—তৌরকপা ; আগমন —লাকপা ; লোক—মীশিংনা ; কহে— হায় ; কৃষ্ণ প্রকট—কৃষ্ণ থোরক্লে ; কালিদহের জলে—কালিদহগী ঈশীংদা ; কালিয় শিরে—কালিয়গী মকোক্তা ; নৃত্য করে—জগোই শাই ; ফণারত্ন— লৈয়েংগী রত্না ; জ্বলে —ঙাল্লী ; সাক্ষাৎ—শংশংনা ; দেখিল—উরে ; লোক—মীশিংনা ; নাহিক —লৈতে ; সংশয়—চিংনবা ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; কহে—হায় ; প্রভু—প্রভুনা , সব—পুম্নমক ; সত্য—অওইবা ; হয়— ঙাক্লী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা অয়ুকঙন্থাদা মথুরাগী মী ময়াম অমা বৃন্দাবন-দগী ইরাঙ-লাঙনা লাকৃখি । মখোয়দুনা প্রভুবু উবদা প্রভুগী চরণখাদা খুরুম্খি । প্রভুনা মখোয়দুদা হংলম্মী—কদায়দগী লাক্লিবনো ( ময়ামসে ) ? ময়ামদুনা খুম্খি—কালিদহগী ঈশীংদা কৃষ্ণ থোরকৃয়ি : মহাক কালিয়-নাগগী কোকৃথক্তা জগোই শাই অদুগা কালিয়গী লৈয়েংদা রত্না ঙাল্লী । শংশংনা মীশিংনা উরবনী ; করিমতা চিংনমনঙাই লৈতে । মখোয়গী রাদু তারগা নোক্লুনা প্রভুনা হায়রম্মী—হায়রিবা পুম্বদো অওইবঙাক্লী ।

## মৈনরোল

কালিদহগী ঈশীঙদা শ্রীকৃষ্ণনা কালিয়-নাগগী মকোক্তা জগোই শাই হায়বসী মী অমা অমনা ঙাঙনরকৃপা তাহুনা মথুরাদগীসু মী য়াম্না লাক্লুনা কালিদহগী মপান্দা তিল্লখি। কৃষ্ণ উবগী আশাদা অহিংচুপ্পা মফমদুদা য়ারেক্লগা নোংঙাল্লকৃপদা ময়ুম ময়ুম হল্লে। নোংমদি মথুরাগী মীশিংনা মতৌ অসুম্না অহিং লেক্লরগা ময়ুম হল্লকৃপা মতম্দা প্রভুবু উরগা খুরুম্খি, মখোয়না বৃন্দাবন দা লাকৃপগী মরম হংখি, মখোয়না খোংখোংপা তেংনা হায়রম্মী। মখোয়গী রা নাকোঙনা তারগা প্রভুনা নোকৃখি, অদুগা নোক্লুনা হায়রম্মী—"সব সত্য হয় ( লোইনমক অচুম্বা ঙাক্নী )"!

সব সত্য হয়—প্রভুনা নোকপা অমা য়াঙনা রাসী হায়রম্বদুনা অসুম্না খনবা য়াই, প্রভুনা হায়রিবা রাদু অসুম তাবদদি মদুগী অর্থ অসী ওইবা য়াই মদুদি—মখোয়না হায়রিবদু ওইদবা রা ঙাক্নী। অদুবু প্রভুনা হায়রিবিগী অথুপ্পা রারোন্দি অসী ওইবা য়াই মদুদি—মখোয়না ঙাংলিবদু তশেংনমক সত্যনী। মরমদি, গৌর ওইনা শ্রীকৃষ্ণদো বৃন্দাবন-দা তশেংনমক প্রকট ওইররে।

### মূল ৯৬

এইমত তিন রাত্রি লোকের গমন।
সভে আসি কহে—'কৃষ্ণ পাইল দর্শন'॥ ৯৬॥

#### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না; তিন—অহুম; রাত্রি—অহিং; লোকের গমন—মী ময়াম চৎপা ( ওই ); সভে—লোইনমক; আসি—লাক্লুনা; কহে—হায়; কৃষ্ণ—কৃষ্ণবু; পাইল—ফংলে; দর্শন—উবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না অহিং অহুম মী লাকৃখি। মখোয় লোইনমক্না লাক্লগা হায়খি—কৃষ্ণবু উবা ফংলে।

### মূল ৯৭

প্রভু-আগে কহে লোক—'শ্রীকৃষ্ণ দেখিল'।
সরস্বতী এই বাক্য সত্য কহাইল॥ ৯৭॥

### শব্দার্থ

প্রভু-আগে—প্রভুগী মাঙদা ; কহে—হায় : লোক—মী ময়াম্না ; শ্রীকৃষ্ণ দেখিল—শ্রীকৃষ্ণবু উরে ; সরস্বতী—সরস্বতীনা ; এই বাক্য—ৱাহৈ অসী ; সত্য—সত্যনী হায়না ; কহাইল—হায়হন্‌বনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী মাঙদা মীশিংহুনা হায়রম্মী—'ঐখোয় শ্রীকৃষ্ণবু উরে' । ৱাহৈ-সিখক সরস্বতীনা প্রভুবু সত্যনী হায়না হায়হন্‌বনী ।

### মূল ৯৮

মহাপ্রভু দেখি সত্য কৃষ্ণদরশন ।

নিজাজ্ঞানে সত্য ছাড়ি অসত্যে সত্যভ্রম ॥ ৯৮ ॥

### শব্দার্থ

মহাপ্রভু দেখি—মহাপ্রভুবু উরগা : সত্য—অশেইবমক ; কৃষ্ণদরশন—শ্রীকৃষ্ণবু উবনী ; নিজ-অজ্ঞানে—মছানা খঙদবদগী ; সত্য—অশেইবস্তু ; ছাড়ি—থাদোক্লগা ; অসত্যে—শেইদবদা ; সত্যভ্রম—অশেইবনি (কৃষ্ণনী) হায়না লৌহুনা লান্‌বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুবু উরগদি অশেইবমক শ্রীকৃষ্ণবু উবনী । মীশিংনা মছা মছানা খঙদবদগী অশেইববু থাদোক্লগা শেইদবদা অশেইবনী ( কৃষ্ণনী ) হায়না লান্না লৌবনী ।

### নৈনরোল

মহাপ্রভুদি স্বয়ংশ্রীকৃষ্ণনী ; মরমহুনা প্রভুগী মাঙমত্তদা 'শ্রীকৃষ্ণবু উরে' হায়না মীশিংহুনা হায়রম্বদো শেইদবা ৱা নত্তে ; মরমদি, মীশিংহুনা গৌর-শেইবা শ্রীকৃষ্ণবু উরিবনী । অদুবু মখোয়না খঙদবদগী কৃষ্ণ লৈতবা মফমদা ( কালিদহদা ) কৃষ্ণবু উই হায়না খন্‌জবনী ।

নিজ-অজ্ঞানে—মছানা খঙদবদগী ; মী মাপী মাঙদা ৱা ভাঙলিবা প্রভুহু শ্রীকৃষ্ণনী হায়বা খঙদবদগী ।

সত্য ছাড়ি—সত্যকৃষ্ণবু ( শ্রীগৌরাঙ্গবু ) থাদোকুনা।

অসত্যে—ওইদবদা। কালিদহদা হি তোংলগা মৈরা পায়রহুনা ডোম-না ঙা কায়রম্মী। থঙদবা মীনা অরাপ্পদগী শেংনা উবা ফংদহুনা হি অহুবু কালিয়-নাগনী হায়না, মৈরাবুনা কালিয়গী মহৈগী মণিনী হায়না অমসুং ডোমহুবু কৃষ্ণনী হায়না খন্খি। ডোমহু অশেংবা কৃষ্ণ নত্তে, মরমহুনা হায়রিবনী 'অসত্যে' ওইদবহুদা [ 'সত্যজ্ঞান' (অওইবা ওইনা লৌরিবনী)]।

মূল ৯৯

ভট্টাচার্য্য তবে কহে প্রভুর চরণে—।
আজ্ঞা দেহ, যাই করি কৃষ্ণদরশন ॥ ৯৯ ॥

শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্য ; তবে—অহুদগী ; কহে—হায় ; প্রভুর চরণে—প্রভুগী খুয়াদা ; আজ্ঞা—য়াথং ; দেহ—পীনবিয়ু ; যাই—চৎলগা ; করি—তৌগে ; কৃষ্ণদরশন—শ্রীকৃষ্ণদর্শন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুদগী বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা প্রভুগী চরণ থাদা হঙ্গৎলী—য়াথং পীনবিয়ু, চৎলগা কৃষ্ণদর্শন তৌরুগে।

মূল ১০০–১০২

তবে তারে কহেন প্রভু চাপড় মারিয়া—।
মূর্খের বাক্যে মূর্খ হৈলা পণ্ডিত হইয়া ॥ ১০০ ॥
কৃষ্ণ কেনে দরশন দিবে কলিকালে।
নিজভ্রমে মূর্খলোক করে কোলাহলে ॥ ১০১ ॥
বাতুল না হইও, ঘরে রহত বসিয়া।
কৃষ্ণদর্শন করিহ কালি রাত্র্যে যাঞা ॥ ১০২ ॥

শব্দার্থ

তবে—অহুদগী ; তারে—মহাক্তা (বলভদ্রদা) ; কহেন প্রভু—প্রভুনা হায় ; চাপড় মারিয়া—খুবাক্পা থায়রগা ; মূর্খের বাক্যে—মূর্খগী ৱাহৈদা ;

মূর্খ হইলা—মূর্খ ওইরবরা ; পণ্ডিত হইয়া—পণ্ডিত ওইরগা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; কেনে—করিগীদমক ; দরশন দিবে—দর্শন পীগনী ; কলিকালে—কলিগী মতমদা ; নিজভ্রমে—লম্নাই লান্না লৌদুনা ; মূর্খলোক—খঙদবা মীনা ; করে কোলাহলে—কোয়নিল্-নিন্‌বা তৌবনী ; বাতুল—অঙাওবা ; না হইও—ওইগনু ; ঘরে—য়ুমদা ; রহত—লৈয়ু ; বসিয়া—ফম্‌দুনা ; কৃষ্ণ-দর্শন করিহ—কৃষ্ণ য়েংলুচো ; কালি—হয়েং ; রাত্র্যে—অহিংদা ; যাঞা—চংদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুদগী প্রভুনা মঙোন্দা খুবাক্কা থাজল্লগা হায়রম্মী—পণ্ডিত ওইরগা মূর্খগী রাইদা মূর্খ ওইরবা ? কলিকাল দা কৃষ্ণনা করম্না দর্শন পীরগনী ? মূর্খশিংনা লন্নাই লান্না লৌদুনা কোয়নিন্‌নিন্‌জবনী। অঙাওগনু, য়ুমদা ফমদুনা লৈয়ু। হয়েং অহিংদা চংলগা কৃষ্ণ য়েংলুচো।

## নৈনরোল

কালি—হয়েং। শ্রীকৃষ্ণ প্রকট ওইরে হায়না তে কৃতা অাঙনরিবসে মীনম্বা ওইদবনী হায়না থাজত্রবদি হয়েং অহিংদা চংলগা কৃষ্ণ য়েংলূচো—হায়বসিনী প্রভুনা হায়নীঙলম্বদি।

মূল ১০৩

প্রাতঃকালে ভব্যলোক প্রভুস্থানে আইলা।
'কৃষ্ণ দেখি আইলা ?' প্রভু তাহারে পুছিলা ॥ ০০৩ ॥

## শব্দার্থ

প্রাতঃকালে—অয়ুক ঙন্থা : ভব্যলোক—হৌনবা-খঙবা মী ; প্রভুস্থানে—প্রভুগী মফমদা ; আইলা—লাকৃখি ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণবু : দেখি—উরগা ; আইলা—লাক্লিবরা ; প্রভু—প্রভুনা ; তাহারে—মঙোন্দা ; পুছিলা—হংখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুক্তা হৌন-খঙবা মীত্তা অমা প্রভুগী মাক্তা লাকৃখি। মঙোন্দা প্রভুনা হংখি—কৃষ্ণ দর্শন তৌরগা হল্লক্লিবরা ?

## মুল ১০৪-১০৬

লোক কহে—রাত্র্যে কৈবর্ত্ত নৌকাতে চড়িয়া।
কালীদহে মৎস্য মারে—দেউটি জ্বালিয়া॥ ১০৪॥
দূর হৈতে তাহা দেখি লোকের হয় ভ্রম—।
কালিয়-শরীরে কৃষ্ণ করিছে নর্ত্তন॥ ১০৫॥
নৌকাতে কালিয়জ্ঞান, দীপে রত্নজ্ঞানে।
জালিয়াকে মূঢ়লোক 'কৃষ্ণ' করি মানে॥ ১০৬॥

## শব্দার্থ

লোক— ( প্রভুনাক্তা লাক্লম্বা ) মীহুনা ; কহে—খুম্মী ; রাত্র্যে—অহিংদা ; কৈবর্ত্ত—ঙা-ফাবা ডোম অমনা ; নৌকাতে—হিদা ; চড়িয়া—তোংহুনা ; কালীদহে—কালীদহদা ; মৎস্য—ঙা ; মারে—হাংলী ; দেউটি—মৈরা ; জ্বালিয়া—থান্দুনা ; দূর-হৈতে—অরাপ্পদগী ; তাহা—মহু ; দেখি—উরগা ; লোকের—মীশিংগী ; হয়—ওই ; ভ্রম—শেরাম্লবা ; কালিয়শরীরে—কালিয়-নাগগী হকচাং থক্তা ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা ; করিছে নর্ত্তন—জগোই শারি ; নৌকাতে—হিহুবু ; কালিয়জ্ঞান—কালিয়নী হায়না লৌবা ; দীপে—মৈরাবুনা ; রত্নজ্ঞানে—রত্ননী হায়না লৌবা ; জালিযাকে—ঙা-ফাবা মীবুনা ; মূঢ়লোক—খঙদবা মীশিংনা ; কৃষ্ণ করি কৃষ্ণনী হায়হুনা ; মানে—লৌয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভবালোক অহুনা খুম্মী—অহিংদা ঙাফাবা ডোম্মা হিদা তোংলগা মৈরা থান্দুনা ঙা হাংলী। মহুবু অবাপ্পদগী উরগা মীশিংনা শেরাম্লনা কালিয়গী মথক্তা কৃষ্ণনা জগোই শারি হায়না লৌয়ি। হিহুবু কালিয়নী হায়না, মৈরাবু রত্নী হায়না, ঙাফাবা মীহুবু কৃষ্ণনী হায়না, খঙদবা মীনা লৌয়ি।

## মুল ১০৭-১০৮

বৃন্দাবনে কৃষ্ণ আইলা—সেই সত্য হয়।
কৃষ্ণকে দেখিল লোক—ইহা মিথ্যা নয়॥ ১০৭॥
কিন্তু কাহোঁ কৃষ্ণ দেখে, কাহোঁ ভ্রমে মানে।
স্থাণু পুরুষ যৈছে বিপরীত জ্ঞানে॥ ১০৮॥

## শব্দার্থ

বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা ; কৃষ্ণ আইলা—কৃষ্ণ লাক্লে ; সেই—মহাক ; সত্য হয়—অচুম্বনী ; কৃষ্ণেরে—কৃষ্ণবু ; দেখিল—উরে ; লোক—মীশিংনা ; ইহা—মা অসিসু ; মিথ্যা—ওইদবা ; মনে—মনে ; কিছু—অমত্তু ; কাহাঁ—কদায়দা ; ভ্রমে—শোরাম্লনা ; মানে—লৌখি ; স্থাণু—মসা মহাক পান্দবা উপাধী ; পুরুষ—মী ; যৈছে—ঙুম্না ; বিপরীত—ওলমা ; জ্ঞানে—মথওদা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভদ্রলোক অমুনা মখা তারম্মী)—বৃন্দাবন দা কৃষ্ণ লেঙলক্লে হায়রসিঙ্সু অচুম্বনী ; কৃষ্ণবু মীশিংনা উরে হায়রসিঙ ওইদবা মতম্ভে । অতবু, কদায়দা কৃষ্ণবু উবা, কদায়দা শোরাম্লবা (হায়রবদি কৃষ্ণ-মন্ত্রবু কৃষ্ণনী হায়না) লৌখি মহুদি মাগামরেৎমেচিংবা মাওনবা উপাধীবু মীনী হায়না ওন-থোকপা লৌবগুম্বনী ।

### মূল ১০৯-১১০

প্রভু কহে—কাহাঁ পাইলে কৃষ্ণদরশন ।
লোক কহে—সন্ন্যাসী তুমি জঙ্গম-নারায়ণ ॥ ১০৯ ॥
বৃন্দাবনে হৈলে তুমি কৃষ্ণ-অবতার ।
তোমা দেখি সর্বলোক হৈল নিস্তার ॥ ১১০ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; কাহাঁ—কদায়দা ; পাইলে—থংনুরিবা ; কৃষ্ণদরশন—কৃষ্ণবু উবা ; লোক কহে—ভদ্রলোক অমুনা হায় ; সন্ন্যাসী তুমি—নহাক্না সন্ন্যাসি ; জঙ্গম-নারায়ণ—খোঙ-চংলিবা চলো নারায়ণ-নী ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা ; হৈলে—ওইরবে ; তুমি—নঙ ; কৃষ্ণ-অবতার—কৃষ্ণ ওইনা লৌরকপা অবতার ; তোমা দেখি—নঙবু দর্শন তৌদুনা ; সর্বলোক—মীপুম্মক ; হইল—ওইরে ; নিস্তার—মুক্ত ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—কৃষ্ণদর্শন-বু কদায়দা ফংখিবগে ? ভদ্রলোক

## নৈনরোল

সন্ন্যাসী—প্রভুনা হায়—ঐদি সন্ন্যাসীদমক ওইবনী, অচম্বা জীবনী।

চিৎকণ—প্রভুনা জীবতত্ত্ব করিনো হায়বত্থু তাক্লি। জীবদি ভগবান্‌গী চিৎকণ ওইবা শরূক্তনী ; ঐস্থু জীবনী, অদুনা ঐহাক ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণগী চিৎ-কণ অংশনী, অদুনা শ্রীকৃষ্ণ নত্তে।

কিরণকণসম—চিৎকণ অংশগী অর্থদু অমুকস্থু শেংনা তাক্লী। সূর্য্যদগী মঙান মপৈ অমা থোরক্লিবদুগী কণা ( মরীক ) অমনা সূর্য্যগা চাংদম্নবদা কৈছু ওইদরগুম স্বয়ং চিৎস্বরূপ শ্রীকৃষ্ণগা চাংদম্নবদা চিৎকণ জীবদি য়াম্না পীকৃয়ি। জীবদি অপীকৃপা মঙাল মরীরী, অদুগা ঐশ্বর্য্য-তরুক্লা মপুঙফারিবা কৃষ্ণনা মঙাল মপৈগী তুঙকম ওইবা হুমীৎকুম্বনী।

### মূল ১১৩

জীব ( আর ) ঈশ্বরতত্ত্ব কভু নহে সম।

জ্বলদগ্নিরাশি যৈছে স্ফুলিঙ্গের কণ ॥ ১১৩ ॥

### শব্দার্থ

জীব—জীব ; আর—অদুগা ; ঈশ্বরতত্ত্ব—ঈশ্বরনা ওইরিবদু ; কভু—কদোৌঙৈদস্থু ; নহে—ওইদে ; সম—মান্নবা ; জ্বলদ অগ্নি—অচাকৃপা মৈগী ; রাশি—মপৈ ; যৈছে—গুম্না, স্ফুলিঙ্গের—মৈরীকী ; কণ—মরীক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীবগা ঈশ্বরগা কদৌঙৈদস্থু মান্নদে। অচাকৃপা মৈগী মপৈগা মৈরীকৃপীগী মরীকা মান্নদবগুম্বনী।

### মূল ১১৪

হ্লাদিন্যাং সংবিদাশ্লিষ্টঃ সচ্চিদানন্দ ঈশ্বরঃ।

স্বাবিদ্যাসংবৃতো জীবঃ সংক্লেশনিকরাকরঃ ॥ ১১৪ ॥

### শব্দার্থ

হ্লাদিন্যাং—হ্লাদিনীশক্তিনা ; সংবিদা—সংবিৎ শক্তিনা ; আশ্লিষ্টঃ—

তিল্লিবা ; সচ্চিদানন্দ—সৎ-কা চিৎকা-আনন্দগগী ওইবা ; ঈশ্বরঃ—মপু ; স্ব-অবিদ্যা-সংবৃতঃ—মছাগী মায়ানা কূপ্লিবা ; জীবঃ—জীবনী ; সংক্লেশ-নিকর—অরাবা পুম্বগী ; আকর—খোংনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সচ্চিদানন্দ-স্বরূপ ঈশ্বরদি হ্লাদিনী অমসুং সংবিৎ শক্তিনা শাগোম্নরিবনী ; অদুগা জীবদি মছাগী অবিদ্যা-না ( খঙদবা হায়বছনা ) কূপ্ছিল্লবগী মরমসিনা মথলমথাগী অরাবগী থোরক্কম খোং অমনী।

## নৈনরোল

শ্লোকশী ভাবার্থদীপিকাদা যাওবা বিষ্ণুস্বামীগী বচনী ( ১/৭/৬ )।

শ্লোকসিদগী জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নবগী মওোই খঙবা ঙম্মী ; মতুদি—(১) ঈশ্ববদি চিদ্বস্তুনী ; জীবগী দেহনচিংবদি জড় বস্তুনী ; (২) ঈশ্বরদি আনন্দস্বরূপ-নী ; জীবদি মথল মথলগী অরাবগী তুঙকম্নী ; (৩) ঈশ্বরদি মায়াগী মবুঙোনী ; জীবনা মায়াগী মখাপোন্বনী ; (৪) ঈশ্বরদি হ্লাদিনীন-চিংবা স্বরূপশক্তিনা শাগোম্নরিবনী ; শক্তি পূম্নমক্কী জীবদদি লৈতে। মরম-সিনা জীববু করিগুম্বা মওংদা ঈশ্বরনী হায়না খন্ফদে।

## মূল ১১৫

যেই মূঢ় কহে জীব ঈশ্বব হয় সম।
সেই ত পাষণ্ডী হয় দণ্ডে তারে যম ॥ ১১৫ ॥

### শব্দার্থ

যেই মূঢ়—অপঙবা কনানা ; কহে—হায় ; জীব—জীবদি ; ঈশ্বর—ঈশ্বরগা ; হয়—ওই ; সম—মান্নবা ; সেইত—মহাক অদু ; পাষণ্ডী—নাস্তিক ; হয়—ওই ; দণ্ডে—দণ্ডি পী ; তারে—মহাকপু ; যম—যমনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীবদি ঈশ্বরগা মান্নে হায়না হায়বা অপঙবা মহাক পাষণ্ডীনী. মহাকপু যম নিংথৌনা দণ্ডি পীয়ে।

### মূল ১১৬

যস্তু নারায়ণং দেবং ব্রহ্মারুদ্রাদিদৈবতৈঃ।
সমত্বেনৈব বীক্ষেত স পাষণ্ডী ভবেদ্ ধ্রুবম্ ॥ ১১৬ ॥

### শব্দার্থ

যঃতু—মহাক ; নারায়ণং—নারায়ণ ; দেবং—দেববু ; ব্রহ্মারুদ্র—আদি-দেবতৈঃ—ব্রহ্মা, রুদ্র ( শিব )-নচিংবা দেবতাশিংগা ; সমত্বেন—মান্নবা ; এব—গুম্না ; বীক্ষেত—উই : সঃ—মহাক ; পাষণ্ডী—পাষণ্ডী ; ভবেৎ—ওইয়ে ; ধ্রুবম্—শোয়দনমক।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা নারায়ণ দেববু ব্রহ্মা-রুদ্রনচিংবা দেবতাশিংগা মান্ননা য়েংলবদি মহাক অদু লেপ্পমক পাষণ্ডী ওইয়ে।

### নৈনরোল

ব্রহ্মারুদ্রাদিদৈবতৈঃ—ব্রহ্মা, রুদ্রনচিংবা দেবতাশিংগা। আদি শব্দনা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাবু খুড্‌হল্লী : মখোয়সী শ্রীভগবান্‌গী বিভূতি ওাক্লী হায়রবদি ভগবান্‌গী শক্তিচঙবা জীবতত্ত্বনী। ব্রহ্মা মখল অনীনী মছুদি—জীবকোটি অমসুং ঈশ্বরকোটি হায়বসিনী। "ভবেৎ কচিন্মহাকল্পে ব্রহ্মা জীবোঽপ্যুপাসনৈঃ। ক্বচিদত্র মহাবিষ্ণুর্ব্রহ্মত্বং প্রতিপদ্যতে ॥ শ্রীসংক্ষেপ-ভাগবতামৃতদা য়াওবা পদ্মপুরাণগী বচন-নী। কনি করিগুম্বা মহাকল্পদা উপাসনাগী মপাঙ্গা জীবসু ব্রহ্মা ওইবা য়াওয়ি। অদুগা করিগুম্বা কল্পদা মহাবিষ্ণুমক্লা ব্রহ্মা ওই।" শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী শ্রীরুদ্রবাক্যদা উবা ফংডৌ মছুদি—"স্বধর্ম্মনিষ্ঠঃ শতজন্মভিঃ পুমান। বিরিঞ্চিতামেতি ॥ ৪/২৪/২৯ ॥ মী কনা অমনা মপোক চামফাওবা নিষ্ঠা য়াওনা স্বধর্ম্ম ভাক্লবদি মহাক বিরিঞ্চি ( ব্রহ্মা ) ওইবা ফংডৌ।" শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা সনাতন গোস্বামীদা হায়খি—"ভক্তিমিশ্রকৃতপুণ্য কোন জীবোত্তম। রজোগুণে বিভাবিত করি তার মন ॥ গর্ভোদকশায়িদ্বারে শক্তি সঞ্চারি। ব্যষ্টি সৃষ্টি করে কৃষ্ণ ব্রহ্মা-রূপ ধরি ॥ ২/২০/২৯৯-৩০০ ॥" অসিগুম্বা পুণ্য চেন্‌বা জীববু ফংবা কল্পদা ভগবান্না জীবহুদা সৃষ্টি তৌনবা শক্তি সঞ্চার তৌরগা মহাকপু সৃষ্টিগী থবক

তৌহল্লী। মহাক্সিবু জীবকোটি ব্রহ্মা কৌয়ি। অদুগা মতীক জীব-চাবা ফংদবা কল্লদনা মহাবিষ্ণুনা ব্রহ্মা ওইনা সৃষ্টিগী থবক তৌয়ি; মহাক্নীনা ঈশ্বরকোটি ব্রহ্মানী। "অতো জীবত্বমৈশঞ্চ ব্রহ্মণঃ কালভেদতঃ। ঈশত্বাপেক্ষয়া তস্য শাস্ত্রে প্রোক্তাবতারতা॥ সংক্ষেপ-ভাগবতামৃতম্॥ মতৌ অস্নুম্না মতমগী খেন্নবা মতুং ইন্না ব্রহ্মা জীবসু ওই অদুগা ঈশ্বরসু ওই। ঈশ্বর ওইবগী ম্না হায়রগনা মহাক অবতারনী।" ব্রহ্মাগীগুম্না রুদ্রসু জীবকোটি অমসুং ঈশ্বরকোটি হায়বা অনীনী। "কচিজ্জীববিশেষত্বং হরস্যোক্তং বিধেরিব। সংক্ষেপভগবতামৃতম্। মতীকচাবা জীব ফংবা কল্লদনা জীবত্নদা সংহার তৌননবা শক্তি হাপ্লগা মহাকপু রুদ্রগী থবক তৌহল্লী। মহাক্নী জীবকোটি রুদ্র-নী; মতীকচাবা জীব ফংদবা কল্লদনা ভগবান্মক্না রুদ্র ওইনা জগৎ সংহারগী থবক তৌয়ি।

নৈনরিবা শ্লোক অসী মূল ১১৫-পয়ারগী প্রমাণনী; ১১৫-পয়ারসিদা হায়রি—জীবগা ঈশ্বরগা মান্নবনী হায়না থন্বা মীদু পাষণ্ডী ওই। রাকমসী শোগৎপদা "যস্ত নারায়ণং দেবম্"-নচিংবা শ্লোকসী পল্লিবনী, অদুনদি রাফমগী হায়রগদি শ্লোকসিদা ব্রহ্মারুদ্র-নচিংবা দেবতাগী ম্না হায়রিবসী, মখোয়সু জীবকোটি ব্রহ্মা অমসুং জীবকোটি রুদ্রনচিংবনী হায়রী, ঈশ্বর কোটি-ব্রহ্মা অমসুং ঈশ্বর-কোটি রুদ্রদি স্বরূপকী মতুং ইন্না ঈশ্বরনী; মরমদুনা ঈশ্বরগা (নারায়ণগা) মখোয়গা মান্নে খল্লগদি ঈশ্বর-স্বরূপকী ময়েং তাবা থোক্তবনা পাষণ্ডী ওইগনী হায়বগী চিংনবাই লৈ হায়না খন্দে।

ফরে অদু ওইববসু ঈশ্বরকোটি ব্রহ্মাগা ঈশ্বরকোটি রুদ্রগা—অনীসিবু নারায়ণগা মান্নে হায়না খল্লগা স্বরূপকী ময়েং তাদে হায়বা চুম্মী, অদুগা নারায়ণগী মহিমাগী ময়েং তাবা উৎলী হায়না থনবা য়াই। নারায়ণদি গুণ অদুমগী রাংমদা লৈবনী। "হরির্হি নির্গুণঃ সাক্ষাৎ পুরুষঃ প্রকৃতেঃ পরঃ। স সর্ব্বদৃগুপদ্রষ্টা তং ভজন্নির্গুণো ভবেৎ॥ শ্রী. ভা. ১০/৮৮/৫/" অদুগা নারায়ণবু ভজন তৌরগা জীবনা নির্গুণ (গুণ অদুমগী রাংমদা লৈবা) ওইবা য়াই। অদুবু ঈশ্বর-কোটি রুদ্রদু স্বরূপকী হায়রগা ঈশ্বর ওইরবসু প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী থবক্তা মায়িক গুণগা লোয়ননা মরী লৈনৈ—ব্রহ্মানা রজোগুণগা শম্নরগা সৃষ্টি তৌয়ি অমসুং রুদ্র-না তমোগুণগা শম্নরগা সংহার তৌরি। হায়রবা য়াবগী হায়রবদি, জগৎকী পালনকর্ত্তা (ভাক্ শেন্বা

মপু ) গুণাবতার বিষ্ণুগসু মায়িক সত্ত্বগুণগা মরী লৈনৈ ; মরমদি, পরম-পুরুষ অমত্তুনা প্রকৃতিগী সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণবু লৌশল্লগা মথংশীংনা হরি ( বিষ্ণু ), বিরিঞ্চি (ব্রহ্মা) অমসুং হর ( শিব নত্রগা রুদ্র ) মিং লৌরগা বিশ্বজগৎকী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং লয় তৌরিবনী। "সত্ত্বংরজস্তম ইতি প্রকৃতে-গুণাস্তৈর্যুক্তঃ পরঃ পুরুষ এক ইহাস্য ধত্তে। স্থিত্যাদয়ে হরিবিরিঞ্চি হরেতি সংজ্ঞাঃ শ্রেয়াংসি তত্র খলু সত্ত্বতমোনৃণাং স্যুঃ॥ শ্রী, ভা, ১/২/২৩॥" ফীভম মতাসিদা ব্রহ্মা অমসুং রুদ্রগতা লোয়ননা মায়িক গুণগা শম্নৈ—হায়বা রাসী হায়রিবা করিগীনো ? বিষ্ণুগীদি গুণগা শম্নবগী রা হায়দ্রিবা করিগীনো ? মহুগী পাওখুমদি অস্তুম ওইগনী। মফমসিদা লৌখৎলিবা শ্রী, ভা, ১/২/২৩ শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা ইরম্মী— হরৌ মায়াগুণস্য সত্ত্বস্য যুক্তত্বেঽপি তস্য অযোগ এব ( হরিদা হায়বদি পালনকর্ত্তা বিষ্ণুদা মায়িক সত্ত্বগুণ তিল্লবসু মহু অযোগনী ( তিন্দবনী ) ; মরমদি ) সত্ত্বস্য প্রকাশরূপত্বাৎ ঔদাসীন্যাৎ চ তেন সচ্চিদানন্দবস্তুনঃ মহাপ্রকাশকস্য উপ-রাগাসম্ভবাৎ প্রাকৃতসত্ত্বস্য নহি হরিশরীরারম্ভকত্বম্ [ সত্ত্বগুণদি প্রকাশ-রূপ-নী, উদাসীন-সুনী ( পুক্নীংলৈশন্দবসু ওই ) ; মরমহুনা মসিনা মহা-প্রকাশক-সচ্চিদানন্দ ওইবা পোৎপু মচু মথাঙ অমা শঙবা ঙমদে; মরম-হুনা প্রাকৃতসত্ত্বনা বিষ্ণুগী হকচাঙগী আরম্ভ ওইবা য়াদে, হায়বদি বিষ্ণুগী বিগ্রহগা ( হকচাঙগা ) প্রাকৃতসত্ত্বগা যোগ হায়বদি স্পর্শ ( শোক্পা, শম্নবা ) লৈতে ] ; রজস্তমসোস্তু বিক্ষেপরূপত্বাবরণ-রূপত্বাভ্যাম উপকার-কত্বাপকারকত্বাভ্যাঞ্চ তাভ্যাম্ আনন্দস্য বিক্ষিপ্তত্বম আবৃতত্বম্ ইতি উপ-রাগসম্ভবাৎ ব্রহ্মরুদ্রয়ো রজস্তমস্তন্ময়ত্বমেবেতি তয়োঃ সগুণত্বং হরেনির্গুণত্বং চ যুক্তিসিদ্ধমেব নির্গুণতেঽপি ( অহুগা রজোগুণ্না ব্রহ্মাবু অমসুং তমোগুণ্না রুদ্রবু উপরঞ্জিত হায়বদি মচু মথাঙ শঙবা ঙম্মী, মরমদি গুণ অনীসী সত্ত্বগুণ-গুম্না প্রকাশরূপ-সু নত্তে উদাসীন-সু নত্তে ; অহুম্নদি ওইরগা গুণ-অনীসিনা মখোয়গী বিক্ষেপরূপত্বনে আবরণরূপত্বনে অহুনা আনন্দগী বিক্ষেপ-কা আবরণ-গা অনী থোক্হনবা ঙম্মী ; মরমহুনা গুণ অনীগা তিন্নবদগী ব্রহ্মাগা রুদ্রগগী বিগ্রহহু রজোগুণগী অমসুং তমোগুণগী মহৌ-শুম ওইহুনা লৈ ; রজোগুণ্না ব্রহ্মাগী অহুগা তমোগুণ্না রুদ্রগী দেহবু মচু শঙবী, মরমহুনা মখোয় সগুণ ওইয়ে। সত্ত্বগুণদি উদাসীন অমসুং

প্রকাশরূপ ওই হায়হন্না মাগীদি রজকত্ব (মচু শঙবা হায়বত্থু) লৈতে; মরম-হন্না ( হরিদি নির্গুন ওইয়ে )।" সগুণ ওইবা ব্রহ্মা রুদ্রনচিংবগী উপাসনা তৌরগা কনাগুম্বা জীবনা গুণ-গী রাংমদা চৎপা ওম্মোই; অদুগা নির্গুণ হরিগী উপাসনা তৌরগদি গুণগী রাংমদা চৎপা ওম্‌গনী। বিশুদ্ধসত্ত্ব-বিগ্রহ শ্রীনারায়ণ-দি প্রাকৃতগুণগী রাংমদা লৈ। মরমহন্না উপাস্ত ( লাৎনবাই ) ওইনা খল্লরগদি ঈশ্বরকোটি ব্রহ্মাদগী অমস্থং ঈশ্বরকোটি রুদ্রদগী নারায়ণ-দি ইতোপ্-তোপ্পনী। মায়কৈসী য়েংহন্না খল্লরগদি, মখোয়বু উপাসনা তৌরগা গুণাতীত ( নির্গুণ ) ওইবা য়াদবা অদুগুম্বা ঈশ্বরকোটি ব্রহ্মাগা অমস্থং ঈশ্বরকোটি রুদ্রগা—মহাকপু উপাসনা তৌবতদা গুণাতীত ওইবা অদুগুম্বা নারায়ণগা মান্নে হায়না খল্লগদি, নারায়ণগী মহিমাগী—মাহাত্ম্যগী ময়েং তাবা ( অপকর্ষ ) ওই হায়বসিদা চিংননবাই করিমত্তা লৈতে; অস্নুম্না অপকর্ষ ওইবদি অপরাধগী মশক্কী।

শ্রীমদ্ভাগবতমগী ১/২/২৩ শ্লোক অদুগী টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীস্থু মথক্তা হায়রিবা সিদ্ধান্তসী লৌয়ি। মহাক্না হায়—ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব অদুমসী শ্রীভগবান্‌গী গুণাবতার ওইরবস্থু শ্রীবিষ্ণুগী সাক্ষাৎ পরব্রহ্মত্ব অমস্থং সত্ত্বাহুদগী উপকারকত্ব ( উপকার-তৌবা অমা ওইবা ) লৈবগুম্না ব্রহ্মাগীস্থু শিবগীস্থু লৈতে; মরমদি মখোয়দি রজঃগা তমঃগা গুণ অনীসিনা মচুলাক্লবা ওাক্লী; মরমসিনা শ্রেয়ঃকামী (মঙ্গল-পাম্বা) মীশিংনা ব্রহ্মাগা শিবগবু উপাসনা তৌদে। ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ, ভক্তি-নচিংবা শুভফলদি শ্রীবিষ্ণুদগী ফংবা ওম্মী। উপাধিদৃষ্টিদা ব্রহ্মাগা শিবগবু সেবা তৌরগদি রজঃগা তমঃগগী প্রভাব-না ধর্ম্ম, অর্থ, কাম ফংলগস্থু মদুপুম্বনা লুংঙাইবা পীবদি ওমদে; উপাধি থাদোক্লগা মখোয়গী সেবা তৌরগদি মোক্ষ-দি ফংবা য়াই হায়ববু মোক্ষহু সাক্ষাৎ ওইনা ফংদে, থুনস্থু ফংদে, মরমদি মখোয় অনীসে সাক্ষাৎ পরমাত্মা ওইনা প্রকাশ ওইদে, মখোয়নীদি নিরূ-পাধিক-নী ( উপাধি লৈতবনী ), পরমাত্মাগী অংশ-নী হায়না অস্নুম খন্-খন্দুনা লৈবনা ভশেংবমক্তি পরমাত্মাদদগী মোক্ষহু ফংবনী। মরম্‌সিনা স্বরূপ অনীহুদগী শ্রেয়ঃ ফংবদি ওইথোক্তে। শ্রীধর স্বামীগী টীকাগী তাৎপর্য্যস্থু—হায়রিবসিগুম্বনী। "তত্র তেষাং মধ্যে শ্রেয়াংসি শুভফলানি সত্ত্বতনোর্বাস্থু দেবাদেব স্যুঃ।" মায়িক সত্ত্বগী শান্তত্ব (শান্ত ওইবা হায়বত্থু) লৈ হায়হন্না

উপাধি য়েংলগা বিষ্ণুগী সেবা তৌরগদি ধর্ম্ম, অর্থ অমদি কাম-না মুংঙাইবা পী। অদুগা নিষ্কাম ( অপাম্বা লৈতবা ) ওইনা শ্রীবিষ্ণুগী সেবা তৌরগদি সাক্ষাৎ ওইনা মোক্ষ ফংঙী। উপাধি থাদোক্লুনা ( নিষ্কাম ওইনা ) মহাক্কী সেবা তৌরগদি পঞ্চম পুরুষার্থ-ভক্তিমক্ ফংঙী ; মরমদি শ্রীবিষ্ণুদি পরমাত্মা ওইনা প্রকাশমান ওইবনী ; মরমদুনা শ্রীবিষ্ণুদগী শ্রেয়ঃ ফংঙী। "অথ উপাধিদৃষ্ট্যাপি শ্রীবিষ্ণুং সেবমানে সত্ত্বস্য শাস্ত্রত্বাৎ ধর্ম্মার্থকামা অপি সুখদাঃ। তত্র নিষ্কামত্বেন তু তং সেবমানে সত্ত্বাৎ সঞ্জায়তে জ্ঞানমিতি কৈবল্যং সাত্ত্বিকং জ্ঞানমিতি চোক্তে মোক্ষশ্চ সাক্ষাৎ। অত উক্তং স্কান্দে। বন্ধকো ভবপাশেন ভবপাশাচ্চ মোচকঃ। কৈবল্যদঃ পরং ব্রহ্ম বিষ্ণুরেব সনাতন ইতি। উপাধি পরিত্যাগেন তু পঞ্চমঃ পুরুষার্থো ভক্তিরেব ভবতি। তস্য পরমাত্মাকারেণৈব প্রকাশাৎ। তস্মাৎ শ্রীবিষ্ণোরেব শ্রেয়াংসি স্যুরিতি।" শ্রীমদ্ভাগবতম্গী "পার্থিবাদ্দারুণোধূমস্তস্মাদগ্নিস্ত্রয়ীময়ঃ। তমসস্তু রজস্তস্মাৎ সত্ত্বং যদ্ব্রহ্মদর্শনম্॥ ১/২/১৪॥" শ্লোকসিদসু তমঃদগী রজঃনা অদুগা রজঃদগী সত্ত্বনা হেন্না হায়রবনা ব্রহ্মা অমসুং শিবদগী বিষ্ণুনা হেন্বগী না হায়রি। হেন্বসিগী মরম তাকপদা টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীনা হায়রি—"অতো ব্রহ্মশিবয়োরসাক্ষাত্ত্বং শ্রীবিষ্ণোস্তু সাক্ষাত্ত্বং সিদ্ধমিতি ভাবঃ—শ্রীবিষ্ণুদি সাক্ষাৎ পরমাত্মানী অদুগা শ্রীব্রহ্মাগা শ্রীশিবগদি সাক্ষাৎ পরমাত্মা নত্তে,—মখোয়গী স্বরূপশক্তি রজস্তমঃ গুণনা বিক্ষিপ্ত ( চোংশল্লবা ) অদুগা আবৃত ( কুপ্ শল্লবা ) ওইবনী।" গুণাবতার বিষ্ণুদি সত্ত্বগুণগী নাক্তা লৈরগা সংদুবা থুদম চল্লী ( নিয়ন্ত্রিত তৌয়ি ) ; মসিখক্তনী সত্ত্বগুণগা শ্রীবিষ্ণুগা সম্বন্ধ লৈনখিবা : সত্ত্বগুণগা লোয়নবা বিষ্ণুগী সংযোগ (-তিন্নবা ) হায়বদি স্পর্শ ( শোক্নবা ) লৈতে ; মরমদুনা মহাক নির্গুণ হায়বদি সাক্ষাৎ পরমাত্মানী। অদুগা রজোগুণগা লোয়ননা ব্রহ্মাগদি অমসুং তমোগুণগা লোয়ননা শিব হায়বদি রুদ্রগদি সংযোগ হায়বদি স্পর্শ লৈ : মরমদুনা মখোয় সগুণনী অমসুং সগুণ ওইবা মরম্না সাক্ষাৎ পরমাত্মা নত্তে, বিষ্ণুদোম্বা স্বরূপা লৈতে।

মতৌ অসুম্না উবা ফংলে—ঈশ্বরকোটি ব্রহ্মাদা অমসুং ঈশ্বরকোটি রুদ্রদসু গুণগী স্পর্শ হায়বসু লৈ, মখোয়নী সাক্ষাৎ পরমাত্মাসু নত্তে, মখোয় পুরুষার্থ-পীবসু নত্তে। অদুগা নারায়ণগা হায়বদি বিষ্ণুগদি গুণা

স্পর্শ তৌদবনা মহাক স্বরূপ্তা লৈ, মরমত্নুনা মহাক সাক্ষাৎ পরমাত্মানী; পরম পুরুষার্থ ফাওবা পীবা ওস্মী।

মতৌ অসুম্মা উবস্থু ফংলে—ঈশ্বরকোটি ব্রহ্মাগা অমদি ঈশ্বরকোটি রুদ্রগা অনীসী নারায়ণগা মাম্নৈ হায়না থল্লগদি নারায়ণগী মহিমাগী অপকর্ষ (হস্বা) উংপা ওইরে, মদু হায়ত্নুনা অপরাধস্মু ওইবা য়াই।

মতাঙসিদা কাউফদবা রাকম অমদি অসিনী—জীবকোটী ব্রহ্মা অমস্থুং জীবকোটী শিবগা অনীনা নারায়ণগা থেন্নরিবসী স্বরূপকী ওইবা থেন্নবনী; নারায়ণদি ঈশ্বরনী, অত্নুগা ব্রহ্মা, শিব অমদি ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংদি স্বরূপকী হায়রগদি জীবনী। অদুগা ঈশ্বর-কোটী ব্রহ্মা অমস্থুং ঈশ্বরকোটী শিবনে, মখোয়সিগা নারায়ণগা থেন্নবদি স্বরূপগত ভেদ নত্তে মহিমাগত ভেদ হাযবত্নুনী। মতাঙসিদা ব্রহ্মা, শিব অমস্থুং নারায়ণ মখোয় লোয়নমক স্বরূপকী হায়রগদি আনন্দনী—আনন্দ-স্বরূপ ঈশ্বরনী: পরমেশ্বরবু স্পর্শ তৌবদি রজোগুণস্থু ওমদে, সত্বগুণস্থু ওমদে। পরমেশ্বরদি মচানা তৌনীঙ-লগা সৃষ্টি তৌবদা গুণ অহুম্সীবু লৌশন্নবত্নী; অত্নুম ওইনমক রজোগুণ-গীদি বিক্ষেপাত্মক ধর্ম্মনা মাগী ওইবা মরম্মা ব্রহ্মাদা লৈবা আনন্দদি বিক্ষেপবিশিষ্ট আনন্দনী, তমোগুণগীদি আবরণাত্মক ধর্ম্মনা মাগী ওইবা মরম্মা শিব-দা লৈবা আনন্দদি আবরণবিশিষ্ট আনন্দনী: অত্নুম্মা সত্বগুণগী ধর্ম্মনা প্রকাশাত্মক ওইবা মরম্মা বিষ্ণুদা লৈবা আনন্দনা প্রকাশবিশিষ্ট আনন্দনী: বিষ্ণুদা লৈবা আনন্দত্নু প্রকাশমান ওই হায়ত্নুনা কবিস্থু কায়বা লৈতে: মরমত্নুনা বিষ্ণুদি উপাস্যনী (লাৎনজাইনী)। ব্রহ্মাদা অমস্থুং শিবদা লৈবা আনন্দদি বিক্ষিপ্ত অমস্থুং আবৃত ওইবা মরম্মা বিষ্ণুগী মহিমাদগী মখোয়গী মহিমানা হস্থে (অপকর্ষ ওই)।

থন্নজাই রাকম অমনা অসিনী মমাঙদা নৈনখিবদা ব্রহ্মাগা রুদ্রগ-দগী গুণাবতার বিষ্ণুনা হেন্নী হায়খ্রে। নৈনরিবা শ্লোকসিদা য়ানরিবনা নারায়ণগী রানী। ক্ষীরোদশায়ী গুণাবতার বিষ্ণুগা নারায়ণগা থেন্নদবরা? পাউখুম—ক্ষীরোদশায়ী বিষ্ণুদা লৈবা আনন্দদি আবৃত নত্তে হায়ত্নুনা, মহাক্কি সাক্ষাৎ পরমাত্মানী হায়ত্নুনা, মাগস্থু নারায়ণগস্থু করিমতা থেন্নদে। শ্রীমদ্ভাগবতম্গী "তত্রাস্থুবর্ণ্যতেহভীক্ষ্ণং বিশ্বাত্মা ভগবান্ হরিঃ। যস্ত

প্রসাদজো ব্রহ্মা রুদ্রঃ ক্রোধসমুদ্ভবঃ॥ ১২/৫/১ ॥"—শ্লোকসিদস্সু শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা রাকমসিমক হায়রি। শ্লোকসিদা হায়রি—"ব্রহ্মানা বিশ্বাত্মা ভগবান্গী প্রসাদজ-নী অদুগা রুদ্রনা হরিগী ক্রোধ-দগী (অশাওবদগী) পোক্পনী।" মফমসিদা গুণাবতার ব্রহ্মা অমসুং রুদ্রগী রাদমক হায়; গুণাবতার বিষ্ণুগী রাদি হায়দে, মসিদগী থওবা ভম্বদি অসিনী—গুণাবতার বিষ্ণু অমসুং নারায়ণ হরিগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে। পরমাত্মসন্দর্ভদা শ্লোকসী লৌখংলগা শ্রীজীব গোস্বামীনা মদুমক ইরম্মী—'অত্র বিষ্ণুর্ন কথিত ইতি তেন সাক্ষাদভেদ এব ইত্যাম্নাতম্'। শ্রীমদ্ভাগবতকী অতোপ্পা মফম অমদস্সু রাসিমক হায়রি। "সৃজামি তন্নিযুক্তোহহং হরো হরতি তদ্বশঃ। বিশ্বং পুরুষরূপেণ পরিপাতি ত্রিশক্তিধৃক্। ২/৬/৩২ ॥ ব্রহ্মানা নারদদা হায়রম্মী—মহাক্কা হাল্লা মরম্না ঐনা বিশ্বসি সৃষ্টি তৌয়ি; হরস্সু (শিবস্সু) মহাক্কা বশ তৌবনা বিশ্বসী সংহার তৌয়ি; শক্তি-অহুম-চেণ্বা মহাক্কা পুরুষ (বিষ্ণু) ওইনা জগৎ পালন তৌয়ি।" শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীধরস্বামিপাদনা ইরম্মী—"পালনন্তু স্বয়মেব করোতি ইত্যাহ বিশ্বমিতি। পুরুষরূপেণ বিষ্ণুরূপেণ—বিষ্ণু ওইনা মহাক মহামক্তা বিশ্ববু পালন তৌয়ি।" মহোপনিষদস্সু রাসিমক য়াওরি। "স ব্রহ্মণা সৃজতি স রুদ্রেণ বিলাপয়তি। সোহনুৎপত্তিরলয় এব হরিঃ পরঃ পরমানন্দ ইতি মহোপনিষদি। —মহাক্কা ব্রহ্মা শীজন্নদুনা সৃষ্টি তৌয়ি, রুদ্র শীজন্নদুনা সংহার (প্রলয়) তৌয়ি; মাগীদি উৎপত্তি (পোকপা) অমসুং লয় (তুম্বা) লৈতে; হরি মহাক্তি পরনী (খ্বাইদগী থোইবনী) অদুগা পরমানন্দস্বরূপ-নী (পরমাত্মসন্দর্ভধৃত বচন)।" শ্রুতিবাক্যসিদস্সু বিশ্বগী পালনকর্তা বিষ্ণুবু তোঙান্না পন্দবসিনা খঙহন্বদি—শ্রীহরি মহামক্তা বিশ্ববু পালন তৌয়ি, অতোপ্পা শীজন্নদুনা পালন তৌদে—হায়বসিনী। প্রমাণ খিবিক্তিদগী থওবা ভম্বদি—গুণাবতার বিষ্ণুগা নারায়ণ হরিগা করিমত্তা খেন্নদে হায়বসিনী। অদুবু ব্রহ্মা-রুদ্র অনীসিগা বিষ্ণুগা (নারায়ণগা) স্বরূপকী খেন্নবা লৈত্রবস্সু মাহাত্ম্যগী ওইবা অমদি অধিষ্ঠানগী (মফমগী) ওইবা খেন্নবদি লৈ।

হৌজিক অমুক হংনঙাই অমা থোরক্লে। শ্রীচৈতন্যচরিত মৃতনা নৈনরিবা শ্লোক অদুদা হায়রি—নারায়ণগা ব্রহ্মা-রুদ্রনচিংবগা মান্নৈ হায়না খল্লগদি খল্লিবা মীদু পাষণ্ডী ওইগনী। অদুবু নামাপরাধ প্রকরণ-দা হায়রি—

"শিবস্য শ্রীবিষ্ণোর্য ইহ গুণনামাদিকমলং ধিয়া ভিন্নং পশ্যেৎ স খলু হরিনামাহিতকরঃ। হরিভক্তিবিলাসঃ ১১/২৮৩ শ্লোক-তা য়াওবা বচন। শ্রীশিবগী অমসুং শ্রীবিষ্ণুগী নাম-নচিংববু খেন্নৈ হায়না খল্লবদি অপরাধ ওই।" শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীনা ইরম্মী—"আদিশব্দেন রূপলীলাদি॥" অদু ওইরবদি অসুম্না খঙলে মদুদি—শ্রীহরিগী নাম-রূপ-গুণ-লীলানচিংবগা শ্রীশিবগী নাম-রূপ-গুণ-লীলা-নচিংবগা খেন্নৈ হায়না খল্লগদি অপরাধ ওই। মতৌ অসুম্না উবা ফংঙী মদুদি—"যস্তু নারায়ণং দেবং ব্রহ্মরুদ্রাদি দৈবতৈঃ। সমত্বেনৈব মন্যেত স পাষণ্ডী ভবেদ্ ধ্রুবম্॥" হায়বা শ্লোকসিনে অদুগা "শিবস্য শ্রীবিষ্ণোর্য ইহ গুণনামাদিকমলং ধিয়া ভিন্নং পশ্যেৎ স খলু হরিনামাহিতকরঃ॥" হায়বা শ্লোকসিনে অনীসী অমগা অমগা বিরোধী ওইরে। অদুদি মসিগী সমাধান করি ওইগনী ?

সমাধান-দি অসিনী। "যস্তু নারায়ণং দেবম্"-নচিংবা শ্লোকসিদা মান্নৈ হায়না লৌববু অপরাধ-নী হায়রিবসিদি মাহাত্ম্য মান্নৈ হায়ববুনী। অদুগা নামাপরাধ প্রকরণ-দা খেন্নৈ হায়না লৌরবদি অপরাধ ওইগনী হায়বদুদি স্বরূপ খেন্নৈ হায়না লৌববুনী। মফম্সিদা হায়রিবসে ঈশ্বরকোটী রুদ্রগী মানী। ঈশ্বরকোটী শিবগা শ্রীহরিগা স্বরূপকী য়েংলগদি খেন্নদে হায়বসী হান্না নৈনখিবদগী খঙম্মে। তশেংনমক শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—"ঈশ্বরত্বে ভেদ মানিলে হয় অপরাধ। একই ঈশ্বর ভক্তের ধ্যান অনুরূপ। একই বিগ্রহে ধরে নানাকার রূপ॥—ঈশ্বর ওইবগী মতাভেদা খেন্নৈ হায়রগদি অপরাধনী। ঈশ্বর অমতনা ভক্তগী ধ্যান তৌনীঙবগী মতুং ইন্না শাক্লৌবনী। বিগ্রহ অমতনা রূপ মখল-মখা লৌবনী॥ ২/৯/১৫৪—১৫৫॥" ভগবৎস্বরূপ মখল ময়ামসী স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশ (শকুফোঙ) মখল-মখন্নী ; মখোয় লোইনমক শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহদদা লৈবনী। ভগবৎ স্বরূপ ময়ামসী ওইনা রসিকশেখর শ্রীকৃষ্ণনা তোঙান্-তোঙান্না লোইখম্বানাইদবা রস-মখেল আস্বাদন তৌরিবনী অদুগা মতৌ অসুমতৌনা রস মখেল মখেল চুপ্‌কে হায়দুনা অনাদিকালদগী মহাক মন্থাবু প্রকাশ তৌরক্লিবনী। মরমদুনা তোঙান্-তোঙান্বা ভগবৎস্বরূপশিংসু মতোন্দগী তোঙান্বা নত্তবগুম্না ভগবৎস্বরূপশিংসিগী নাম-গুণ লীলানচিংবসু মহাক্কী নাম গুণ-লীলাদগী তশেংনা তোঙান্বদি নত্তে। রাম-নৃসিংহনচিংবগী রূপ

হায়বদি বিগ্রহশিংহ্ মখোয় মখোয়গী রূপ অহুদা শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহ-ঙাক্লী ; মরমহুনা রাম-নৃসিংহ-নচিংবা মিংস্ মখোয়গী রূপ অহুদা মহাক্লী মিংনী অমস্তুং রাম-নৃসিংহনচিংবগী লীলানচিংবস্ মখোয় মখোয়গী রূপ অহুদা মছামক্লী লীলানী। শ্রীশিবস্ মহাক্লী প্রকাশ অমনী ; মরমহুনা শ্রীশিবগী নাম-রূপ-গুণ-লীলানচিংবস্ শ্রীশিবগী রূপ-তা মছামক্লী নাম-রূপ-গুণ-লীলা নচিংবনী। কীভম মতাসিদা শ্রীশিবগী নাম-রূপ-গুণ-লীলানচিংববু শ্রীবিষ্ণুগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) নাম-গুণ-লীলানচিংবদগী তত্ত্বগী মায়কৈদগী য়েংলগা তোঙানবনী হায়না খল্লগদি শ্রীকৃষ্ণদগী শ্রীশিববু তোঙঙাল্লী নত্রগা তোঙডানবা তত্ত্ব অমনী হায়না খন্বা তাবক্যি। অহুবু মতৌস্তুম্না খন্বসিদি তত্ত্বগী বিরোধী ওইবা মরম্না অপরাধনী। নামাপরাধ-প্রকরণদা হায়রিবা রাহুগী মর্মদি মতৌ অস্তুম তৌবগী রাবুনী।

পরব্যোমদা লৈবা রাম-নৃসিংহনচিংবা ভগবৎস্বরূপ পুম্নমক্লী বিগ্রহদি আনন্দনা নঙ-নঙ-লাউবনী, মখোয় কনামতা মায়াগা শম্নদে ; অহুম ওইনমক শক্তিনচিংবা ফুগায়বগী হস্তবা মরম্না শ্রীকৃষ্ণদগী মখোয়গী মাহাত্ম্য হস্তে—তত্ত্বগী হায়রগা মখোয়গা শ্রীকৃষ্ণগা খেন্নদ্রগস্। গুণাবতার শিবস্ ( রুদ্রস্ ) আনন্দস্বরূপ-নী, অহুগা আনন্দস্বরূপ ওই হায়হুনা শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীশিবগা স্বরূপকী মায়কৈদা য়েংলগদি খেন্নবা করিমতা য়াওদে। অহুবু শ্রীশিবগী আনন্দহ্ তমোগুণ্গী কৃপ্না মরম্না রাম-নৃসিংহদগীস্ মহাক্লী মাহাত্ম্যনা হস্তরিবনী। মতৌস্তুম্না উবা ফংলে—মাহাত্ম্যগী রা খন্নরগা শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীশিবগা খেন্নরগস্ স্বরূপ-তদি করিমতা খেন্নদে। হায়দা হায়প্রে—শ্রীশিবগী নাম-গুণচিংববু শ্রীকৃষ্ণগী নাম-গুণ-দগী তোঙাল্লী হায়না খল্লগদি শ্রীশিববু তোঙানবা তত্ত্ব—তোঙানবা ঈশ্বরনী হায়না খন্বা হায়বহুনী ; মসিদি তত্ত্ব-বিরোধী-নী হায়হুনা অপরাধ পোক্লঙাইনী।

ভগবৎস্বরূপ অতৈ পুম্নমক স্বরূপকী য়েংলগা শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙান্নবা ওইরবস্ মখোয়গী মরক্তা শক্তি রাৎনা কুগায়বা মরম্না মখোয় শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী, শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী অংশীনী ( থোংকৃষ্ণম্নী )। "এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ং ॥ শ্রী, ভা, ১/৩/২৮ ॥" অংশীগী সেবা তৌবদি অংশগী স্বরূপকী ওইবা ধর্মনী ; অংশ-ভগবৎ-স্বরূপ ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা মছাগী স্বরূপকী মাধুর্য্য চুপ্নীঙভী ; অহুবু ভক্ত-ভাব নত্তনদি মাধুর্য্য আস্বাদন

তৌবা য়াদে ; মরমন্থনা শ্রীকৃষ্ণগী সম্বন্ধদা অতৈ ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক্কী ভক্তভাব ওইরিবনী। "অবতারগণের ভক্তভাবে অধিকার। ১/৬/৯৭।" ব্রহ্মা-রুদ্রনচিংবগীসু শ্রীকৃষ্ণ-সম্বন্ধদা ভক্তভাব ওইরিবনী। মরমন্থনা শ্রীমদ্ভাগবতম্দা হায়—"বৈষ্ণবানাং যথা শম্ভুঃ॥ ১২/১৩॥ ১৬॥" শ্রীমদ্-ভাগবতম্গী ১/২/২৪ শ্লোক অদুগী টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীসু অসিগুম্বা সিদ্ধান্ত তৌরম্মী। মহাক্কী টীকাগী মর্ম্মহ মখাদা পীজরি।

শ্রীশিবগা শ্রীহরিগী নাম-গুণচিংববু খেন্নে হায়না খল্লবদি অপরাধ ওই হায়না নামাপরাধ প্রকরণদা হায়রিবসিগী মরমদা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী "পার্থিবাদ্দারুণো ধূমঃ ইত্যাদি" ১/২/২৪-শ্লোক অদুগী টীকাদা শ্রীপাদ জীবগোস্বামীনা ইরম্মী—"তদেবং শ্রীবিষ্ণোরেব সর্ব্বোৎকর্ষে স্থিতে যদন্যত্র শ্রীবিষ্ণুশিবয়োরভেদে নরকঃ শ্রূয়তে তদনৈকান্তিক-বৈষ্ণব শাস্ত্র-ত্বাদনৈকান্তিকবৈষ্ণবপরমেব। যতস্তদ্বিপরীতং হি শ্রূয়তে পাদ্মোত্তর-খণ্ডাদৌ। যস্তু নারায়ণং দেবং ব্রহ্মরুদ্রাদিদৈবতৈঃ। সমত্বেনৈব বীক্ষেত স পাষণ্ডী ভবেদ্ ধ্রুবমিত্যাদি। —শ্রীবিষ্ণুগা শ্রীশিবগা খেন্নদে হায়না খল্লগা নরক তাগনী হায়রিবা রাহু ঐকান্তিক-বৈষ্ণব-শাস্ত্রগী রা নত্তে. অনৈ-কান্তিক-বৈষ্ণব শাস্ত্রগী রানী ; মরমন্থনা অনৈকান্তিক-বৈষ্ণবশিংগা মরী-লৈনবা রানী [ হায়বনি মচা মচাগী উপাস্য ( লাংচরিবা লাইহু ) নত্তনা অতৈ অতোপ্পা স্বরূপ অদুবু ভজন-পূজন তৌদবা মীতাশিংগী মরমদা নত্তে মথক্তা পল্লিবা রাফমনী ]। মরমদি, পদ্মপুরাণচিংবদা মহুগা ওন্ন-তৈনবা রাকমসু উবা ফংডী : মহুদি—কনাগুম্বনা ব্রহ্মা-রুদ্রনচিংবা দেবতাবু নারায়ণগা মান্নৈ হায়না খল্লগদি মহাক্ লেপ্পমক পাষণ্ডী অমনী।" মতাঙ-সিদা শ্রীজীবগোস্বামীনা বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরগী উপাখ্যান অমা পল্লম্মী ; মহুদি অসিনী। বিশ্বক্সেন কৌবা ঐকান্তিক বিষ্ণুভক্ত ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী। মফমময়াম্মা কোয়রুরগা খঙহৌদনা গ্রামাধ্যক্ষ ( খুল্লাকপা ) অমগী মচা-নুপা অমগা থেংনখি। খুল্লাকপগী মচাহুনা মঙোন্দা হায়রম্মী—"ঐখোয়গী লম অসিদা লিঙ্গরূপী মহাদেব লৈ ; ঐদি হৌজিক পূজা তৌবা ডমদে ; অদোম পূজা খরা তৌবিয়ু।" বিশ্বকসেন অদুনা হায়রম্মী—"ঐদি শ্রীহরিগী একান্ত ভক্তনী ; দেবতা অতৈবু পূজা তৌদে।" মাগী পাউখুমদা শাউর-হুনা খুল্লাকপগী মচানা মহাক্কী মকোক কক্থৎকে তৌরবদা বিশ্বকসেন-না

খল্লকৃরি—"মহাক্কিগী মখুত্তদি শিবা য়াদে।" অদুনা মহাক্কা শিবালয়দা চংলগা পূজা তৌবদা "শ্রীনৃসিংহায় নমঃ" হায়দুনা মহাক্কী ইষ্টদেব নৃসিংহগী লৈ অদু মকম অমদা অমদা লংলম্মী। মদুদা খুল্লাকৃপগী মচান্নুপাদুনা শাউরদুনা অমুক্ক বিশ্বকসেনগী মঙক কক্কদোবগী তৌখৎলম্মী, মতমদুদা শিবলিঙ্গদু চেক্খায়রগা মদুদগী নৃসিংহদেব থোরকৃখি অমসুং ইমুংমনুং য়াওনা খুল্লাকৃপগী মচাবু হাংখি। উদাহরণসিদগী ঱ারম খরা খঙবা ঙম্মী মদুদি—(ক) একান্তভক্ত বিশ্বকসেন অদুনা শিবপূজা তৌবদু য়ারমদে, মদুনা তাক্পদি অসিনী, মহাক্কী উপাস্য নির্গুণ নৃসিংহদেবগা সগুণ শিব অদুগা খেন্নে হায়না মহাক্কা খল্লী। (খ) শিবলিঙ্গগী মাঙদা ফম্মগা মহাক্কা মছাগী ইষ্টদেব নৃসিংহদেবগী পূজা তৌরে: শিবগী পূজাদি তৌদ্রে॥ (গ) শিবগী পূজা তৌদদুনা নৃসিংহগী পূজা তৌবদা শিবনা শাউরমদে: অদুগী মহূত্তা শিবলিঙ্গদুদগী নৃসিংহদেব থোরক্লগা একান্ত ভক্ত বিশ্বকসেন-বু কনখি। বিষয় খরসিদগী বিশ্বকসেনগী মরমদা খঙবা ঙম্বদি অসিনী—নির্গুণ নৃসিংহগা সগুণ শিবগা খেন্নে হায়না মহাক্কা লৌবদি মাহাত্ম্যগত ভেদনী ( খেন্নবনী )। অদুগা শিবগী মফমদা নৃসিংহবু পূজা তৌবদা শিবনা শাউদবা অদুগা শিবলিঙ্গদগী নৃসিংহদেব থোরকৃখিবা অসিদগী খঙবা ঙম্বদি অসিনী—বিশ্বকসেনগী লৈরম্বা ভাব-তি, নৃসিংহদেবদু শিবদগী তোঙানবা ঈশ্বর নত্তে, অনীমক অমত্তনী। অমত্তা ওইবা হায়রিবসী স্বরূপগত হায়বদি তত্ত্বগত ওইবা অদুনী ( খেন্নদবনী )! বিশ্বকসেনগী ঱াখলদি শিবগা নৃসিংহগদু মহিমাদা খেন্নবনী অদুগা স্বরূপতদি খেন্নদে হায়বসিনী: মরমদুনা মহাক্কী অপরাধ ওইরমদে: অপরাধ ওইববদি শিব লিঙ্গদগী নৃসিংহদেব চোঙথোরক্লুনা বিশ্বকসেনবু কল্লাগ্লাইদোবনী। শিবলিঙ্গদগী নৃসিংহদেব থোরকৃপসিনা তাক্পদি মখোয়নীমক তোঙানবা নত্তে হায়বসী প্রমাণ তৌরবনী। অদুগা খুল্লাকৃপগী মচান্নুপাগী মরমদা খল্লগা ফংবদি অসিনী মদুদি—মহাক্কা নৃসিংহগা শ্রীশিবগা অনীসিবু তোঙান্-তোঙানবা ঈশ্বরনী হায়না লৌখি; মরমদুনা শিবগী মফমদা নৃসিংহবু পূজা তৌরে হায়বা উবদা মহাক্কা শাউখিবনী। মসিদা মহাক্কী অপরাধ ওইরে; অপরাধ ওইবা মরম্না মহাক্কা ধ্বংস ফংবনী। নৈনরিবসিদগী অসিমম্তু খঙবা ঙম্মে, মদুদি—নির্গুণ শ্রীহরিগা সগুণ শিব-নচিংবগা স্বরূপতা খেন্নে হায়না খনবা,

শিব-নচিংববু স্বতন্ত্র ঈশ্বরনী হায়না খন্‌বদি অপরাধনী ; মখোয়গী মাহাত্ম্য-গত ভেদ খন্‌বদি অপরাধ নত্তে। অসিমক্তু থগুবা ভয়ে অহুদি শ্রীহরিবু পূজা তৌবনা শিবনচিংববুসু পূজা তৌরবনী ; তোঙান্না শিবনচিংবগী পূজা তৌদ্রবসু য়ারে।

মথক্তা পল্লিবা বিশ্বকসেনগী ৱারী অসী লীরগা শ্রীজীবগোস্বামীনা স্কন্দপুরাণগী "শিবশাস্ত্রেষুতদ্‌গ্রাহ্যং ভগবচ্ছাস্ত্রযোগিযদিতি"—প্রমাণ লৌখৎলগা হায়রম্মী— শিবসম্বন্ধগী শাস্ত্র পুম্নমক্কী মনুঙদা ভগবৎসম্বন্ধগী (হায়বদি হরিসম্বন্ধগী) শাস্ত্রগী উপযোগী (হায়বদি ভগবৎসম্বন্ধগী শাস্ত্রগা সঙ্গতি লৈবা) ওইবা অতুতা লৌখৎকদবনী। মসিগী তুংদা—মোক্ষধর্ম্মদা নারায়ণীয় উপাখ্যান, মহাভারত, শ্রীমদ্‌ভাগবত, শ্রীহরিবংশ, শ্রীনৃসিংহ-তাপনী শ্রুতি-নচিংবদগী প্রমাণ লৌখৎলগা শ্রীজীবনা উৎলম্মী মহুদি—শ্রীহরিতনা অমতাঙায়বা উপাস্যনী (উপাসনা তৌনঙাইনী অমসুং বিষ্ণু-মন্ত্রতনা অখোইবা মন্ত্রনী। মতূঙদা শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী—"ত্রয়াণামেক-ভাবাণাং যো ন পশ্যতি বৈ ভিদাম্। সর্ব্বভূতাত্মনাং ব্রহ্মন্ স শান্তিমধি-গচ্ছতি॥ ৪/৭/৫৪ ॥—শ্রীভগবান্না হায়রি, ঐখোয় (ব্রহ্মা, শিব অমসুং ঐ) অহুমসিগী স্বরূপ অমত্তনী, ঐখোয় জীব পুম্নমক্কী আত্মানী ; ঐখোয় অহুমসী খেন্নে হায়না উদবা মীতুদনা শান্তি ফংঙী।" হায়বা শ্লোকসী পল্লগা শ্রীজীবনা হায়রম্মী— "ইৎ খলু শ্রীবিষ্ণোঃ সকাশাৎ অন্যাহস্বাতন্ত্র্যা-পেক্ষয়ৈব।" —মথক্তা পল্লিবা শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী শ্লোক অতুদা অভেদ-দর্শনগী (খেন্নদে হায়না উবগী) ৱা হায়রিবসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মহুদি, ব্রহ্মা অমসুং শিববু বিষ্ণুদগী স্বতন্ত্রনী (তোঙানবা ঈশ্বরনী) হায়বদি চুমদে। মসিগী প্রমাণ ওইনা মহাক্না শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী—"সৃজামি তন্নিযুক্তোহহং হরো হরতি তদ্বশঃ। বিশ্বং পুরুষরূপেণ পরিপাতি ত্রিশক্তিধৃক্॥ ২/৬/-৩২ ॥" —ব্রহ্মাগী উক্তি অসী অহুগা ব্রহ্মা ভবোহহমপি যস্য কলা কলায়াঃ ॥ ১০/৬৮/৩৭" — সঙ্কর্ষণগী উক্তি অসী অমসুং পদ্মপুরাণগী—"যৎপাদ-নিঃসৃত সরিৎপ্রবরোদকেন তীর্থেন মুর্দ্ধ্ন্যধিকৃতেন শিবঃ শিবোহভূৎ"-নচিংবা উক্তি লৌখৎতুনা পল্লম্মী। অসিগী তুংদা নামাপরাধ প্রকরণগী "শিবস্য শ্রীবিষ্ণো র্য ইহ গুণনামাদিকমলং ধিয়া ভিন্নং পশ্যেৎ-নচিংবা শ্লোক লৌখৎ-তুনা পল্লগা মহাক্না হায়রম্মী—"অত্র শ্রীবিষ্ণুনেতি তৃতীয়ায়া

অনির্দ্দেশাদত্রৈব শ্রীশব্দদানাচ্চ শ্রীমতঃ সর্ব্বশক্তিযুক্তস্য বিষ্ণোঃ সর্ব্বব্যাপকত্বেন তন্নামস্তস্মাদ্ যঃ শিবস্য গুণনামাদিকমলং ধিয়া ভিন্নং স্বতন্ত্রং পশ্যেদিত্যর্থঃ। —হায়বদি সর্ব্বব্যাপক ( পূম্নমকশীনথুংনা লৈবা ) শ্রীবিষ্ণুগী গুণ-নাম-নচিংবদগী শ্রীশিবগী গুণ-নাম-নচিংবনা তোঙাল্লী হায়না খল্লবদি মহু অপরাধ ওইনবগী মরম্নী।" মসিগী ভুংদা শ্রীমদ্-ভাগবতম্‌গী "ন তে মযাচ্যুতেহজে"-নচিংবা ( ১২/১০/২২ ) শিবগী উক্তি, "অথ ভাগবতা যুযং প্রিয়াঃ স্থ ভগবান্ যথা ॥"-নচিংবা (৪/২৪/৩০) রুদ্রগী উক্তি, "কিমিদং কুত এবেতি"—নচিংবা ( ১০/৬৪১ ) শ্রীশুকগী উক্তি অহুগা "যং কামযে তমুগ্রং কৃণোমি তং ব্রহ্মাণং তং সুধামিত্যাদি" শ্রুতি-বাক্য পল্লগা শ্রীজীবনা সিদ্ধান্ত তৌরম্মী—"তস্মাত্তদীয়ত্বেনৈব ব্রহ্মরুদ্র-ভজনে ন দোষঃ। —হায়বদি মাগীনী (ভগবানগী ভক্তনী) হায়বা জ্ঞান্দা ব্রহ্মা-রুদ্রবু ভজন তৌবদা দোষ লৈতে।" মসিগী ভুংদা শাস্ত্রপ্রমাণ লৌখৎ-লগা মহাক্না হায়রম্মী। —"তস্মাৎ স্বতন্ত্রত্বেনৈবোপাসনয়ায়ং দোষঃ। যতশ্চ তত্রৈব তেন শ্রীজনার্দ্দনস্যৈব বেদমূলত্বমুক্তম"—শ্রীজনার্দ্দনগীদনী বেদমূলত্ব (বেদগী থোরকৃফম) ওইবদি হায়রগা স্বতন্ত্র-ঈশ্বরনী খন্দুনা ব্রহ্মাগা রুদ্রগা উপাসনা তৌবদি দোষনী।" ব্রহ্মারুদ্রনচিংববু তোঙান্না উপাসনা তৌরগা ভগবানবু ফংবা য়াদে হায়বা গীতাগী—"যেহপ্যন্যদেবতাভক্তা যজন্তে শ্রদ্ধয়ান্বিতাঃ-নচিংবা অমসুং "যান্তি দেবব্রতাঃ দেবান্ পিতৃন্ যান্তি পিতৃব্রতাঃ। ভূতানি যান্তি ভূতেজ্যা যান্তি মদ্‌যাজিনোহপি মাম ॥"-নচিংবা প্রমাণ পল্লগসু শ্রীজীবনা মহু উৎলম্মী।

মথক্তা লৌখৎলিবা গীতাগী প্রমাণদগী তশেংনা খঙবা ঙম্মী মহুদি, ভগবানগী সেবা তৌনীঙবশিংগীদমক্তি অতোপ্প। দেবতা অমবু উপাসনা তৌরুবগী কান্নবা লৈত্রে। শ্রীপাদ জীব-গোস্বামীনা ভক্ত বিষকসেনগী রাবু উদাহরণ ওইনা লৌখৎলগা হায়রম্লিরসিদগী তশেংনা খঙবদি অসিনী মহুদি, একান্ত ভক্ত অমনা ব্রহ্মা-রুদ্রবু 'তদীয়—মহাক্নীনী' (ভগবদভক্তনী) হায়না উপাসনা তৌফম থোক্তে। একান্তভক্তনা চেৎনা খাজবদি অসিনী—পাম্বী মরুদা ঈশ্বীঙ হৈরগা পাম্বীগী অংশ ওইবা মাশা-মরেং-লৈপান্-হৈপান্ পূম্নমক পেল্লী হায়বগুম সর্ব্বমূল (পূম্নমক্কী থোরকৃফম্-মরু) ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী সেবানা দেব-দেবী পূম্নমক্কী সেবা অহুম ওই। "যথা তরোর্মূলনিষেচনেন

তৃপ্যন্তি তৎস্কন্ধভুজোপশাখাঃ। প্রাণোপহারাচ্চ যথেন্দ্রিয়াণাং তথৈব সর্ব্বার্হণমচ্যুতেজ্যা ॥ শ্রীভা, ৪/৩১/১৪ ॥" মরমত্থনা শ্রীলনরোত্তম-ঠাকুর মহাশয়না প্রেমভক্তি-চন্দ্রিকাদা ইরম্মী—"ভাগবতশাস্ত্র মর্ম্ম, নববিধ ভক্তি-ধর্ম্ম, সদাই করিব সুসেবন। অন্য দেবাশ্রয় নাই, তোমারে কহিল ভাই, এই ভক্তি পরম কারণ ॥ ১১ ॥ সাধুসঙ্গে কৃষ্ণসেবা না পূজিব দেবীদেবা, এই ভক্তি পরম কারণ ॥ ১৩ ॥ হৃষীকে গোবিন্দসেবা না পূজিব দেবী-দেবা, এইত অনন্য-ভক্তিকথা। আর যত উপালম্ভ, বিশেষ সকলি দম্ভ, দেখিতে লাগয়ে বড় ব্যথা ॥ ১৯ ॥ অসৎক্রিয়া কুটি-নাটি, ছাড় অন্য পরি-পাটী, অন্য দেবে না করিহ রতি। আপনা-আপনা স্থানে, পীরিতি সভায় টানে, ভক্তি পথে পড়য়ে বিগতি ॥ আপন ভজন-পথ, তাতে হব অনুরত, ইষ্টদেবস্থানে লীলা গান। নৈষ্ঠিক ভজন এই তোমারে কহিনু ভাই, হনুমান তাহাতে প্রমাণ ॥ ২৭-২৮ ॥" শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী— "অপি চেৎ সুদুরা-চারো ভজতে মামনন্যভাক্। ৯/৩০/"—শ্লোকসিগী টীকাদা অনন্যভাক্-শব্দগী অর্থদা শ্রীপাদবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা ইরম্মী—"মাং ভজতে চেৎ কীদৃক্ ভজনবানিত্যত আহ অনন্যভাক্ মত্তোঽন্যদেবতান্তরং মদ্ভক্তেরন্যৎ।"—তাৎপর্য্যাদি অসিনী, শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা দেবতা অমতব ভজন তৌদবা মহাক্মমক্ অনন্য ভক্তনী হায়বদি একান্ত (অমতনা লোইরবা) ভক্তনী। প্রমাণসিনা মখম ওইহনা শ্রীজীবগোস্বামীনা ভগবদ্ভক্তনী খন্দুনা ব্রহ্মা-রুদ্রমচিংবব উপাসনা তৌবা য়াই হায়না হায়রম্লিবসী একান্ত ভক্তগী মতাঙদা নত্তে: অতোপ্পব ভাইবা পত্রগা অতোপ্পা সংস্কার (থাজবা) অমগী মরু থম্মোইনুংদা লোৎলিবা মীতাশিংগী মরমদা হায়বা ওইরম্বা য়াই। তদীয়জ্ঞান দা (ভগবানগী ভক্তনী হায়দুনা) অতোপ্পা দেবতাবু পূজা তৌবদি দোষ নত্তে হায়বসী অওইবনী, অদুমদি ওইরগা মদু অনন্য-ভক্তি (লোঙদবা ভক্তি) হায়বদুদি নত্তে। মসিনী তাৎপর্য্যাদি।

মতাঙসিদা শ্রীজীবনা অমুক্ত ইথরম্মী—অতোপ্পা দেবতাবু পূজা তৌদ্রবসু উশীত্তবদি (অবজ্ঞাদি) তৌফদে। "অবজ্ঞাদিকন্তু সর্ব্বথা পরিহরণীয়ম্।" পদ্মপুরাণনা হায়—"হরিরেব সদারাধ্যঃ সর্ব্বদেবেশ্বরেশ্বরঃ। ইতরে ব্রহ্ম-রুদ্রাদ্যা নাবজ্ঞেয়াঃ কদাচন ॥—দেব পুম্নমক্কী ঈশ্বরগী ঈশ্বর ওইবা শ্রীহরিবু মতম পুম্বদা আরাধনা তৌগদবনী; অদুবু কয়িগুম্বদা ব্রহ্মা-রুদ্রনচিংবা

অতৈ দেবতাশিংবুদি উশীন্তবা ( অবজ্ঞা ) তৌগনু।" শ্রীজীবনা ভগবান্‌গী বাক্য অমসু পল্লম্মী—"যো মাং সমর্চ্চয়েন্নিত্যমেকান্তং ভাবমাস্থিতঃ। বিনিন্দন্ দেবমীশানং স যাতি নরকং ধ্রুবম্ ॥—একান্ত ওইনা ঐবু নিতিগী পূজা তৌবা মীহুনা মহাদেববু নিন্দা তৌরবদি মহাক্ম নরক-কোমদা পুংথৈ।" মসিগী মরম্‌দা গৌতমীয় তন্ত্রনা হায়—"গোপালং পূজয়েৎ যস্তু নিন্দয়েদন্যদেবতাম্। অস্তু তাবৎ পরোধর্ম্মঃ পূর্ব্বধর্ম্মো বিনশ্যতি ॥—গোপালবু পূজা তৌবা মীনা অতোপ্পা দেবতাবু নিন্দা তৌরবা, অদু ওইর-বদি মহাক্তুনা পর ধর্ম্ম ( ধর্ম্ম অথোইবা ) ফংবগী রাদি থম্‌থহুনা মহাক্কী পূর্ব্বধর্ম্ম ( হান্নগী ধর্ম্ম ) মাংবা মাঙৌ ॥"

মথক্তা নৈনরিবসিদগী খঙবা য়াবদি অসিনী মহুদি—ব্রহ্মা-রুদ্রনচিংববু স্বতন্ত্র ঈশ্বরনী হায়না খন্‌বদি দোষগী মশক্কী ; মখোয়হুবু মহাক্কীনী ( তদীয়-নী ) হায়বদি ভগবান্‌গী ভক্তনী হায়না খল্লগদি দোষ ওই। অদু ওইরবদি "যস্তু নারায়ণং দেব ব্রহ্মরুদ্রাদি দৈবতৈঃ"—নচিংবা শ্লোকসিগী তাৎপর্য্যদি অসুম ওইবা তারে মহুদি—মূল নারায়ণ শ্রীকৃষ্ণদি পরম-স্বতন্ত্র ( নীঙতম্বা মকোক্কী ), স্বয়ং ভগবান্নী, অদ্বয় ( অনীশুদবা ) তত্ত্বনী। ব্রহ্মা-রুদ্রখোয়দি মহাক্কী অংশ-বিভূতিনী ; মখোয়দি স্বতন্ত্র নত্তে ; মখোয়দি হীরম পূম্নমক্তা স্বয়ং ভগবান্‌গী থা ঙাই ; ফীভমসিদা মখোয়বু নারায়ণগা মান্নে (হায়বদি মখোয়সু নারায়ণগুম্না স্বতন্ত্র ঈশ্বরনী) খল্লগদি অপরাধ ওই।

নৈনরিবা শ্লোকসী মূল পয়ার ১১১–১১৩ গী অমসুং ১১৫ পয়ারগী প্রমাণনী।

মূল ১১৭

লোক কহে—তোমাতে কভু নহে জীবমতি।
কৃষ্ণের সদৃশ তোমার আকৃতি-প্রকৃতি ॥ ১১৭ ॥

শব্দার্থ

লোক কহে—মীনা হায়নৈ ; তোমাতে—নঙোন্দা (প্রভুদা) ; কভু—কদৌঙৈদসু ; নহে—ওইদে ; জীবমতি—জীবনী হায়না খন্‌বা ; কৃষ্ণের সদৃশ—কৃষ্ণন্নীগা মান্নে ; তোমার—নঙগী ; আকৃতি—শকওংশাদা ; প্রকৃতি—স্বভাব ( লীচৎ )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভবালোক অহুনা মথা তারম্মী )—মীনা হায়নৈ—নহাকপু জীবনী হায়না কদৌঙৈদম্মু লৌঙমদে। নঙগী শকওং-শাদা অমদি স্বভাবসে শ্রীকৃষ্ণগীগা মাপ্পৈ।

## মুল ১১৮

আকৃত্যে তোমাকে দেখি ব্রজেন্দ্রনন্দন।

দেহকান্তি পীতাম্বর কৈল আচ্ছাদন॥ ১১৮॥

শব্দার্থ

আকৃত্যে—শকওং শাদাদা; তোমাকে—নঙবু; দেখি—উজে; ব্রজেন্দ্রনন্দন ব্রজনিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণ; দেহকান্তি—হকচাঙগী কুচু; পীত-অম্বর - নাপুমচুগী ফিজোন্; কৈল—নঙনা তৌরে; আচ্ছাদন—লোৎশনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভবালোক অহুনা মথা তারম্মী )—শকওংশাদাদা নঙবু ব্রজেন্দ্র-নন্দন শ্রীকৃষ্ণ ওইনা উজে। নঙনা হকচাঙগী কুচুবু অমম্মুং সনাফীগেবু লোৎশনবিরে।

## মূল ১১৯

মৃগমদ বস্ত্রে বান্ধি কভু না লুকায়।

ঈশ্বর-স্বভাব তোমার ঢাকা নাহি যায়॥ ১১৯॥

শব্দার্থ

মৃগমদ—কস্তূরীবু; বস্ত্রে—ফিদা; বান্ধি—পুল্লগা; কভু—কদৌঙৈদম্মু; না লুকায়—লোৎপা য়াদে; ঈশ্বর-স্বভাব—ঈশ্বরগী মতৌ; তোমার—নঙগী; ঢাকা—কূপ্ছনবা; নাহি যায়—য়াদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভবালোক অহুগী রানী) —কস্তূরীবু ফিনা পুনহল্লগা লোৎপা কৈদৌঙৈ-দম্মু য়াদে; অদুম নঙগী ঈশ্বর স্বভাব অমম্মু কূপ্ছনবা য়াদেনে।

## মূল ১২০

অলৌকিক প্রকৃতি তোমার বুদ্ধি অগোচর।
তোমা দেখি কৃষ্ণপ্রেমে জগৎ পাগল ॥ ১২০ ॥

### শব্দার্থ

অলৌকিক মীরম্লেন্‌গী নত্তবা ; প্রকৃতি— স্বভাব ; তোমার— নঙগী ; বুদ্ধি-অগোচর বুদ্ধিনা লাম্ব-ফংদবা ; তোমা— নঙবু ; দেখি— উরগা ; কৃষ্ণপ্রেমে—কৃষ্ণবু নুংশিবনা ; জগৎ পাগল—জগৎ ঙাওরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভবালোক-না মথা তারম্মী )—নঙগী স্বভাবতি মীরম্লেন্‌গী নত্তে, মীওইবগী বুদ্ধিনা লাম্ব-ফংদবনী। নঙবু উবদা জগৎ পুম্বা কৃষ্ণপ্রেম-না ঙাওরে।

## মূল ১২১-১২২

স্ত্রী বাল বৃদ্ধ আর চণ্ডাল যবন।
যেই তোমার একবার পায় দরশন ॥ ১২১ ॥
কৃষ্ণ নাম ল'য়ে নাচে হইয়ে উন্মত্ত।
আচার্য্য হইল সেই তারিল জগত ॥ ১২২ ॥

### শব্দার্থ

স্ত্রী—নুপী ; বাল—অঙাঙ ; বৃদ্ধ—হন্নুবা ; আর—অদুগা ; চণ্ডাল—চণ্ডাল ; যবন—যবন ; যেই—মহাক্নুনা ; তোমার—নঙগী ; একবার—অমুক্তং ; পায়—ফংঙী ; দরশন—দর্শন ( উব ) ; কৃষ্ণনাম— কৃষ্ণ হায়বা মিং ; ল'য়ে—লৌরগা ; নাচে—জগোই শাই ; হইয়ে—ওইদুনা ; উন্মত্ত—ঙাওবা ; আচার্য্য—ওজা ; হইল—ওইরে ; সেই—মহাক্নুনা ; তারিল—লাম্হোক্‌পীয়ে ; জগত—জগৎপু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভব্যলোক অদুনা মথা তারম্মী)—নুপী, অঙাঙ, অহল খঙদে অদুগা

চণ্ডাল যবন থণ্ডদে—কনাগুম্বা অমনা নহাকপু অমুক্তং দর্শন ফংবগা কৃষ্ণ-নাম শোন্দুনা ঙাওদুনা জগোই শাই। মহাক্কুনা আচার্য্য (ওজা) ওইদুনা জগৎ পুম্বু লান্বীয়ে।

মুল ১২৩

দর্শনে আছুক কার্য্য, যে তোমার নাম শুনে।
সেহ কৃষ্ণপ্রেমে মত্ত—তারে' ত্রিভুবনে ॥ ১২৩ ॥

শব্দার্থ

দর্শনে উবগী; আছুক—লৈশন্থু; কার্য্য—থবক; যে—কনাগুম্বা মহাক্কুনা; তোমার—নঙগী; নাম—মিং; শুনে—মনাকোঙনা তায়; সেহ—মহাকস্থু; কৃষ্ণপ্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমনা; মত্ত—ঙাওবা (ওই); তারে—লাম্থোকপীয়ে; ত্রিভুবনে—মরোল অহুম্বু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভবালোক অহুনা মথা তারম্মী)—নঙবু উবগা থোক্পা থবক্কী রাদি লৈখিশনু; নঙগী মিং তারুবা মীচুনম্বু কৃষ্ণপ্রেমদা ঙাওয়ি অদুগা মহাক্না মরোল অহুম্বু লান্বীয়ে।

মূল ১২৪

তোমার নাম শুনি হয় শ্বপচ পাবন।
অলৌকিক শক্তি তোমার না যায় কথন ॥ ১২৪ ॥

শব্দার্থ

তোমার—নঙগী; নাম—মিং; শুনি—নাকোঙনা তারগা; হয়—ওই; শ্বপচ—হুইচাবা মীনা; পাবন—পবিত্র; অলৌকিক—মীওইবগী নত্তবা; শক্তি—পাঙ্গল, তৌবা ঙম্বা; তোমার—নঙগী; না যায়—থোক্তে; কথন—হায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভবালোক অহুনা মথা তারম্মী)— প্রভু, নঙগী মিং মনাকোঙনা তারগা হুইচাবা তোম্লবা মীস্থু পবিত্র ওই। মীনা চেন্দবা নঙগী শক্তিগী রাদি হায়ফম থঙবা পোৎ নত্তে।

## মূল ১২৫

যন্নামধেয়শ্রবণানুকীর্তনাৎ

যৎপ্রহ্বণাদ্ যৎস্মরণাদপি ক্বচিৎ।

শ্বাদোঽপি সদ্যঃ সবনায় কল্পতে

কুতঃ পুনস্তে ভগবন্নু দর্শনাৎ ॥ ১২৫ ॥

শব্দার্থ বাচিংবা মূল ২/১৬/১৮৬ শ্লোক অদুদা য়েংবিয়ু।

ভগবানগী নাম তাবদা হুইচাবা মী পবিত্র ওই হায়বা মূল ১২৪ পয়ারগী প্রমাণী শ্লোকনী।

## মূল ১২৬

এই ত মহিমা তোমার তটস্থ লক্ষণ।

স্বরূপ-লক্ষণে তুমি ব্রজেন্দ্রনন্দন ॥ ১২৬ ॥

### শব্দার্থ

এই ত—অসীনীদো ; মহিমা—মাহাত্ম্য ; তোমার—নংগী ; তটস্থ-লক্ষণ—তৌথোরকপা থনক্তা তাকপা নাওং ; স্বরূপ-লক্ষণে—স্বরূপ লক্ষণগী হায়রগদি ; তুমি—নহাক ; ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌগী মচ নুপানী।

মৈতৈলোনগী লৈপাকপা

( ভব্যলোক অদুনা মখা তারম্মী )— মহিমা অসীনীদো নংগী তটস্থ লক্ষণ-দি। স্বরূপ লক্ষণগী বা হায়রগদি নহাক ব্রজনিংথৌ মপারি নী।

### নৈনারোল

স্বরূপলক্ষণ—স্বরূপলক্ষণ হায়বসিনা লক্ষ্য ( পান্দম ওইবা ) বস্তু (পোৎ) অদুদগী পোৎ অতৈ পুম্নমকপু তোঙান্না থম্নগা লক্ষ্যবস্তুবু দা তাকয়ি অদুগা লক্ষ্যবস্তুগী অঙ্গ ওইবা হায়বদি লক্ষ্যবস্তুবু য়েংনদা উব, ফংবা লক্ষণ অমসুং লক্ষ্যবস্তুদা মতমপুম্নদা য়াওবা— লক্ষণ অদুনা পোৎতুগী স্বরূপ লক্ষণ কৌয়ি। মতুদি যুং অনী অমসুং থোক অনী, মীওইবা নত্তবা অতৈ কনা-মতগী লৈতে, লক্ষণ অসীনা মীওইবদগী অতেন্না জীববু তোঙানহল্লগা মীওইবতবু তাকয়ি। অমসুং লক্ষণসী মীওইবগী মচাদা য়াওরবনী ;

মীওইবদবু য়েংলুরগদি খুৎ অনীগা খোঙ অনীগসী মউরে ; মরমত্থনা খুৎ অনী খোঙ অনী অসী মীওইবগী স্বরূপ-লক্ষণ হায়বত্থনী। মতৌ অসুম্না অজানুলম্বিতভুজ ওইবনচিংবসী মহাপ্রভুগী স্বরূপ লক্ষণনী।

তটস্থলক্ষণ—লক্ষণসিমস্থ লক্ষ্যবস্তুদগী অতৈ পোৎপু তোঙানহনগা লক্ষ্যবস্তু অত্থতর তাক্লিয়ি ; অত্থবু মসী লক্ষ্যবস্তুদা লৈরবস্থ অতোপ্পা পোৎ অমগা ভিন্নরগনদা মা লৈ হায়বা শঙনৈ। মত্থদি কান্নে-কান্নদে হায়বা বিচার তৌবগী শক্তি, মসী মীওইবগী তটস্থ লক্ষণ হায়বত্থনী ; অতৈ অতোপ্পা জীবদা মসী য়াওদে, মীওইবগীদা লৈ ; অত্থগা করিগুম্বা সমস্যা অমা লাক্লবা মতমদদা সমস্যাত্থগী রাবেন্নমদাইদা মীওইবগী বিচার শক্তি লৈবসী খঙবা ঙম্মী। প্রেমদান তৌবনচিংবসী মহাপ্রভুগী তটস্থ-লক্ষণনী ; মসী অতৈ কনামতগী লৈতে, মহাপ্রভু মথন্তগী লৈ ; কনাগুম্বা জীববু চান্‌বিত্থনা জীবদা মহাক্না প্রেম-দান তৌবা মতমত্থদা লক্ষণ অসী লৈ হায়বা খঙজী। মতৌ অসুম্না মৈগী থোইদোক্‌পা মরঙনচিংবা ( বর্ণ মচু-নচিংবা ) মৈগী স্বরূপ লক্ষণনী ; দাহিকা শক্তিনা ( চাক্‌পা ঙম্বন ) মৈগী তটস্থলক্ষণনী ; মৈগা শম্নবগী করিগুম্বা পোৎ অমা চাক্‌পা মতমদা তটস্থ-লক্ষণসী লৈ হায়বা খঙজী।

নত্রগা, "আকৃতি প্রকৃতি এই স্বরূপ লক্ষণ। কার্য্যদ্বারা জ্ঞান এই তটস্থ লক্ষণ ॥ ২/২০/৩৫৪ ॥ — মকোং-মদা অমসুং স্বভাব-কাসী স্বরূপ-লক্ষণনী ; থবক্না তাকুনা খঙবনা তটস্থ লক্ষণনী।"

## মূল ১২৭

সেই সব লোকে প্রসাদ করিল।
প্রেম-নামে মত্ত লোক নিজ ঘরে গেল ॥ ১২৭ ॥

## শব্দার্থ

সেই সব লোক—মী পুম্নমক অত্থবু ; প্রসাদ—চান্‌বিবা ; করিল—তৌবিখি ; প্রেম-নামে—কৃষ্ণপ্রেম অমসুং নামগা অনীনা ; মত্ত—ভাওরবা ; লোক—মীশিংনা ; নিজ—মহাক্‌গী ; ঘরে—য়ুমদা ; গেল—চৎখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মী পুম্নমক অতুবু চানবিখি। কৃষ্ণপ্রেমগা কৃষ্ণনামগনা ভাওরবা মীশিংদো ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি।

মূল ১২৮

এইমত কথোদিনে অক্রূরে রহিলা।

কৃষ্ণনামপ্রেম দিয়া লোক নিস্তারিলা ॥ ১২৮ ॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; কথোদিন—কুমীৎ কয়ানীরোম ; অক্রূরে—অক্রূরতীর্থদা ; রহিলা—লৈরম্মী ; কৃষ্ণনামপ্রেম—কৃষ্ণনাম অমসুং কৃষ্ণপ্রেম ; দিয়া—পীদুনা ; লোক—মীশিংবু ; নিস্তারিলা—লান্নবিখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না কুমীৎ কয়ানীরোম প্রভু অক্রূরতীর্থদা লৈখি। কৃষ্ণনাম অমসুং কৃষ্ণপ্রেম পীদুনা মীশিংবু লান্নবিখি।

মূল ১২৯

মাধবপুরীর শিষ্য সেই ত ব্রাহ্মণ।

মথুরাতে ঘরে ঘরে করান নিমন্ত্রণ ॥ ১২৯ ॥

শব্দার্থ

মাধবপুরীর শিষ্য—মাধবপুরীগী শিষ্য ; সেই ত ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ অদু ( সনৌড়িয়া মাথুর ব্রাহ্মণ ) ; মথুরাতে—মথুরাদা ; ঘরে ঘরে—য়ুম খুদীঙদা ; করান—তৌহল্লম্মী ; নিমন্ত্রণ—বার্ৎোন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাধবপুরীগী শিষ্য সনৌড়িয়া মাথুর-ব্রাহ্মণ অদুনা মথুরাদা য়ুমথোক খুদীঙদা নিমন্ত্রণ তৌহন্নখি।

মূল ১৩০

মথুরার যত লোক ব্রাহ্মণ সজ্জন।

ভট্টাচার্য্য-স্থানে আসি করে নিমন্ত্রণ ॥ ১৩০ ॥

শব্দার্থ

মথুরার—মথুরাগী ; যতলোক—লৈরবা মী পুম্বদো ; ব্রাহ্মণ-সজ্জন—ব্রাহ্মণ অমদি সাধু ওইবা মীশিংনা ; ভট্টাচার্য্যস্থানে—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগী মফমদা ; আসি—লাক্লগা ; করে—তৌয়ি ; নিমন্ত্রণ—বার্তোন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথুরাগী ব্রাহ্মণ অমদি সাধু ওইবা মীশিংনা বলভদ্রভট্টাচার্য্যগী মফমদা লাক্লগা বার্তোন তৌরে ।

মূল ১৩১

একদিন দশবিশ আইসে নিমন্ত্রণ ।

ভট্টাচার্য্য একমাত্র করেন গ্রহণ ॥ ১৩১ ॥

শব্দার্থ

একদিন—নোংমদা ; দশবিশ—তরা-কুন ; আইসে—লাকৃখি ; নিমন্ত্রণ—বার্তোন ; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা ; একমাত্র—অমথক্তং ; করেন—তৌয়ি ; গ্রহণ—লৌবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমদা বার্তোন তরা-কুন লাকৃয়ি । বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা অমথক্তং লৌয়ি ।

মূল ১৩২

অবসর না পায় লোক নিমন্ত্রণ দিতে ।

সেই বিপ্রে সাধে লোক নিমন্ত্রণ নিতে ॥ ১৩২ ॥

শব্দার্থ

অবসর—তানজা ; না পায়—ফংদে ; লোক—মীনা : নিমন্ত্রণ দিতে—বার্তোন তৌবগী ; সেই বিপ্রে—সনৌড়িয়া ব্রাহ্মণচুদা ; সাধে—তক্করম্মী ; লোক—মীশিংনা ; নিমন্ত্রণ নিতে—নিমন্ত্রণ লৌননবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বার্তোন তৌনবগী তানজা মীশিংনা ফংলম্দে । সনৌড়িয়া মাথুর ব্রাহ্মণচুদা নিমন্ত্রণ লৌননবা তক্করম্মী ।

### মূল ১৩৩

কান্যকুব্জ দাক্ষিণাত্য বৈদিক ব্রাহ্মণ।
দৈন্য করি করে মহাপ্রভুর নিমন্ত্রণ ॥ ১৩৩ ॥

#### শব্দার্থ

কান্যকুব্জ – কান্যকুব্জগী ; দাক্ষিণাত্য—খা ভারতকী ; বৈদিক ব্রাহ্মণ —বৈদিক ব্রাহ্মণ ; দৈন্য করি—নো লুক্না ; করে—তৌয়ি ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; নিমন্ত্রণ—বাত্তোন।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কান্যকুব্জগী অমদি দাক্ষিণাত্যগী বৈদিক ব্রাহ্মণশিংনা নোংলুক্না মহাপ্রভুবু নিমন্ত্রন তৌয়ি।

### মূল ১৩৪

প্রাতঃকালে অক্রূরে আসি রন্ধন করিয়া।
প্রভুকে ভিক্ষা দেন শালগ্রামে সমর্পিয়া ॥ ১৩৪ ॥

#### শব্দার্থ

প্রাতঃকালে—অয়ুক্তা ; অক্রূরে—অক্রূর ঘাট্টা ; আসি- লাক্লগা ; রন্ধন করিয়া—চাক থোংদুনা ; প্রভুকে- প্রভুদা ; ভিক্ষা দেন—ভিক্ষা হাপ্পী ; শালগ্রামে—শালগ্রামদা ; সমর্পিয়া—কংলগা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুক্তা অক্রূর ঘাট্টা লাক্লগা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা লূক হৌরগা শালগ্রামদা কংলগা প্রভুদা ভিক্ষা ফংহনখি।

### মূল ১৩৫-১৩৬

একদিন অক্রূরঘাটের উপরে।
বসি মহাপ্রভু কিছু করেন বিচারে ॥ ১৩৫ ॥
এই ঘাটে অক্রূর বৈকুণ্ঠ দেখিল।
ব্রজবাসীলোক গোলোক দর্শন করিল ॥ ১৩৬ ॥

## শব্দার্থ

একদিন—নোংমা ; অক্রূরঘাটের—অক্রূরঘাটকী ; উপরে—মথক্তা ; বসি—ফম্লগা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; কিছু—খরা ; করেন—তৌয়ি ; বিচারে—খন্‌বা ; এই ঘাটে—ঘাট অসিদা ; অক্রূর—অক্রূরনা ; বৈকুণ্ঠ দেখিল—বৈকুণ্ঠ উখি ; ব্রজবাসীলোক—ব্রজদা লৈবা মীশিংস্থ ; গোলোক —গোলোক ; দর্শন পাইল—উখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা প্রভুনা অক্রূরঘাটকী মথক্তা ফম্লগা খাথল তৌখি—ঘাট অসিদা অক্রূরনা বৈকুণ্ঠ উখি অদুগা ব্রজবাসীশিংস্থ গোলোক উখি ।

## নৈনরোল

অক্রূর বৈকুণ্ঠ দেখিল—অক্রূরনা রাম-কৃষ্ণ পুবগা বৃন্দাবন-দগী মথুরা পাংলম্বা মতমদা ঘাট অসিদা স্নান তৌগে হায়দুনা ঈশীঙদা কুমথরম্মী, মতমদুদা মফমদুদা ঈশীঙ মনুঙদা রামকৃষ্ণবু উরম্মী অদুগা বৈকুণ্ঠস্থ উরম্মী । মদুদগী ঘাটসিগী মিং অক্রূর-তীর্থ কৌখি। হান্নদি মসী ব্রহ্মহ্রদ কৌরম্মী । ( শ্রীঃ ভাঃ ১০/৩৯/ অধ্যায় )।

ব্রজবাসীলোক-নচিংবা—মতম অমদা নন্দমহারাজনা একাদশীদা চরা হেল্লগা দ্বাদশীদা যমুনাদা স্নান তৌগে হায়না কুমথরগা বরুণগী মনাইনা মহাকপু কাহুনা বরুণালয়দা পুখি । মসী খঙলদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মপাবুং নন্দমহারাজবু লৌরুনবা-মক্ষমদুদা লেঙতী ; মতমদুদা বরুণদেবনা মহাকী পরিকরশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌরম্মী ; শ্রীকৃষ্ণনা মপাবুংবু পুরক্লগা শঙ্গায়দা হল্লক্লবা মতমদা পূকচেল থিংবা নন্দমহারাজনা শ্রীকৃষ্ণবু বরুণদেবনা স্তুতি তৌরকপদু—ময়ামদা বারী শারম্বদা, গোপশিংমা কৃষ্ণ-লোক ( গোলোক ) দর্শন তৌনীঙখি মতম্মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয় লোইন-মকপু পুম্বগা ঘাটসিদ লেঙলক্লখি অদুগা মখোয়বু ঈশীঙদা লুম্লু হায়রম্মী ; মতমদুদা মকমসিদা মখোয়না ঈশীঙ মনুঙদা পরিকর-য়াওবা শ্রীকৃষ্ণনা লোয়ননা গোলোক দর্শন তৌখি । (শ্রী ভা, ১০/২৮ অধ্যায় )।

মূল ১৩৭

এত বলি ঝাঁপ দিল জলের উপরে।
ডুবিয়া রহিল প্রভু জলের ভিতরে॥ ১৩৭॥

শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়রগা ; ঝাঁপ দিল—চোংথখি ; জলের—ঈশীঙগী ; উপরে—মথক্তা ; ডুবিয়া—লুপ্তুনা ; রহিল—লৈখি ; প্রভু—প্রভুনা : জলের—ঈশীঙগী : ভিতরে—মনুঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক হায়রগা প্রভুনা ঈশীঙ মথক্তা চোংথখি। ঈশীঙ মনুঙদা প্রভু লুপ্তুনা লৈখি।

মূল ১৩৮

দেখি কৃষ্ণদাস কান্দি ফুকার করিল।
ভট্টাচার্য্য শীঘ্র আসি প্রভু উঠাইল॥ ১৩৮॥

শব্দার্থ

দেখি—উবগা , কৃষ্ণদাস—রাজপুত কৃষ্ণদাসনা : কান্দি—কপ্লুনা ; ফুকার—খোল্লাও ; করিল—তৌখি ; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা ; শীঘ্র—থুনমক ; আসি—লাক্লুনা ; প্রভু—প্রভুবু ; উঠাইল—পুথখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা ঈশীঙদা লুপ্তুনা লৈবছু উবগা রাজপুত কৃষ্ণদাসনা কপ্লুনা খোল্লাও লাওখি। বলদেব ভট্টাচার্য্যনা থুনা লাক্লুনা প্রভুবু লৌথখি।

মূল ১৩৯-১৪০

তবে ভট্টাচার্য্য সেই ব্রাহ্মণ লইয়া।
যুক্তি করিলা কিছু নিভৃতে বসিয়া॥ ১৩৯॥
আজি আমি আছিলাঙ উঠাইল প্রভুরে।
বৃন্দাবনে ডুবে যদি, কে উঠাবে তাঁরে?॥ ১৪০॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা ; সেই ব্রাহ্মণ লইয়া—ব্রাহ্মণদুগা লোয়মনা ; যুক্তি করিলা—ৱা তানখি ; কিছু—খরদং ; নিভৃতে—অচীকৃপদা ; বসিয়া—ফমদুনা ; আজি—ঙসি ; আমি—ঐ ; আছিলাঙ—লৈরম্মী ; উঠাইল—লৌখৎহৌরে ; প্রভুরে—প্রভুবু ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা ; ডুবে যদি—লূপ্লবদি ; কে—কনানা ; উঠাবে—লৌখৎকনী ; তাঁরে—মাবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা ব্রাহ্মণদুগা লোয়ননা অচীকৃপদা ফম্‌দুনা ৱা তানখি। ( ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী )—ঙসি ঐ লৈরম্বনা প্রভুবু লৌখৎহৌবনী। বৃন্দাবন-দা লুপ্লা ওইরবদি কনানা প্রভুবু লৌখৎপীগনী ?

### মূল ১৪১

লোকের সঙ্ঘট্ট, নিমন্ত্রণের জঞ্জাল।
নিরন্তর আবেশ প্রভুর, না দেখিয়ে ভাল ॥ ১৪১ ॥

### শব্দার্থ

লোকের—মীয়ামগী ; সঙ্ঘট্ট—মতৌন্ ; নিমন্ত্রণের—বার্ত্তোনগী ; জঞ্জাল—খুদোংথীবা ; নিরন্তর—লেপ্পা লৈতনা ; আবেশ—ভাবাবেশ ; প্রভুর—প্রভুগী ; না দেখিয়ে—উদ্রে ; ভাল—খুদোংথীদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভট্টাচার্য্যনা মথা চথরম্মী )—মীনা তিন্‌বনে, বার্ত্তোন লাকৃপগী খুদোংথীবনে, অদুগী মথক্তা প্রভুগী ভাবাবেশ-না তৎপা লৈতবনে—খুদোং থীরোইদবা অমতা উদ্রে।

### মূল ১৪২

বৃন্দাবন হৈতে যদি প্রভুরে কাড়িয়ে।
তবে মঙ্গল হয়, এই ভাল যুক্তি হয়ে ॥ ১৪২ ॥

বৃন্দাবন হৈতে—বৃন্দাবন-দগী ; যদি—বদি ; প্রভুরে—প্রভুবু ; কাঢ়িয়ে—মুন্দুনা পুয়ে ( মফম অতোপ্পদা পুয়ে ) ; তবে—অদু ওইরবদি ; মঙ্গল—অফবা ; হয়—ওই ; এই—মসীনা ; ভাল—অফবা ; যুক্তি—নাইত্তে ; হয়ে—ওইয়ে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভট্টাচার্য্যনা অমুকম্বু হায়রম্মী)—প্রভুবু বৃন্দাবন-দগী মফম অতোপ্পা অমদা ঐনা পুহনা চৎলগদি ফরগনী । ঐনা খল্লিবসিনা নাইত্তে অমা চারগনী ।

মূল ১৪৩

বিপ্র কহে—প্রয়াগে প্রভুরে ল'য়ে যাই ।
গঙ্গাতীরপথে যাই—তবে সুখ পাই ॥ ১৪৩ ॥

শব্দার্থ

বিপ্র—মাথুর ব্রাহ্মণনা ; কহে—হায় ; প্রয়াগে—প্রয়াগ-তা ; প্রভুরে—প্রভুবু ; ল'য়ে—পুহনা ; যাই—চৎলগে ; গঙ্গাতীরপথে—গঙ্গাতোর্ব্বান-লম্বীদা ; যাই—চৎকে ; তবে—অদু ওইরবদি ; সুখ—নুংঙাইবা পাই—ফংগনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাথুর ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী—প্রয়াগলোমদা প্রভুবু পুহনা চৎলগে ॥ গঙ্গা-তোর্ব্বানগী লম্বীদা চৎকে, অদু ওইরবদি নুংঙাইগনী ॥

মূল ১৪৪

সোরোক্ষেত্রে আগে যাঞা করি গঙ্গাস্নান ।
সেই পথে প্রভু লঞা করিয়ে প্রয়াণ ॥ ১৪৪ ॥

শব্দার্থ

সোরোক্ষেত্রে—সোরোক্ষেত্রদা ; আগে—হান্না ; যাঞা—চৎলগা ; করি—তৌগে ; গঙ্গাস্নান—গঙ্গাস্নান ; সেই পথে—লম্বী অদোমদা ; প্রভু—প্রভুবু ; লঞা—পুহনা ; করিয়ে—তৌগে ; প্রয়াণ—চৎপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মাথুর ব্রাহ্মণনা মথা তারম্মী )—সোরোক্ষেত্রদা হায়্যু চৎলগা গঙ্গা-স্নান তৌগে। লম্বী অদোমদা প্রভুবু পুরগা চৎখ্রগে।

## নৈনরোল

সোরোক্ষেত্র—মসী বৃন্দাবনগী নোংপোক্তা বাদাও জিলাদনী।

## মূল ১৪৫

মাঘমাস লাগিল, এবে যদি যাইয়ে।
মকরে প্রয়াগ স্নান কথোদিনে পাইয়ে ॥ ১৪৫ ॥

## শব্দার্থ

মাঘমাস—মাঘ থা ; লাগিল—হৌরে ; এবে—হৌজিক ; যদি যাইয়ে—চৎলবদি ; মকরে—মকর পূর্ণিমাদা ; স্নান—স্নান ; কথোদিনে—ঙমীং থরনিদা ; পাইয়ে—ফংগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মাথুর ব্রাহ্মণনা মথামুক তারম্মী)—মাঘ (ৱাকচীঙ) থা হৌরে। হৌজিক চৎলগদি মকর-পূর্ণিমাদা প্রয়াগ-স্নান ঙমীং থরনিগী মনুঙদা ফংগনী।

## নৈনরোল

মকরে—মকর পূর্ণিমাদা ; মাঘ (ৱাকচীঙ) থাগী পূর্ণিমাদা। মাঘী পূর্ণিমাদা প্রয়াগ-তা ত্রিবেণী স্নানগী মাহাত্ম্য য়াম্না হেল্লী।

## মূল ১৪৬

আপনার দুঃখ কিছু করি নিবেদন।
মকরপৌছসি প্রয়াগে করিহ সূচন ॥ ১৪৬ ॥

## শব্দার্থ

আপনার—অদোমগী (বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগী) ; দুঃখ—অৱাবা ; কিছু—খরা ; করি—তৌরগা ; নিবেদন—হঙ্কৎপা ; মকরপৌছসি—মকর পূর্ণিমাদা ; প্রয়াগে—প্রয়াগ-তা ; করিহ—তৌও ; সূচন—পাঙ-পীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মাথুর ব্রাহ্মণনা মথা তারম্মী )—ওহে ভট্ট ! নঙগী অরাবগী ৱা থরা হঙ্গৎলগা মকর-পূর্ণিমাগী স্নানগী মতমদা প্রয়াগতা লৈরুনবগী ৱা খঙহল্লু।

## নৈনরোল

আপনার দুঃখ-নচিংবা—মাথুর-ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী—"ওহে ভট্টাচার্য্য। মফমসিদা নঙ য়াম্না রারে, ৱাসী প্রভুদা হঙ্গৎলু : অদু ওইরবদি প্রভুনা মফমসিদগী অতোপ্পা মফমদা লেঙসী হায়বদা য়ারক্কনী।"

**মকর পৌঁছসি**—মকরগী (মাঘ ৱাকচীং-থাগী) পূর্ণিমা। মাঘ থাদা সূর্য্যনা মকর রাশিদা লৈ হায়দুনা মাঘ মাসবু মকরমাস হায়নসু কৌয়ি; মরমদুনা মাঘী পূর্ণিমাবু মকর পূর্ণিমা ( মকর পৌঁছসি ) কৌয়ি। "পৌঁছসি" গী মফমদা "পাঁচসি" পাঠান্তরসু উবা ফংঙী ; অর্থদি অমত্তনী। পাঁচসি শব্দসী পঞ্চদশী শব্দগী অপভ্রংশ ওইবা য়াই : শুক্লা চতুর্দ্দশীগী মতুংদা পঞ্চদশী তিথিনী ; অদুবু পঞ্চদশী হায়দদুনা পুর্ণিমা হায়নৈ ; মরমদুনা পূর্ণিমাগা পঞ্চদশীগা (পাঁচসিগা) অমত্তনী ; মরমদুনা পুর্ণিমা হায়বগী মহুত্তা দেশগী চৎনবা ভাষাদা পাঁচসি হায়বা ওইরম্বা য়াই ; পৌঁছসি সু পাঁচসিগী রূপান্তর ওইবা য়াই।

## মূল ১৪৭

গঙ্গাতীরপথের সুখ জানাইহ তাঁরে ॥
ভট্টাচার্য্য আসি তবে কহিল প্রভুরে ॥ ১৪৭ ॥

### শব্দার্থ

গঙ্গাতীরপথের—গঙ্গাতোর্ব্বান্‌গী লম্বীগী ; সুখ—নুংঙাইবদু ; জানাইহ—খঙহল্লু ; তাঁরে—মঙোন্দা ( প্রভুদা ) ; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্য ; আসি—লাক্লুনা ; তবে—অদুদগী ; কহিল—হঙ্গৎখি ; প্রভুরে—প্রভুদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মাথুর ব্রাহ্মণনা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যদা মথা তারম্মী)—"ওহে ভট্টাচার্য্য। গঙ্গা তোর্ব্বান লম্বীগী নুংঙাইবদু প্রভুদা খঙহল্লো।" অদুদগী ভট্টাচার্য্যনা লাক্লগা প্রভুদা হঙ্গৎলম্মী।

মূল ১৪৮

সহিতে না পারি লোকের গড়বড়ি।
নিমন্ত্রণ লাগি লোক করে হুড়াহুড়ি ॥ ১৪৮ ॥

শব্দার্থ

সহিতে—খাণ্ডবা ; না পারি—ঙমদ্রে ; লোকের—মীগী ; গড়বড়ি—চরাঙনবা ; নিমন্ত্রণ লাগি—বার্তোন তৌগে হায়দুনা ; লোক—মীশিংনা ; করে—তৌরি ; হুড়াহুড়ি—চরাঙননা মহৈ মহৈ মুম্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা প্রভুদা হঙ্গৎলম্মী—প্রভু! মী ময়াম লাক্তুনা চরাংনরবসি খাণ্ডবা ঙমদ্রে। নিমন্ত্রণ তৌবগীদমক মীশিংনা মহৈ মহৈ লাক্তুনা চরাঙনরৈ।

মূল ১৪৯

প্রাতঃকালে আইসে লোক তোমারে না পায়।
তোমারে না পাঞা লোক মোর মাথা খায় ॥ ১৪৯ ॥

শব্দার্থ

প্রাতঃকালে—অয়ুক্তা ; আইসে—লাক্লি ; লোক—মী ; তোমার—নঙবু ; না পায়—ফংদে ; তোমারে—নঙবু ; না পাঞা—ফংদহুনা ; লোক—মীশিংনা ; মোর—ঐগী ; মাথা—কোক ; খায়—চায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী )—অয়ুক নোংঙান্‌বগা মী লাক্লি, প্রভুবুদি উনদ্রে। প্রভুবু ফংদ্রবনীনা মীশিংহুনা ঐঙোন্দা ওৎলরে।

মূল ১৫০-১৫১

তবে সুখ হয়—যদি গঙ্গাপথে যাই ॥
এবে যদি যাই, প্রয়াগে মকরস্নান পাই ॥ ১৫০ ॥
উদ্বিগ্ন হইল প্রাণ, সহিতে না পারি।
প্রভুর যে আজ্ঞা হয়, সেই শিরে ধরি ॥ ১৫১ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অদু ওইরবদি ; সুখ—নুংঙাইবা ; হয়—ওই, ওইগনী ; যদি—বদি ; গঙ্গাপথে—গঙ্গাগী লম্বীদা ; যাই—চৎলী ; এবে—হৌজিক ; যদি যাই—চৎলগদি ; প্রয়াগে—প্রয়াগতা ; মকরস্নান—মাঘ পূর্ণিমাদা স্নান ; পাই—ফংগনী ; উদ্বিগ্ন—লাঙতক্নবা ; হইল—ওইরে ; প্রাণ—থরাই ; সহিতে—খাঙবা ; না পারি—ঙমদ্রে ; প্রভুর যে আজ্ঞা হয়—প্রভুগী য়াথংসিনী হায়বদু ; সেই—মদুমক ; শিরে—কোক্তা ; ধরি—থোংগনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা মথা তারম্মী)—গঙ্গাগী লম্বীদা চৎলগদি নুংঙাইগনী । হৌজিক চৎলগদি প্রয়াগ-তা মকরস্নান য়েংগনী । ঐগী থরাইসে ইরাঙ-লাঙডৌ, ঐ খাঙবা ঙম্দরে । প্রভুনা তৌবিগদবা য়াথং অমা তাউথবিরো, মদু ননাই ঐনা ইকোক থোংনা য়াজরি ।

## মূল ১৫২

যদ্যপি বৃন্দাবন ত্যাগ নাহি প্রভুর মন ।
ভক্ত-ইচ্ছা করিতে কহে মধুর বচন— ॥ ১৫২ ॥

## শব্দার্থ

যদ্যপি—বসু ; বৃন্দাবন ত্যাগে—বৃন্দাবন থাদোকপদা ; নাহি—লৈতে ; প্রভুর মন—প্রভুগী পুক্নীঙ ; ভক্ত-ইচ্ছা—ভক্তগী অনীঙবা ; করিতে—তৌনবা ; কহে—হায় ; মধুর—অথুম্বা ; বচন—ৱা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা বৃন্দাবন থাদোক্নীঙদ্রবসু ভক্তগী অনীঙবদু তৌননবা হায়দুনা অথুম্বা ৱাহৈনা তাকৃপীরম্মী ।

## নৈনরোল

ভক্ত-ইচ্ছা করিতে—ভক্তনা নীঙজবদু থুংহন্নবা হায়দুনা ; বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা প্রয়াগ-তা মকর-স্নান তৌনীঙবদু থুংহন্নীংদুনা ।

## মুল ১৫৩

তুমি আমায় আনি দেখাইলে বৃন্দাবন।

এই ঋণ আমি নারিব করিতে শোধন ॥ ১৫৩ ॥

### শব্দার্থ

তুমি—নঙনা ; আমায়—ঐবু ; আনি—পুরকুনা ; দেখাইলে—উহল্লে ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন ; এই—অসী ; ঋণ—লমন ; আমি—ঐনা ; নারিব—ঙম্মোই ; করিতে—তৌবা ; শোধন—শিংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—নঙনা ঐবু পুবিরকুনা বৃন্দাবন উহল্লে। মসিগী লমন্দি ঐনা শিংবা ঙম্মরোই।

## মুল ১৫৪

যে তোমার ইচ্ছা, আমি সেই ত করিব।

যাহাঁ লঞা যাহ তুমি তাহাঁই যাইব ॥ ১৫৪ ॥

### শব্দার্থ

যে—মহু ; তোমার—নঙগী ; ইচ্ছা—অনীঙবা ; আমি—ঐনা ; সেই ত—মহুমক ; করিব—তৌগনী ; যাহাঁ—মফমহুদা ; লঞা—পুহুনা ; যাহ—চৎকনী ; তুমি—নঙনা ; তাহাঁই—মফমহুমক্তদা ; যাইব—চৎকনী (ঐ)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা মথা তারম্মী)—নঙনা নীঙবা অহুমক ঐনা তৌগনী। নঙনা পুবা মফম অহুমক্তদা ঐহাক চৎকনী।

## মুল ১৫৫-১৬৫

প্রাতঃকালে মহাপ্রভু প্রাতঃস্নান কৈল।

'বৃন্দাবন ছাড়িব' জানি প্রেমাবেশ হৈল ॥ ১৫৫ ॥

বাহ্যবিকার নাহি, প্রেমাবিষ্ট মন।

ভট্টাচার্য্য কহে চল যাই মহাবন ॥ ১৫৬ ॥

## শব্দার্থ

প্রাতঃকালে—অয়ুক-ঙক্তাদা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; প্রাতঃস্নান কৈল—অয়ুকী স্নান তৌরে ;বৃন্দাবন ছাড়িব—বৃন্দাবন থাদোকনী হায়বা ; জানি—খঙহুনা ; প্রেমাবেশ হৈল—প্রেমাবেশ ওইখি ; বাহ্যবিকার—মপানগী জ্ঞান তাবগী মওং ; নাহি—লৈতে ; প্রেমাবিষ্ট মন—পুক্নীঙদো প্রেমাবেশদা লুপ্‌খি ; ভট্টাচার্য্য কহে—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা হায় ; চল যাই—চৎলসি ; মহাবন—মহাবন দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুক-ঙক্তাদা মহাপ্রভু প্রাতঃস্নান তৌরে। বৃন্দাবন থাদোক্লগনী হায়বহু খঙলহুনা প্রভুগী প্রেমাবেশ ওইখি। মপাম্থোংগী জ্ঞান লৈরমদ্রে, প্রভুগী মন প্রেমাবেশদা লৈখরে। বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী—মহাবন-দা লেঙলসী।

## মূল ১৫৭

এত বলি ভট্টাচার্য্য নৌকায় বসাইয়া।

পার করি ভট্টাচার্য্য চলিলা লইয়া॥ ১৫৭॥

## শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়হুনা ; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা। নৌকায়—হিদা ; বসাইয়া—ফম্‌হল্লগা ; পার করি—লান্‌হন্দুনা ; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা ; চলিলা—চৎখি ; লইয়া—পুহুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাসী হায়রগা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা প্রভুবু হিদা ফম্‌হল্লগা পুহুনা তুরেন রাংমদা লাম্থোক্লম্মী।

## নৈনরোল

অক্রুরঘাটকী তুরেল রাংমদা মহাবন হায়বদি গোকুল লৈ ; মরমহুনা হিদা যমুনা লাম্থোক্লগা মহাবন চৎকদবনী।

মূল ১৫৮

প্রেমী কৃষ্ণদাস আর সেইত ব্রাহ্মণ।
গঙ্গাপথে যাইবার বিজ্ঞ দুইজন ॥ ১৫৮ ॥

শব্দার্থ

প্রেমী—কৃষ্ণপ্রেম-লৈবা; কৃষ্ণদাস—রাজপুত কৃষ্ণদাস; আর—অহুগা; সেইত ব্রাহ্মণ—মাথুর ব্রাহ্মণ অহু; গঙ্গাপথে—গঙ্গাগী লম্বীদা; যাইবার—চৎপগীদমক; বিজ্ঞ—অখঙবা; দুইজন—মী অনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমী কৃষ্ণদাস রাজপুত অহুগা মাথুর ব্রাহ্মণ অহুগা—মখোয় অনীদি গঙ্গা-তোর্ব্বান্গী লম্বী চৎকম য়াম্না খঙবনী।

মূল ১৫৯

যাইতে এক বৃক্ষতলে প্রভু সভা লঞা।
বসিল সভার পথশ্রান্তি দেখিয়া ॥ ১৫৯ ॥

শব্দার্থ

যাইতে—চৎপদা; এক—অমা; বৃক্ষতলে—উথোঙদা; প্রভু—প্রভুনা; সভা লঞা—ময়াম্গা লোয়ননা; বসিল—ফম্খি; সভার—ময়াম পুম্বগী; পথশ্রান্তি—লম্বেল-চৎপগী অরাবা; দেখি—উরহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুম চৎলকপদা ময়াম পুম্বগী লম্বেল-চৎপগী অরাবহু উরহুনা ময়াম পুম্বগা লোয়নন উথোঙ অমদা প্রভুনা ফম্থরম্মী।

মূল ১৬০

সে বৃক্ষ-নিকটে চরে বহুগাবীগণ।
তাহা দেখি মহাপ্রভুর উল্লসিত মন ॥ ১৬০ ॥

শব্দার্থ

সে—মহু; বৃক্ষনিকটে—উ মনাক্তা; চরে—শজীক চায়; বহু—য়াম্না;

গাবীগণ—শল্‌মরাম ; তাহা—মতু ; দেখি—উবদা ; মহাপ্রভুর—মহা-প্রভুগী ; উল্লসিত—হরাওবা ; মন—পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উত্তগী মনাক্তা শন্ অমোম য়াম্না শক্তীক চারম্মী। মতু উবদা মহাপ্রভুগী পুক্নীঙ হরাওখি।

মূল ১৬১

আচম্বিতে এক গোপ বংশী বাজাইল।

শুনি মহাপ্রভুর মহাপ্রেমাবেশ হৈল॥ ১৬১॥

শব্দার্থ

আচম্বিতে—খঙহৌদবমখৈ ; এক গোপ—শন্‌জেন্নহা অমনা ; বাঁশী বাজাইল—বাঁশী খোংলম্মী ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; মহাপ্রভুর—মহা-প্রভুগী ; মহা—অচৌবা, অকন্‌বা ; প্রেমাবেশ হৈল—প্রেমাবেশ ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খঙহৌদনা শন্‌জেন্নহা অমনা বাঁশী খংখোং খোংলম্মী। মখোল অদু নাকোঙনা তারগা মহাপ্রভুগী মহাপ্রেমাবেশ ওইখি।

নৈনরোল

শন্‌জেন্নহানা খোংলকপা বাঁশীখোন অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীখোন্নী খন্‌দুনা প্রভুগী প্রেমাবেশ ওইখিবনী।

মূল ১৬২

অচেতন হঞা প্রভু ভূমিতে পড়িল।

মুখে ফেন পড়ে, নাসায় শ্বাস রুদ্ধ হৈল॥ ১৬২॥

শব্দার্থ

অচেতন—খ্বাল মাঙবা ; হঞা—ওইরদুনা ; প্রভু—প্রভু ; ভূমিতে—লৈপাক্তা ; পড়িল—তুথখি ; মুখে—চীন্দা ; ফেন—কোঙ্গোন্ ; পড়ে—তাই ; নাসায়—নাতোন্দা ; শ্বাস—সোর ; রুদ্ধ—থিংবা ; হৈল—ওইরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জ্ঞান মাঙহুনা প্রভু লৈপাক্তা তুথখি। চীন্দা কোজোন্ কারম্মী; নাতোন্দা সোর লেপ্লম্মী।

## নৈনরোল

প্রভুগী এইরিবা ফীভমসী প্রলয়-কৌবা সাত্বিক-ভাবকী লক্ষণী।

## মূল ১৬৩

হেনকালে তাহাঁ আসোয়ার দশ আইল।

ম্লেচ্ছ পাঠান ঘোড়া হৈতে উত্তরিলা॥ ১৬৩॥

### শব্দার্থ

হেনকালে—মতম অসীদা; তাহাঁ—মফমহুদা; আসোয়ার—শগোন্-তোংবা; দশ—তরা; আইলা—লাকৃখি; ম্লেচ্ছ—যবন; পাঠান—যবন জাং অমগী মিং; ঘোড়া হৈতে—শগোন্দগী; উত্তরিলা—কূমথরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অসিদা ইদা মফমহুদা (প্রভুনা লৈরবা মফমহুদা) শগোন্-তোংবা তরা থক লাকৃখি। মখোয় ম্লেচ্ছ পাঠানশিংহু শগোন্-দগী কূমথরম্মী।

## মূল ১৬৪

প্রভুকে দেখিয়া ম্লেচ্ছ করয়ে বিচার—।

এই যতি পাশ ছিল সুবর্ণ অপার॥ ১৬৪॥

### শব্দার্থ

প্রভুকে দেখিয়া—প্রভুবু উবগা: ম্লেচ্ছ—ম্লেচ্ছনা; করয়ে বিচার—খল্লী; এই যতি—লম্বোইবসিগী; পাশ—মনাক্তা; ছিল—লৈরম্গম্মী; সুবর্ণ—সনা; অপার—ওমথৈ-নাইদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু উবদা ম্লেচ্ছনা খল্লম্মী—লম্বোইবসিগী সনা অপার অমা লৈরম্বা তাই।

## মূল ১৬৫

এই চারি বাটোয়ার ধুতুরা খাওয়াইয়া।
মারি ডারিয়াছে যতির সব ধন লৈয়া ॥ ১৬৫ ॥

### শব্দার্থ

এই চারি—মরি অসিনা ; বাটোয়ার—পোৎমুনবা মী ; ধুতুরা—শগোইহীদাক ; খাওয়াইয়া—পীজহুনা ; মারি—হাৎলগা ; ডারিয়াছে—লংশেক্লে ; যতির—লম্বোইবগী ; সব—পুম্নমক ; ধন—লন ; লৈয়া—লৌরগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ম্লেচ্ছনা খন্থরম্মী )—পোৎ মুনবা মরিসিনা শগোইহীদাক পীজহুনা লম্বোইবগী লন্ লোইনা লৌরগা হাৎতোক্পীরমল্লে।

### নৈনরোল

এই চারি—মরি অসিনা ; মহাপ্রভুগী মরিহুবু হায়রিবনী। মখোয়-হুদি—রাজপুত কৃষ্ণদাস, মাথুর ব্রাহ্মণ, বলভদ্র ভট্টাচার্য্য অহুগা বলভদ্রগা লোয়নরকপা ব্রাহ্মণ।

## মূল ১৬৬

তবে সেই পাঠান চারি জনেরে বাঁধিলা।
কাটিতে চাহে, গৌড়িয়া সব কাঁপিতে লাগিলা ॥ ১৬৬ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; সেই পাঠান—পাঠান অদুনা ; চারিজনেরে—মী মরিহুবু ; বাঁধিল—পুল্লগা ; কাটিতে—( থাঙনা ) কক্পা ; চাহে—পাম্মী ; গৌড়িয়া—বাঙ্গালী ; সব—পুম্বা ; কাঁপিতে—নীক্পা ; লাগিলা—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী পাঠানশিং অদুনা মখোয় মী মরিহুবু পুল্লম্মী। মখোয়না মরিহুবু হাৎকে তৌরম্মী ; মদুদা বাঙ্গালী পুম্বগী মছা নীক্পা হৌখি।

### মৈতৈলোন

গৌড়িয়া সব—বাঙ্গালী হায়বদি বলভদ্রগা মহাক্কী মী বামোন মচাহুগা মখোয়নীদি কিবনা থক থক নীক্লম্মী।

### মূল ১৬৭

কৃষ্ণদাস রাজপুত নির্ভয় বড়।
সেই বিপ্র নির্ভয়—মুখে বড় দঢ় ॥ ১৬৭ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণদাস রাজপুত—কৃষ্ণদাস রাজপুত ; নির্ভয়—কিগন্দবা ; বড়—য়াম্না ; সেই বিপ্র— ব্রাহ্মণ অহু (মাথুর ব্রাহ্মণ) ; নির্ভয়—কিগন্দবা ; মুখে—চীন্দা ; বড়—য়াম্না ; দঢ়—কল্লী ' (মুখে বড় দঢ়—রাঙাওবদা কিদবা)।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণদাস রাজপুত য়াম্না কিগন্দবা মীনী। অহুগা মাথুর ব্রাহ্মণ অহুস্ত কিগন্দবা মীনী। মখোয় অনিসী রা ঙাওবদা অকিবা মচেৎ অমতা য়াওবম্দে।

### মূল ১৬৮

বিপ্র কহে পাঠান! তোমার পাৎশার দোহাই।
চল তুমি আমি সিকদার-পাশ যাই ॥ ১৬৮ ॥

### শব্দার্থ

বিপ্র—মাথুর ব্রাহ্মণা ; কহে—হায় ; পাঠান—হে পাঠান্ ; তোমার—নঙগী (নখোয়গী) ; পাৎশার—বাদশাহগী (নিংথৌরেনগী) ; দোহাই—কন্নবা মিং পন্বা ; চল—চৎসী ; তুমি আমি— নঙগা ঐগা ; সিকদার—লাম্মীহঞ্জবগী ; পাশ—নাক্তা ; যাই—চৎসী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাথুর ব্রাহ্মণা হায়রম্মী—হে পাঠান! নখোয়গী পাৎশাগী মফমদা করি হায়গে য়েংসী। নঙগা ঐগা (নখোয়গা ঐখোয়গা) সিকদারগী মফমদা চৎসী।

## ৱৈনরোল

মাথুর ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী—"চৎনী সিকদারগী মকম্মদা, মহাক্না বিচার তৌবদা ঐখোয়গী ইরাল ফংলবদি মহাক্না পীবা শাস্তিদু য়াগনী। ঐখোয় হুরান্‌বা পোৎমুন্‌বা মী নত্তে হায়না হায়রিবসিনী।"

### মূল ১৬৯

এ যতি আমার গুরু, আমি মাথুর ব্রাহ্মণ।
পাৎশাহার আগে আছে মোর শতজন ॥ ১৬৯ ॥

### শব্দার্থ

এ যতি—লম্বোইবসী, আমার গুরু- ঐগী গুরুনী ; আমি—ঐনা ; মাথুর ব্রাহ্মণ—মাথুর ব্রাহ্মণনী ; পাৎশাহার আগে—পাৎশাহাগী মমাঙদা ( মনাক্তা ) ; আছে—লৈ ; মোর—ঐগী ; শতজন –মী চামা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মাথুর ব্রাহ্মণনা মথা তারম্মী)--লম্বোইবসী ঐগী গুরুনী। ঐ মাথুর ব্রাহ্মণনী। পাৎশাহাগী নাক্তা ঐগী মী চামা লৈ।

### ৱৈন রোল

পাঠানহুবু কিহল্লগা মাথুর ব্রাহ্মণনা মাগী মী পাৎশাহাগী নাক্তা য়াম্না লৈ, মখোয়বু হাৎলবদি মরাল্লৈতবা মীবু হাৎখী হায়দুনা পাৎশাহানা পাঠানশিংবু দণ্ড পীগনী হায়বগী অর্থদা রাসী হায়বনী।

### মূল ১৭০

এ যতি ব্যাধিতে কভু হয়ে ত মূর্চ্ছিত।
অবহি চেতন পাব,—হইব সংবিত ॥ ১৭০ ॥

### শব্দার্থ

এ—অসী ; যতি—সন্ন্যাসী, লম্বোইবা ; ব্যাধিতে—অনাবা অমনা ; কভু—করিগুম্বা মতমদা ; হয়ে ত—ওইয়ে ; মূর্চ্ছিত—রাম্বা ; অবহি—হৌজিক ; চেতন—রাম্বদগী হম্বা ; পাব—ফংলগনী ; হইব—ওইগনী ; সংবিত—জ্ঞান।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মাথুর ব্রাহ্মণনা পাঠান্দুবু কিহম্নবা হায়রুনা মখা তারম্মী)—লম্বোইবসী অনাবা অমনা করি করিগুম্বদা রাম্বৈ। হৌজিকৃসক চেতন ফংলগনী (রাম্বব-দগী হুম্বরক্লগনী), অদুগা জ্ঞান তারগনী।

## নৈনরোল

মূলসিদা পল্লিবা রাসী হায়রম্বগী মরমদি মখোয়বু পাঠানশিংনা হাৎকনী হায়বদু তোক্হন্নবনা মরম্মী। লম্বোইবসিনা রাম্ববদগী হুম্বরকৃপা মতমদা মঙোন্দা রা হংলগা হাৎফম থোকয়ি থোক্তে হায়বদু ভাব তাগনী হায়দুনা মাথুর ব্রাহ্মণা কিহল্লম্বনী।

## মূল ১৭১

ক্ষণেক ইহাঁ বৈস বান্ধি রাখহ সভারে।
ইহাঁকে পুছিয়া তবে মারিহ সভারে ॥ ১৭১ ॥

## শব্দার্থ

ক্ষণেক—ভাইহাক্তং; ইহাঁ—মফমসিদা; বৈস—ফম্মু; বান্ধি—পুল্লগা; রাখহ—থম্মু; সভারে—মী পুম্ববু; ইহাঁকে—মহাক্সিদা (যতিসিদা); পুছিয়া—হংলগা; তবে—অদুদগী; মারিহ—হাৎলু; সভারে—পুম্নমকপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মাথুর ব্রাহ্মণা মখা তারম্মী)—মতম ভাইহাক মফমসিদা ফম্মু অদুগা ঐখোয় পুম্ববু পুন্দুনা থম্মু; লম্বোইবসিদা হংলগা অদুদগী লোইনমকপু হাৎলু।

## মূল ১৭২

পাঠান কহে—তুমি পশ্চিমা সাধু দুইজন।
গৌড়িয়া ঠক এই কাঁপে দুই জন ॥ ১৭২ ॥

## শব্দার্থ

পাঠান কহে—পাঠান্না হায়; তুমি—নখোয়; পশ্চিমা—নোংচুপ্লমগী; সাধু—সাধুনী; দুইজন—অনী; গৌড়িয়া—বাঙালী; ঠক—ঠোক্নী; এই কাঁপে—নীক্লিবসিনী; দুইজন—অনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাঠান্না হায়রম্মী— নখোয় পশ্চিমা অনীদি ( মাথুর ব্রাহ্মণগা কৃষ্ণদাস রাজপুত-কা ) মী অফবনী। বাঙ্গালী অনীসিদি ঠৌক হুয়ান্‌বনী ; অদুনা মখোয় নীক্লিবনী।

## নৈনরোল

পশ্চিমা সাধু দুইজন—মাথুর ব্রাহ্মণগা কৃষ্ণদাস রাজপুতকা। মাথুর ব্রাহ্মণগী মথৌনা লৈবদু উবদা অদুগা মাগী মী চামা লৈ হায়বদুদা পাঠানদু খরা হঙ্গোইরম্মী ; ব্রাহ্মণবু শাউহন্নীঙলম্‌দ্রে। পশ্চিমা ব্রাহ্মণগী মথৌনা অমদি শক্তিগী মশক খঙলদুনা কৃষ্ণদাস রাজপুতকীসু থৌনা অমদি শক্তি লৈরম্‌গনী হায়না খন্‌থি ; মরমদি কৃষ্ণদাসদি বাঙ্গালীশিংগুম্না মদ্বা নীক্লম্‌দে। মরমদুনা পাঠান-দুনা মখোয় অনীসিবু পেল্‌হন্নবা হায়দুনা মখোয়ব্বু 'পশ্চিমা সাধু দুইজন' হায়রম্লিবনী। থক্‌-থক্‌-নীক্‌পা বাঙ্গালী অনীদুবুনা ঠৌক্লীনা নীক্‌পনী হায়রম্লিবনী।

## মূল ১৭৩-১৭৫

কৃষ্ণদাস কহে— আমার ঘর এই গ্রামে।
শতেক তুরুকী আছে দুইশত কামানে ॥ ১৭৩ ॥
এখনি আসিবে সব—আমি যদি ফুকারি।
ঘোড়া পিড়া লুটি লবে তোমাসভা মারি ॥ ১৭৪ ॥
গৌড়িয়া বাটপাড় নহে, তুমি বাটপাড়।
তীর্থবাসী লুট আর চাহ মারিবার ॥ ১৭৫ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণদাস কহে—কৃষ্ণদাস রাজপুতনা হায় ; আমার—ঐগী ; ঘর—য়ুম ; এই গ্রামে—খুঙ্গং অসিদনী ; শতেক—চামা ; তুরুকী—তুর্কী ( মুসলমান ) লান্মী ; আছে—লৈ ; দুই শত—চনী ; কামানে—নোংমৈ কামান ; এখনি—হৌজিক্‌মক ; আসিবে—লাক্কনী ; সব—লোইনমক ; আমি—ঐনা ; যদি ফুকারি—লাউরবদি ; ঘোড়া-পিড়া—শগোল অমসুং

পোৎ অতৈ অতৈ ; লুটি—মুন্দুনা ; লবে—লৌজখিনী ; তোমাসভা—নখোয় পুম্ববু ; মারি—হাৎলগা ; গৌড়িয়া বাটপাড়—বাঙ্গালী পোৎ-মুন্‌বা ; নহে—নত্তে ; তুমি—নঙনী (নখোয়নী) ; বাটপাড়—পোৎমুন্‌বা ; তীর্থবাসী লুট—নঙদি তীর্থবাসীবু লুট তৌয়ি ; আর—অতুগা ; চাহ—পাম্মী ; মারিবার—হাৎপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণদাসনা হায়রম্মী—ঐগী যুমদি গ্রামসিদনী ; ঐহাকী তুর্কী লাম্মী চামা লৈ অতুগা নোংমৈ কামান চনী লৈ। ঐনা কৌরবদি মখোয় লোইনমক হৌজিকৃমক লাক্কনী। নখোয়গী শগোল অতুগা নপোৎ-নচৈ পুম্বা মুন্দুনা লৌজখিনী নখোয় লোইনমকপু হাৎলগা। বাঙ্গালী অনীসী পোৎমুন্-চীন্থীবা নত্তে. পোৎমুন্‌বা চীন্থীবদি নহাক্নী (নখোয়নী)। তীর্থবাসীবু লুটস্থ তৌবা অতুগা হাৎকেস্ম হায়রিবা ?

## নৈনরোল

কৃষ্ণদাসনা হায়রম্লিবসী পাঠান্দুনা গৌড়িয়া অনীত্থবু ওৎপীদনবা কিহন্‌বগীদমক্নী।

### মুল ১৭৬

শুনিয়া পাঠান মনে সঙ্কোচ হৈল ।
হেনকালে মহাপ্রভু চেতন পাইল ॥ ১৭৬ ॥

শব্দার্থ

শুনিয়া—(কৃষ্ণদাসগী ৱাসী) তারগা ; পাঠান—পাঠানগী ; মনে—পুক্নীঙদা ; সঙ্কোচ—হঙ্গোইবা ; হৈল—পোক্‌খি ; হেনকালে—মতম অসি-ৱাইদা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; চেতন পাইল—ৱাম্থরুবদগী হন্থরক্লম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণদাসগী ৱা তারগা পাঠান মপুক্নীঙদা হঙ্গোইরম্মী । মতম অসি-ৱাইদা মহাপ্রভু চেতন ফংখি ।

### মুল ১৭৭

হুঙ্কার করিয়া উঠে, বোলে 'হরি হরি' ।
প্রেমাবেশে নৃত্য করে ঊর্দ্ধবাহু করি॥ ১৭৭ ॥

### শব্দার্থ

হুঙ্কার করিয়া— হুঙ্কার তৌহনা ; উঠে—হৌগৎলী ; বোলে—হায় ; হরি হরি—হরি হরি ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; নৃত্য করে— জগোই শাই ; উর্দ্ধবাহু—পাম্বোম রাংনা ; করি—থাংগৎতুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা চেতন ফংলগা হুঙ্কার তৌহুনা হৌগৎখি অহুগা হরি হরি হায়না শোল্লম্মী। প্রেমাবেশদা প্রভুনা জগোই শাখি অহুগা পাম্বোম রাংনা থাঙৎতুনা জগোই শাখি।

## মূল ১৭৮

প্রেমাবেশে প্রভু যবে করেন চীৎকার।
ম্লেচ্ছের হৃদয়ে যেন লাগে শেলধার ॥ ১৭৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; প্রভু— প্রভুনা ; যবে—মতমদা ; করেন চীৎকার—খোল্লাউরক্য়ি ; ম্লেচ্ছের পাঠানহুগী ; হৃদয়ে—থম্মোইদা ; যেন—ঙুম্না ; লাগে—পাল্লী ; শেলধার —তাশোল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা প্রভুনা লাউরক্পা মতমদা পাঠানশিং অহুগী থম্মোইদা তাশোন্না পান্বগুম তৌখি।

## মূল ১৭৯

ভয় পাঞা ম্লেচ্ছ ছাড়ি দিল চারিজন।
প্রভু না দেখিল নিজগণের বন্ধন ॥ ১৭৯ ॥

### শব্দার্থ

ভয়—অকীবা ; পাঞা—ফংহুনা ; ম্লেচ্ছ—পাঠান্দুনা ; ছাড়ি দিল—থাদোক্পীরে ; চারিজন—মী মরিদো ; প্রভু—প্রভুনা ; না দেখিল—উরম্দ্রে ; নিজগণের—মহাকী মীশিংগী ; বন্ধন—পুন্যলো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাঠান্সুনা কিরক্তনা মী মরিদুবু পুন্নখদগী থাদোক্কপীরে। প্রভুদো মাগী মীশিংবু পুন্নবদি উহৌত্রে।

## মূল ১৮০

ভট্টাচার্য্য আসি প্রভুকে ধরি বসাইল।
ম্লেচ্ছগণ দেখি মহাপ্রভুর বাহ্য হৈল ॥ ১৮০ ॥

### শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্য ; আসি—লাক্লুনা ; প্রভুকে—প্রভুবু ; ধরি—পায়রগা ; বসাইল— ফমহল্লী ; ম্লেচ্ছগণ—ম্লেচ্ছশিংহু ; দেখি—উরগা ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; বাহ্য—জ্ঞান ; হৈল—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা চঙশন্দুনা প্রভুবু পায়রগা ফম্‌হল্লম্মী। ম্লেচ্ছশিংদো উবদা মহাপ্রভুগী বাহ্যজ্ঞান ওইখি।

## মূল ১৮১-১৮২

ম্লেচ্ছগণ আসি প্রভুর বন্দিল চরণ।
প্রভু আগে কহে—এই ঠক চারিজন ॥ ১৮১ ॥
এই চারি মিলি তোমায় ধুতুরা খাওয়াইয়া।
তোমার ধন লৈল তোমায় পাগল করিয়া ॥ ১৮২ ॥

### শব্দার্থ

ম্লেচ্ছগণ—পাঠানশিংনা ; আসি—লাক্লুনা ; প্রভুর—প্রভুগী ; বন্দিল—খুরুমখি ; চরণ—খোঙ ; প্রভু-আগে—প্রভুগী মাঙদা ; কহে—হায় ; এই—মসী ; ঠক—ঠোক ; চারিজন—মী মরি ; এই চারি—মরি অসী ; মিলি—শিন্নরগা ; তোমায়—নঙবু ; ধুতুরা—শগোই-হীদাক ; খাওয়াইয়া—পীজরগা ; তোমার—নঙগী ; ধন—লন্ ; লৈল—লৌরে ; তোমার—নঙবু ; পাগল—অঙাওবা ; করিয়া—ওইহল্লগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাঠানশিংনা চঙজল্লক্লুনা প্রভুগী থুম্মাখাদা খুরুম্‌খি অদুগা প্রভুগী মাঙদা হজৎলম্মী—মরিসী ঠোক্লী। মখোয় মরি তিম্নমগা নওবু শগোৎইহীদাক পীজত্নুনা নওবু ঙাওহল্লগা নরন্‌ লৌত্রবনী।

## মূল ১৮৩-১৮৪

প্রভু কহেন—ঠক নহে, মোর সঙ্গীজন।
ভিক্ষুক সন্ন্যাসী—মোর নাহি কিছু ধন ॥ ১৮৩ ॥
মৃগী ব্যাধিতে আমি হই অচেতন।
এই চারি দয়া করি করেন পালন ॥ ১৮৪ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; ঠক নহে—ঠোক নত্তে ; মোর- ঐগী ; সঙ্গীজন—লোয়নররকপা মীনী ; ভিক্ষুক—চাক্লীবা ; সন্ন্যাসী—লম্বোইবনী ; মোর—ঐগী ; নাহি—লৈতে ; কিছু—খজিক ; ধন—লন ; মৃগী—শারৈ হৌবা ; ব্যাধিতে—লাইনানা ; আমি—ঐ ; হই—ওই ; অচেতন—রাম্ববা ; এই চারি—মরিসিনা ; দয়া করি –চান্‌নিত্নুনা ; করেন পালন—য়েংবিরিবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা পাঠান্দুদা হায়রম্মী—মখোয়সে ঠোক নত্তে, ঐগী লোয়নরকপা মীনী। ঐদি চাক্লীবা লম্বোইবনী, ঐগী লন করিস্থ লৈতে। শারৈ হৌবা লাইনানা ঐ রাম্বৈ। মরিসিনা চান্‌বিত্নুনা ঐবু ঙাক্‌-শেন্‌বীরিবনী।

## নৈনরোল

মৃগী ব্যাধি—রাম্ববা লাইনা জাৎতা অমনী। মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—"ঐগী রাম্ববা লাইনা অমা লৈ ; মত্নুনা ঐ মরক মরক্তা জ্ঞান মাঙত্নুনা লৈ ; হৌজিকস্থ জ্ঞান মাঙলুবনী।" হায়রিবা রাসী তাৎনী ; মহাক মহামক্কী প্রেম-বিকার লোৎননবা প্রভুনা মসী হায়রম্বনী ; সত্যস্বরূপ ওইবা স্বয়ং-ভগবাম্না তাৎ-ওইবা রা নত্রগা ওইদবা রা হায়রবা হৌনদে ; মরমত্নুনা ছলনা

বাক্যসিগী অথুপ্পা অর্থ—সত্য অর্থ লৈ, মহুদি অসিনী :— মৃগ্ ধাতুগী মতুংদা কর্ম্মবাচ্যদা ক-প্রত্যয় তৌরগা মৃগ-শব্দ সিদ্ধ ওইবনী। অদুদগী স্ত্রীলিঙ্গদা ঈপ্ হাপ্লগা মৃগী ওইখিবনী। মৃগ্ ধাতুগী অর্থদি থিবা হায়বনী। অদুনা মৃগ-শব্দগী অর্থ কৈনোমবু পামদুনা থিনঙাই ওইবা হায়বনী ; ( পুংলিঙ্গদা—মুপাদুবু ) ; অদুগা মৃগী শব্দগী অর্থনা থিনঙাই ওইবী মুপী হায়বনী। হৌজিক, জীবনা কনাবু থিরি ? পুম্নমক্না মুংঙাইববু ( আনন্দবু ) থিরি ; মরমদুনা আনন্দ-স্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণদনা তশেংবা মৃগনী ( থিনঙাইনী )। আনন্দসিগী অধিষ্ঠাত্রী (মবেম্মা ওইবী) দেবীদি হ্লাদিনী শক্তি শক্লৌবী শ্রীরাধানী, মহাক্তনী মৃগীদি ( থিনঙাই মুজাদি )। অদু ওইরবদি মৃগীগী অর্থদি শ্রীরাধা ওইরে। অদুগা ব্যাধি হায়রগা দোষ অচৌবা অমসুং পামুবা (প্রিয়) কায়নবনচিংবনা মরম ওইদুনা মুংশি-লাইহৌনচিংবা থোক্পদগী ওইরকপা ভাব অদুবু খঙহল্লী—"দোষোদ্রেকবিয়োগাদ্যৈর্ব্যাধয়ো যে জ্বরাদয়: । ইহ তৎপ্রভবো ভাবো ব্যাধিরিত্যভিধীয়তে /ভ, র, সি, ২/৪/৪৪ ॥" ব্যাধিসিনা স্তম্ভ ( উখোঙগুম্না চপ লেপ্পা ), অঙ্গ-শিথিলতা ( হকচাঙ পদাক-পদাক-লাওবা ), শ্বাস ( সোর ফুয়না হোন্বা ), উত্তাপ ( হকচাঙগী মৈশা হেল্লংপা ), গ্লানি ( কুচ্ শিথবা ), অসিনচিংবা ওই— "অত্র-স্তম্ভ: শ্লথাঙ্গত্বং শ্বাসোত্তাপক্লমাদয়: ॥" ব্যাধিসী কৃষ্ণবু মুংশিবগী বিকার অমনী। বিরহদা (কায়নবা মতাংদা) পোক্পনী। অদু ওইরবোইদি 'মৃগী-ব্যাধিগী' অর্থ ওইবা ভারে— "শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবদা ( কৃষ্ণবিরহদা ) শ্রীরাধাগী প্রেমদগী পোক্পা ব্যাধি কৌবা বিকার।" তশেংবমক শ্রীকৃষ্ণ-বিরহ থোরক্লবদা রাধাভাবাবিষ্ট ওইবা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা রাম্বরম্বনী। উ-পাম্বীগী মথাদা শল্-অমোম খরা উরুরে, অদুদগী খঙহৌদনা বাঁশীখোন্ মু তারক্লে ; খোন্দু তারগা শঙ্গেল্লম্বা বংশীবদন শ্রীকৃষ্ণগী রা নীঙশীঙলক্যি ; হেক নীঙশীঙলক্পগা মাবু উদবদুদা অকনবা থাইন-মৈচাকী চৈনাখোম্না রাধা-ভাব-তা চঙলিবা মহাপ্রভুদো রাম্বদুনা যুম্বী তাবগুম লৈপাক্তা তারম্মী।

## মূল ১৮৫

সেই ম্লেচ্ছমধ্যে এক পরম গম্ভীর।

কাল-বস্ত্র পরে সেই, লোকে কহে পীর ॥ ১৮৫ ॥

### শব্দার্থ

সেই ম্লেচ্ছমধ্যে—ম্লেচ্ছশিংদুগী মরক্তা ; এক—অমা ; পরম—য়াম্না য়ৌনা ; গম্ভীরা—চীঙলেম্বা ; কাল—অমুবা ; বস্ত্র—ফি ; পরে—শেংলী ; সেই—মহাক ; লোকে—মীয়াম্না ; কহে—কৌয়ি ; পীর—সিদ্ধপুরুষ ( লাইওইরবা মী )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ম্লেচ্ছশিংদুগী মরক্তা য়াম্না চীঙলেম্বা অমা য়াওরম্মী। মহাক ফি অমুবা শেংলী। মীয়াম্না মাবু পীর ( সিদ্ধপুরুষ-লাইওইরবা মী ) কৌয়ি।

### মূল ১৮৬

চিত্ত আর্দ্র হইল তার প্রভুকে দেখিয়া।
'নির্বিশেষ ব্রহ্ম' স্থাপে স্বশাস্ত্র উঠায়া॥ ১৮৬॥

### শব্দার্থ

চিত্ত—পুকীঙ ; আর্দ্র—পেংপা, মেওথবা ; হইল—ওইরম্মী ; তার—মাগী ; ( পীর-দুগী ) ; প্রভুকে দেখিয়া—প্রভুবু উবদা ; নির্বিশেষ—নিরাকার (শক্লাইদবা) ; ব্রহ্ম—ব্রহ্মবু ; স্থাপে—প্রমাণ তৌরম্মী ; স্বশাস্ত্র—মশাগী শাস্ত্র ( কোরাণ অমদি হদিস্-নচিংবা ) ; উঠায়া—পুথোক্লগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পীরদুগী মপুক্কীঙদু প্রভুবু উবদা পেংথরম্মী। মহাক্না ব্রহ্মদি নির্বিশেষ-নী ( শক্লাইদবনী ) হায়বসী মরম্নাই শাস্ত্র ( হায়বদি কোরাণহদিস্-নচিংবা ) পুথোক্লগা প্রমাণ তৌরম্মী।

### মূল ১৮৭

'অদ্বয়বাদ' সেই করিল স্থাপন।
তারি শাস্ত্রযুক্ত্যে প্রভু করিল খণ্ডন॥ ১৮৭॥

### শব্দার্থ

অদ্বয়বাদ—জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়বা বাদ ; সেই—পীরদুনা ; করিল স্থাপন—প্রমাণ তৌরম্মী ; তারি—মহাক্কী ; শাস্ত্রযুক্ত্যে—শাস্ত্রগী যুক্তিনা ; প্রভু—প্রভুনা ; করিল—তৌখি ; খণ্ডন—কক্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পীর-ছুনা অদ্বয়বাদ হায়বদি জীবগা ঈশ্বরগা থেন্নদে হায়না প্রমাণ তৌরম্মী। অদুবু প্রভুনা পীর-গী শাস্ত্রগী যুক্তি শৌথৎলগা মাগী অদ্বয়বাদদুবু কক্লম্মী।

মূল ১৮৮

যেই-যেই কহে, প্রভু সকলি খণ্ডিল।
উত্তর না আইসে মুখে, মহাস্তব্ধ হৈল ॥ ১৮৮ ॥

শব্দার্থ

যেই-যেই— মদু মদু ; কহে - মানা হায় ; প্রভু—প্রভুনা ; সকলি—লোইনমক ; খণ্ডিল—কক্লম্মী ; উত্তর— পাউখুম ; না আইসে— লাক্তে ; মুখ—চীন্দা ; মহা—অচৌবা ; স্তব্ধ—তুমিন্ লৈবা ; হৈল—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পীর-ছুনা হাযবম্ হায়রম্বদু লোইনমক প্রভুনা কক্লম্মী। পাউখুম অমত্তা পীরগী মচীন্দা থোক্লক্তে ; য়াম্না তুমিন্না লৈনরম্মী।

মূল ১৮৯

প্রভু কহে—তোমার শাস্ত্রে স্থাপি 'নির্বিশেষ'।
তাহা খণ্ডি 'সবিশেষ' স্থাপিয়াছে শেষ ॥ ১৮৯ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা ; তোমার শাস্ত্রে—নখোয়গী শাস্ত্রনা ; স্থাপি—প্রমাণ তৌরগা ; নির্বিশেষ—নিরাকারনী ( হায়বনী ) ; তাহা—মদুবু ; খণ্ডি—কক্থৎলগা ; সবিশেষ—সাকারনী ( শরাইবনী ) হায়না ; স্থাপিয়াছে—প্রমাণ তৌরে ; শেষ—অরোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী— ওহে পীর ! নখোয়গী শাস্ত্রনা নির্বিশেষবু প্রমাণ তৌরগা, মদুবু অমুক কক্থৎলগা মমৈদা সবিশেষনী হায়না প্রমাণ তৌরে।

## নৈনরোল

প্রভুনা হায়রম্মী—নখোয়গী শাস্ত্রদা ঈশ্বরবু নির্ব্বিশেষনী (নিরাকারনী) হায়না অহান্‌বদা সিদ্ধান্ত তৌরে হায়রবসী সত্যনী ( অওইবনী ) ; অদুবু নখোয়গী শাস্ত্রদুনা মমৈদদি ঈশ্বরদি সবশেষ-নী (সাকারনী) হায়না স্থাপন তৌরে।

## মূল ১৯০

তোমার শাস্ত্রে কহে শেষে একই ঈশ্বর।
সর্ব্বৈশ্বর্য্যপূর্ণ তেঁহো শ্যামকলেবর ॥ ১৯০ ॥

## শব্দার্থ

তোমার-শাস্ত্রে—নওগী (নখোয়গী) ; শাস্ত্রে—শাস্ত্রনা ; কহে—হায় ; শেষে—মমৈদা ; একই ঈশ্বর—ঈশ্বর অমখক্তনী ; সর্ব্বৈশ্বর্য্যপূর্ণ—ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্না মপুঙফাবা ; তেঁহো—মহাক ; শ্যাম—শংবান্নবা মচুগী ; কলেবর —হকচাঙ ( শ্যামকলেবর—নোংহৌমচুগী দেহনা মাগী ওইবা মা )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মখা তারম্মী—নখোয়গী শাস্ত্রগী মমৈদা হায়রি মদুদি—ঈশ্বর অমখক্তনী ( অনীগুদে )। মহাক ঐশ্বর্য্য পুম্বনা মপুঙফারবনী ( হায়বদি নির্ব্বিশেষ নত্তে )। মহাক ( সবিশেষ সাকার ওইবদা নত্তনা ) মহাক্কী শংবান্নবা কুচুনী ( শ্যামবর্ণ-নী )।

## মূল ১৯১

সচ্চিদানন্দদেহ—পূর্ণব্রহ্মরূপ।
সর্ব্বাত্মা সর্ব্বজ্ঞ নিত্য সর্ব্বাদিস্বরূপ ॥ ১৯১ ॥

## শব্দার্থ

সচ্চিদানন্দদেহ—ঈশ্বরগী হকচাঙদি সৎ চিৎ-আনন্দনা মচাক ওইবনী ; পূর্ণব্রহ্মরূপ—মপুঙফাবনী অমসুং পুম্নমক কূপ্পনী ; সর্ব্বাত্মা—পুম্নমক্কী আত্মানী ; সর্ব্বজ্ঞ—পুঙথঙ খঙবনী ; নিত্য—মতম পুম্বদা লৈবনী ; সর্ব্ব-আদিস্বরূপ—পুম্নমক্কী অহান্‌বা ওইবনা মহাক্কী স্বরূপ-নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মথা তারম্মী )—ঈশ্বরগী হকচাংদি সচ্চিদানন্দনা মচাক ওইবনী, পূর্ণব্রহ্মনী ; মহাক্তি পুম্নমক্কী আত্মানী ; পুণ্ডখণ্ড খণ্ডবনী, নিত্যনী ( মতমপুম্নমক্তা হোংবা নাইদবনী ), পুম্নমক্কী থোরকফম ইহান্ হান্বা (আদি) হায়বত্থনী।

## মূল ১৯২

স্মৃষ্টি স্থিতি প্রলয় তাঁহা হৈতে হয়।

স্থূল-সূক্ষ্ম জগতের তেঁহো সমাশ্রয় ॥ ১৯২ ॥

### শব্দার্থ

স্মৃষ্টি—শেম্বা ; স্থিতি—লৈবা ; প্রলয—লোইশন্বা ; তাঁহা হৈতে —মত্তোন্দগী ; হয়—ওই ; স্থূল—অপোবা ; সূক্ষ্ম—পোদবা, অকুপ্পা ; জগতের—জগৎকী ; তেঁহো—মহাক্কা ; সমাশ্রয়—ভূংফম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মথা তারম্মী )—স্মৃষ্টি স্থিতি প্রলয় হায়বসী ঈশ্বর মহাক্কা থোক্হন্বা ঙাক্কী। অপোবা জগৎ ( হায়বদি ব্রহ্মাণ্ডনচিংবশি ) অদুগা পোদবা ( সূক্ষ্ম ) জগৎ (হায়বদি স্বর্গনচিংসা) অমদি ভগবদ্ধাম-নচিংবা চিন্ময় জগৎ পুম্নমক্কী ভূংফম্মী মহাক্তি।

## মূল ১৯৩

সর্ব্বশ্রেষ্ঠ সর্ব্বারাধ্য কারণের কারণ।

তাঁর ভক্ত্যে হয় জীবের সংসারতারণ ॥ ১৯৩ ॥

### শব্দার্থ

সর্ব্বশ্রেষ্ঠ—পুম্নমক্তগী থোইবনী ; সর্ব্বারাধ্য—পুম্নমক্কী নাৎনফম্মী ; কারণের—থোরক্ফমগী ; কারণ—থোরক্ফম্মী ; তাঁর—মহাক্কী ; ভক্ত্যে —ভক্তিনা ; হয়—ওই ; জীবের—জীবগী ; সংসারতারণ—সংসার-লাম্থোক্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মথা তারম্মী )—ঈশ্বরদি পূন্নমক্তগী থোইবনী, পূন্নমক্কী লাৎনফম্মী, থোরকৃফম পূম্বগী থোরকৃফম্মী। মাবু ভক্তি তৌবতনা জীবনা সংসারদগী ( পোক্ল-শির হঙ্গন্ হঙ্গন্ তৌবদগী ) লাম্থোক্লবা পাম্বৈনী।

নৈনরোল

প্রভুনা মমাঙদা ঈশ্বর-তত্বগী (ঈশ্বর করিনো হায়বা অদুগী) ৱা হায়রগা হৌজিক মুসলমানশিংগী শাস্ত্র মতুংইন্না তৌগদবা সাধনগী ৱা হায়রি ; মুসলমান শাস্ত্র মতুং ইন্না ভক্তি-তনা ( সাধন-ভক্তি তনা ) সাধন হায়বদুনী। ভক্তি অসিমতনা জীবনা সংসারদগী লাম্থোকপা ঙম্গদৌবনী।

তশেংবা হায়রগদি মুসলমানশিংগী নমাজ-নচিংবসী প্রার্থনাময়-নী ( হায়বদি ঈশ্বরদা নিজবদনী )। ভক্তিমার্গ নত্তনদি অতৈ অতোপ্পা সাধন মার্গগী সাধনদি প্রার্থনাময় ওইবা য়াদে।

মূল ১৯৪

তাঁর সেবা বিনা জীবের না যায় সংসার।
তাঁহার চরণে প্রীতি—পুরুষার্থ সার॥ ১৯৪॥

শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী ( ঈশ্বরগী ) : সেবা বিনা—সেবা নত্তনা ; জীবের—জীবগী ; না যায়— চৎতে ; সংসার—সংসার ; তাঁহার—মহাক্কী (ঈশ্বরগী); চরণে—মখোঙদা ; প্রীতি—নুংশিবা : পুরুষার্থসার—সাধ্য (পান্দম) বস্তু মকোক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা অমুক্ত হায়রম্মী )—ঈশ্বরগী সেবা নত্তনদি জীবগী সংসার ( পোক্ল-শির তৌবসী ) কোক্লই। মহাক্কী খুয়াখাবু নুংশিবা হায়বসিনা পুরুষার্থ মচিনী হায়বদি সাধ্যবস্তু মকোক্কী।

মূল ১৯৫

মোক্ষাদি আনন্দ যার নহে এক কণ।
পূর্ণানন্দপ্রাপ্তি—তাঁর চরণ সেবন॥ ১৯৫॥

## শব্দার্থ

মোক্ষ-আদি— অরাম্থুবম্নচিংবা ( মুক্তিনচিংবা ) ; আনন্দ—নুংঙাই-বনা ; যার—মাগী ; এক—অমা ; নহে—নত্তে ; কণ—মরীক্ ; পূর্ণানন্দ—মপূঙফাবা নুংঙাইবা ; প্রাপ্তি— ফংবা ; তাঁর—মহাকী ; চরণসেবন—চরণসেবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা মথা তারম্মী)— মুক্তিনচিংবগী নুংঙাইবতুদি মাগী (ভগবানগী চরণ সেবানা নুংঙাইবগী) মরিক অমফাওবা য়োদে। মপূঙফানা নুংঙাইবদি ঈশ্বরগী চরণ সেবাতনা ফংগনী।

## মূল ১৯৬

কর্ম্ম জ্ঞান যোগ আগে করিয়া স্থাপন।

সব খণ্ডি স্থাপে শেষে ঈশ্বর সেবন ॥ ১৯৬ ॥

## শব্দার্থ

কর্ম্ম—সকাম কর্ম্ম ; জ্ঞান—জ্ঞান মার্গ ; যোগ—যোগ ; আগে—অমাঙদা ; করিয়া স্থাপন—লৌখৎলগা ; সব—লোইনমক্তো ; খণ্ডি—ককথৎলগা ; স্থাপে—লৌখৎলী , শেষে—অরোইবদা ; ঈশ্বর-সেবন—ঈশ্বরগী সেবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা মথা তারম্মী) (মুসলমানগী শাস্ত্রদা) কর্ম্ম, জ্ঞান, যোগ-গী রাস্থ য়াওরিদি হায়রবু লোইনমক্তো ককথৎলগা মমৈদদি ঈশ্বর সেবা-না অরোইবা হায়না সিদ্ধান্ত লৌরম্মী।

## মূল ১৯৭

তোমার পণ্ডিত-সভের নাহি শাস্ত্রজ্ঞান।

পূর্ব্ব-পর-বিধিমধ্যে পর বলবান্ ॥ ১৯৭ ॥

## শব্দার্থ

তোমার—নখোয়গী ; পণ্ডিত সভের—পণ্ডিত পুরগী ; নাহি—লৈতে ;

শাস্ত্রজ্ঞান—শাস্ত্রখঙবা ; পূর্ব্ব—অহান্‌বা : পর—অকোন্‌বা ; বিধিমধ্যে —রায়েল মরক্তা ; পর—অকোন্‌বনা ; বলবান্—মপাঙল হেন্‌বা (ওই)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়থরম্মী ) নখোয়গী পণ্ডিত পুস্নদি নখোয়গী শাস্ত্র লোইনা খঙদে। অহান্‌বা বিধিগা ( রায়েলগা ) অকোন্‌বা বিধিগা রায়েল অনী লৈরবদি অকোন্‌বা রায়েন্‌গী মপাঙল্লা কন্‌বা হেল্লী।

## নৈনরোল

প্রভুনা পীরহুদা হায়রম্মী—করিগুম্বা মতাঙদা বিষয় অমখক্কী মরমদা বিধি অনী লৈরবদি অকোন্‌বা বিধিগী পাঙল্লা হেম্না কল্লী, অহুনা অকোন্‌বহু চৎনগদবনী ; মসিনা খ্বাইগী নিয়ম্নী। পরতত্ত্বগী ( ঈশ্বরগী ) মরমদা নখোয় মুসলমানগী শাস্ত্রনা অহান্‌বদা নির্ব্বিশেষনী হায়রবস্থ মমৈদদি সবিশেষ তত্ত্ব স্থাপন তৌরে ; মরমহুনা সবিশেষ তত্ত্বহুদমক্ নখোয়না লৌফম থোক্‌পনী। অহুগা সাধনগী মতাঙদস্থ, অহান্‌বদা কর্ম্ম-যোগ-জ্ঞানচিংবগী রা লৈরবস্থ মমৈদদি ভক্তিগী রাদমক হায়রি ; মরমহুনা নখোয়না ভক্তি-মার্গ চৎপা চুম্মী।

## মূল ১৯৮

নিজশাস্ত্র দেখ তুমি বিচার করিয়া।
কিবা লিখিয়াছে শেষে নির্ণয় করিয়া॥ ১৯৮ ॥

## শব্দার্থ

নিজশাস্ত্র—নছামক্কী শাস্ত্র ; দেখ—য়েংঙু ; তুমি—নঙ ; বিচার—খন্তবা ; করিয়া—তৌহুনা ; কিবা—করি ; লিখিয়াছে—ইরম্নে ; শেষে—মমৈদা ; নির্ণয়—লেপ্পা ; করিয়া—তৌহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়রম্মী )—ওহে পীর মহাশয় ! নছামক্কী শাস্ত্রহু বিচার তৌহুনা য়েংঙু ; মমৈদা করি রারেপ্পুনা ইরম্নগে হায়বহু য়েংঙু।

মূল ১৯৯

ম্লেচ্ছ কহে—যে-ই কহ সে-ই সত্য হয়।

শাস্ত্রে লিখিয়াছে, কেহো লৈতে না পারয়॥ ১৯৯॥

শব্দার্থ

ম্লেচ্ছ—ম্লেচ্ছ পীরনা ; কহে—হায় ; যেই—মহু ; কহ—হায়বা ; সেই—মহুমক ; সত্য—অওইবা, অচুম্বা ; হয়—ওই ; শাস্ত্রে—শাস্ত্রদা ; লিখিয়াছে—ইরয়ে ; কেহো—কনামত্তনা ; লৈতে—লৌবা ; না পারয়—ঙমদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ম্লেচ্ছ পীরছনা হায়রম্মী—ত্বায়রি হায়রিবছমক অওইবা ওাক্নী। শাস্ত্রদদি ইরয়ে, অদুগা কনামত্তনা লৌবা ঙমদবনী।

মূল ২০০

'নির্ব্বিশেষ গোসাঞি, লঞা করেন ব্যাখ্যান।

'সাকার গোসাঞি সেব্য' কারো নাহি জ্ঞান॥ ২০০॥

শব্দার্থ

নির্ব্বিশেষ গোসাঞি শকুইদবা ঈশ্বরগী রা ; লঞা—লৌখৎতুনা ; করেন ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যা তৌয়ি ; সাকার গোসাঞি—শকুইবা ঈশ্বরনা ; সেব্য—লাৎনফম্নী ( হায়বছ ) ; কারো—কনাগীসু ; নাহি—লৈতে ; জ্ঞান—খঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মুসলমান পীরনা মখা তারম্মী )—(খ্বায় পুম্বনা) নির্ব্বিশেষ ঈশ্বরগী রা লৌখৎতুনা ব্যাখ্যা তৌনৈ, কনামত্তনা 'সাকার ঈশ্বরনী সেব্যদি (লাৎনফমদি)' হায়বসী খঙদে।

নৈনরোল

ঈশ্বর সবিশেষনী হায়বসী মুসলমান পীর-না প্রভুগী রা তাবদগী য়ারয়ে।

পরতত্ত্বগী মরমদা স্বরূপ তোঙান্-তোঙান্বা পাম্নরম্বশিংহুদু চাওরাক্লা শ্রেণী অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই, (১) নিরাকার, নির্গুণ (গুণ-চেন্দবা) নিঃশক্তিক (শক্তি-চেন্দবা)। (২) নিরাকার, সগুণ (গুণ-চেন্বা)—সশক্তিক (শক্তিচেন্বা); (৩) সাকার, সগুণ—সশক্তিক। সাকার-স্বরূপতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত পাঠ তৌবা মীগী মফমদা থোইদোক্লা খঙনর-বনী; মরমহুনা মহুগী মরমদা নৈনরুহুনা কান্নদে অতোপ্পা স্বরূপ মখল অনীগী মরমদা খন্নদং হায়জগে। নিরাকার নির্গুণ, নিঃশক্তিক স্বরূপ-তা কপা লৈবা হায়বদি ভক্ত চান্বা হায়বনচিংবা করিগুম্বা গুণ অমতা য়াওদে: শঙ্করাচার্য্যনা বেদান্তভাষ্যদা নিরাকার, নির্গুণ, নিঃশক্তিক হায়বা স্বরূপসী লেপ্লম্নে। নিরাকার—সগুণ-সশক্তিক-স্বরূপ—সগুণ ওই হায়হুনা মঙোন্দা কপা লৈবা অমদি ভক্ত চান্বনচিংবা ভজনীয় গুণ লৈ; মহাক্কী শক্তিসু লৈ; বিশ্বব্যাপারগীদমক চঙগদবা গুণ অমসুং শক্তিগী শরুকৃৎকুগী ওইকম থোক্পা বিকাশ অমদি বৈচিত্র্য (মখল মথেল) লৈ অহুগা মতীকৃৎকপা গুণ মাধুর্য্য অমসুং শক্তিমাধুর্য্যসু মহাও তংবা য়াই। অদুবু নিরাকার ওইবা মরম্না স্বরূপসিগী লীলাদি লৈবা য়াদে—মরমহুনা লীলামাধুর্য্য লৈবা য়াদ্রে; মাগী রূপমাধুর্য্য লৈতে হায়বসিদি পল্লুবগী কান্নবা লৈতে। মহ ভি "রসো বৈ সঃ" হায়রহুনা আনন্দগী শরুপ রস ওইনা মহাওতংনঙাই ওইবা য়াই, অদুগা রসিক ওইনদি (রসয়তি ইতি রসঃ— রসিকঃ) মহাওতংবা হুপা অমা ওইবদি ঙমগদ্রা হায়বহুদি হায়বা য়াদে। অওইবমক, মহাক্কী অচিন্ত্য প্রভাবহুনা ভক্তগী ভক্তিরসগী আস্বাদক (রস-চুম্না) হায়বহুদি ওইগে হায়ররবসু মওইবা য়াই; অদুবু আস্বাদন অদু কনাগুম্বা ভক্তনা খঙবা ভক্তী হায়নদি হায়বা য়াদে। মতসী চৎপা অরিবা সম্প্রদায় অমা দেশসিদা লৈরম্বরা নত্রগা মতসিবু য়োক্খৎপা বেদান্তসূত্রগী অরিবা ভাষ্য লৈবরা হায়বদি ঙমদে। উপাসনা-পদ্ধতিদগী খঙ্দি রাজারামমোহন রায়না হৌদোক্লম্বা ব্রাহ্মসম্প্রদায়দি মত অমী চৎলী। যীশুনা হৌদোক্লম্বা সম্প্র-দায়সু মত অমী চৎলী হায়না খল্লী। অদুবু বাইবলদা পল্লিবদি গোড (ঈশ্বর), মহাক্কী থ্রোণ (সিংহাসন) অমসুং সিংহাসনগী নাকল অমদা যীশুখৃষ্ট অহুগা অতোপ্পা নাকল্দনা হোলিঘোষ্ট হায়বদি পবিত্র (অশেঙবা) আত্মা লৈ হায়বসিনী; মহু উরুরগদি নিরাকার স্বরূপ অদুতা নত্তনা

অতোপ্পা স্বরূপ অমস্থু লৈবগী ইঙ্গিত য়াইবলদা লৈ। হৌজিক্মুক, মুসলমান ধর্ম্মগী মরমদা নৈনসী। হৌজিকালদা মুসলমান-সমাজদা চংনরিবা সাধন-পদ্ধতি অদুগা ঈশ্বরগী স্বরূপকী মরমদা থাজনরিবা অসিদগী থনবদি—হজরত মহম্মদনা হৌদোক্লম্বা মুসলমান-ধর্মস্থু নিরাকারদি ওইরগা সগুণ-বাদী-নী। কোরাণ শাস্ত্রদা ভগবান্গী নিরাকার সগুণ স্বরূপ লৈ হায়বসী তরং-তরংনা পল্লম্মী হায়না মুসলমান সাধক খরগী মত লৈ হায়না থনবা য়াই; অনিদগী হেন্দোকপা স্বরূপ অমগী রাস্থু থুপ্লপ্পা পল্লম্মী হায়না থনবা য়াই। মুসলমান সাধকশিংগী পাম্জবা ধামশিংগী মনূংদা বেহেস্ত, আরস্, লা-মোকাম-নচিংবা ধামশিংগী মিং পন্বা থেংনৈ। ধাম খুদিংমক্কী চিন্ময়-ভারী; খুদিংমক "সর্ব্বগ (মফম পূম্নদা চৎপা), অনন্ত অমস্থুং বিভুনী।" বেহেস্তদা সাধনসিদ্ধ ওইরবা মীশিংনা তোঙান্নাবা (পরিচ্ছিন্ন ওইবা)—তোঙান্নাবগুম উবা—দেহ ফংভী: দেহসী চিন্ময়নী অমস্থুং নিত্যকিশোরনী (মতমপুম্নদা কৈশোরবয়সগী ওইবনী)। বেহেস্তদা অতৈ অখম-নাইদবা ভোগ সুখ ফংভী। মসী খরগী মখৈদি হিন্দুশিংগী স্বর্গগুম্বনী; খেন্নবা হায়ববু অসিনী, মদুদি—বেহেস্তদি নিত্যনী অদুগা স্বর্গদি অনিত্যনী: বেহেস্ত চিন্ময়নী, প্রাকৃত-নত্তবনী অদুগা স্বর্গনা জড়-নী প্রাকৃতনী। স্বর্গদা কর্ম্মফল চাবা লোইরগা জীবনা সংসারদা অমুক হন্না হল্লকপা লৈত্রে। স্বর্গ ফংবা হায়বসী মুক্তি নত্তে, অদুগা বেহেস্ত ফংবা হায়বসিদি মুক্তি মথল অমনী। বেহেস্তসিস্থু পরব্যোমদা লৈবা শীভলোক-ওম্দবা বৈকুণ্ঠ কোটি কোটিগী মনূংদা বৈকুণ্ঠ অমা ওইরম্বা য়াই। লা-মোকাম হায়নসিনা নির্ব্বিশেষ ধাম অমনী; ধামসিদা উবা য়াবা ওইনা করিমত্তা লৈতে। মসী হিন্দুশিংগী মরক্তা ব্রহ্মসায়ুজ্য-পাম্বশিংগী ফংকম সিদ্ধলোক অদুগুম্বনী। আরস্ অসিস্থ ধাম অমনী। ধামসিদা ভগবান্গী দরবার ফম্মী। দরবারসিদা মরু-ওইনা পোত্তা মরিথক লৈ মদুদি—আরস্, কুর্সি, লক্ অমস্থুং কলম (কোলোম)। আরস্ অমস্থুং কুর্সি-দি ভগবান্গী আসন-ভারী; আরস্না মথাদা লৈ, আরস্কী মথক্তা কুর্সি থম্মী; কুর্সি-সিদা দরবারগী মতমদা ভগবান্না ফম্মী; কুর্সি অসী সিংহাসনগুম্বা পোত্তা অমনী। লক্ অসি স্কুলগী বোর্ডকুম্বা নত্রগা শ্লেট অচৌবা অমগুম্বা পোৎনী—মদুদা ইবগী থবক তৌরি, অদুগা কলম-দি খোর্জৈনী। ভগবান্না কলম অসিনা লক্ অদুদা কোরাণগী য়া ই। হাইরিবা পোৎশিংসী নত্তনা দরবারদা

ভগবানগী পার্ষদশিংস্তু—নিত্যসিদ্ধ অমদি সাধনসিদ্ধ পার্ষদ-লৈ। নিত্য-সিদ্ধ পার্ষদশিংবু ফেরিস্তা কৌয়ি। আরস্ অসী নত্তবা ধাম অমস্তু লৈ—মহুদা পর্দ্দা (যুথল) লীশীঙ লীশীঙগী মরুমদা ভগবান্ লৈ। অদুবু মফম-দুদা ভগবান্না স্বরূপ করিদা লৈ, করি তৌবি হায়বগী রাদি কোরাণ-দা পন্দে। নিত্যসিদ্ধ ফেরিস্তা অমদি সাধনসিদ্ধ ওইবা কনামতনা মফমদুদা চৎপগী অধিকার ফংদে। হজরত মহম্মদ-তদি পর্দ্দা কয়ামরুম লান্শল্লগা অমুকৃখক্ চঙশল্লুই হায়; মতমদুদা ঈশ্বরনা মফমদুদা লাক্লগা হজরত-তা দর্শন পীখি, অদুগা মতমদুদা হজরতকা লোয়নবা ঈশ্বরনা ৱারী শাখি। অদুবু ঈশ্বরনা করম্বা স্বরূপ-তা হজরৎতা দর্শন পীখি হায়বদুদি কোরাণ-দা পন্দে। হজরত-মুসা-স্তু ভগবদ্দর্শন ফংখি; দর্শন অসী নিরাকার জ্যোতিঃ স্বরূপকী দর্শন নত্তে; জ্যোতিঃস্বরূপকী দর্শনদি মহাক হান্নবা অমুক ফংথ-বনী, মদুদা মহাক্না পেন্‌বা ৩মদদুনা ভগবান্‌বু দর্শন তৌনীঙবদু থঙহনখি; মদুগী মতুং ইন্না ঈশ্বরনা কৃপা তৌবিদুনা চীঙ অমদা মঙোন্দা দর্শন পীবিখি; দর্শন ফংলগা মুসানা ৱাস্থরম্মী; মহাক্না উথিবা স্বরূপ অদু করিমো হায়বদি হায়রমদে। অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু আরস্-ধামদা দরবার-শঙদা ফম্লবা কুর্সি, পর্দ্দা লীশীঙ ময়ামগী মরুমদা ভগবান্না লৈবা, হজরত মহম্মদ-না ভগবান্‌বু উবা, অমস্তুং ৱারী শান্নবা, হজরত মুসানা জ্যোতিস্বরূপতগী হেন্দোকপা অতোপ্পা স্বরূপ অমা দর্শন তৌবগী ৱা পল্লম্বসিদগী অনুমান তৌবা য়াবদি কোরাণ-দা নিরাকার স্বরূপ নত্তনা স্বরূপ অতৈ অমা লৈ হায়বগী ইঙ্গিত-তি য়াওরি; স্বরূপসীদি সাকারস্তু ওইরম্বা য়াই, অদুগা স্বরূপসিগী ৱা থন্দুনা পাঠান পীরদুনা মহাপ্রভুগী সিদ্ধান্তবু য়াবদা আপত্তি তৌরম্দবনী।

মূল ২০১–২০৪

সেই ত গোসাঞি তুমি সাক্ষাৎ ঈশ্বর।
মোরে কৃপা কর, মুঞি অযোগ্য পামর॥ ২০১॥
অনেক দেখিনু মুঞি ম্লেচ্ছ-শাস্ত্র হৈতে।
সাধ্য-সাধন-বস্তু নারি নির্দ্ধারিতে॥ ২০২॥

তোমা দেখি জিহ্বা মোর বলে 'কৃষ্ণকৃষ্ণ' নাম।
"আমি বড় জ্ঞানী" এই গেল অভিমান॥ ২০৩॥
কৃপা করি বোল মোরে সাধ্য-সাধনে।
এত বলি পড়ে মহাপ্রভুর চরণে॥ ২০৪॥

## শব্দার্থ

সেই ত—অদু ; গোসাঞি—ঈশ্বর ; তুমি—নঙ ; সাক্ষাৎ ঈশ্বর—চংচংবা ঈশ্বরনী ; মোরে—ঐবু ; কৃপা কর—চান্‌বিয়ু ; মুঞি—ঐ ; অযোগ্য—মতীক চাদবা ; পামর—অত্তোনবনী ; অনেক—য়াম্না ; দেখিনু—উরে ; ম্লেচ্ছ-শাস্ত্র হৈতে—ম্লেচ্ছ-শাস্ত্রদগী ; সাধ্য—পান্দম ; সাধন—ফংনবা ত্তৌবা ; নারি—ঙমদে ; নির্দ্ধারিতে—লেপ্পা ; তোমা দেখি—নঙবু উবদা ; জিহ্বা—লৈয়েঙনা ; মোর—ঐগী ; বলে—শোল্লী ; 'কৃষ্ণকৃষ্ণ' নাম—কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা মিংলেন ; আমি—ঐ ; বড়—অচৌবা ; জ্ঞানী—অখঙবনী ( হায়বা ) ; এই—অসী ; গেল—চৎখ্রে ; অভিমান—নাপল ; কৃপা করি—চান্‌বিদুনা ; বল—তাকপীয়ু ; মোরে—ঐঙোন্দা ; সাধ্য-সাধনে—সাধ্যগা সাধনগা ; এত—অসী ; বলি—হায়রগা ; পড়ে—তুই ; মহাপ্রভুর চরণে—মহাপ্রভুগী খোঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মুসলমান পীরনা অমুকহু হায়রম্মী)—"ঈশ্বর হায়বদি নঙনী ; নহাক চংচংবা ঈশ্বরনী। ঐবু চান্‌বিয়ু, ঐদি মতীক চাদবা অত্তোন্‌বা মীনী। ঐহাক ম্লেচ্ছ-শাস্ত্রদগী য়াম্না উরবনী ; অদুবু সাধ্য করিনো সাধন করিনো হায়বদু লেপ্পা ঙম্‌দ্রি। নঙবু উবদা ইরৈনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা মিংলেন অসী শোল্লী। ঐহাক্তি অচৌবা জ্ঞানী অমনী হায়না তৌরম্বা নাপল মাঙখ্রে। চান্‌বিদুনা সাধ্যগা সাধনগা করি করিনো হায়বদু তাকপীয়ু।" অসি হায়রগা প্রভুগী চরণ-খাদা পীরু তুথখি।

মূল ১০৫

প্রভু কহে—উঠ, কৃষ্ণনাম তুমি লৈলে।
কোটিজন্মের পাপ গেল পবিত্র হইলে॥ ২০৫॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; উঠ—হৌগৎলো ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিং-লেন ; তুমি—নঙনা ; লৈলে—লৌরে ; কোটিজন্মের—মপোক কোটিগী ; পাপ গেল—পাপ কোক্লে ; পবিত্র—অশেংবা ; হইলো—ওইরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—হৌগৎলো ; নঙ কৃষ্ণনাম শোল্লে, অদুনা মপোক কোটিগী নপাপ পুম্বা কোক্লে, অদুগা পবিত্র ওইরে।

### মূল ২০৬

"কৃষ্ণ কহ কৃষ্ণ কহ" কৈল উপদেশ।
সভে "কৃষ্ণ" কহে, সভার হৈল প্রেমাবেশ ॥ ২০৬ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ কহ কৃষ্ণ কহ—কৃষ্ণ শোল্লু কৃষ্ণ শোল্লু (হায়না) ; কৈল উপদেশ—পাউতাক পীরম্মী : সভে—পুম্নমক্না ; কৃষ্ণ কহে—কৃষ্ণ শোল্লী ; সভার—মখোয় লোইনমক্কী : হৈল প্রেমাবেশ—প্রেমাবেশ ওইখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণ শোল্লু হায়না প্রভুনা পাউতাক পীরম্মী। মখোয় লোইনমক কৃষ্ণ শোল্লী ; মখোয় লোইনমক্কী প্রেমাবেশ ওইরম্মী।

### মূল ২০৭

"রামদাস" বলি প্রভু তার কৈল নাম।
আর এক পাঠান তার নাম বিজুলিখান ॥ ২০৭ ॥

### শব্দার্থ

রামদাস বলি—রামদাস হায়না ; প্রভু—প্রভুনা ; তার—মাগী ; কৈল—থোন্থি ; নাম—মিং ; আর—অতোপ্পা ; এক পাঠান—পাঠান অমা ; তার নাম—মাগী মিংনা ; বিজুলিখান—বিজুলিখান।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা পীর-দুগী মমিং 'রামদাস' হায়না থোনবিখি। অতোপ্পা পাঠান অমা য়াওরম্মী। মাগী মিংনা বিজুলিখান কৌয়ি।

মূল ২০৮-২১২

অল্পবয়স তার,—রাজার কুমার।
রামদাস আদি পাঠান চাকর তাহার॥ ২০৮॥
কৃষ্ণ বলি পড়ে সেহ মহাপ্রভুর পায়।
প্রভু শ্রীচরণ দিল তাহার মাথায়॥ ২০৯॥
তা-সভারে কৃপা করি প্রভু ত চলিলা।
সেই ত পাঠান সব বৈরাগী হইলা॥ ২১০॥
"পাঠান বৈষ্ণব" বলি হইল তার খ্যাতি।
সর্ব্বত্র গাইয়া বুলে মহাপ্রভুর কীর্ত্তি॥ ২১১॥
সেই বিজুলিখান হৈল মহাভাগবত।
সর্ব্ব তীর্থে হৈল তাঁর পরম মহত্ত্ব॥ ২১২॥

শব্দার্থ

অল্পবয়স—চহী মতাং খজিক্কনী ; তার—মাগী ; রাজার—নিংথৌগী ; কুমার—মচানুপা ; রামদাস আদি—রামদাসনচিংবা : পাঠান—পাঠান ; চাকর—মনাইনী ; তাহার—মহাক্কী ; কৃষ্ণ বলি—কৃষ্ণ হায়না শোল্লগা ; পড়ে—তুই ; সেই—মহাক্ক ; মহাপ্রভুর পায়—মহাপ্রভুগী মখোঙদা ; প্রভু—প্রভুনা ; শ্রীচরণ—খোঙ ; দিল—পীখি ; তার—মাগী ; মাথায়—কোক্তা ; তা সভারে—মখোয় পুম্নবু ; কৃপা করি—কৃপা তৌদুনা ; প্রভু ত—প্রভুনা ; চলিলা—লেঙলম্মী . সেই ত—অদু ; পাঠান সব—পাঠান পুম্নমক ; বৈরাগী—লম্বোইবা ; হইলা—ওইরে ; পাঠান বৈষ্ণব—পাঠান বৈষ্ণব ; বলি—কৌদুনা ; হইল—ওইখি ; তার—মাগী ; খ্যাতি—মিংচৎ ; সর্ব্বত্র—মফম পুম্নমক্তা ; গাইয়া—শক্লুনা ; বুলে—কোয়চৎ চৎলী ; মহাপ্রভু কীর্ত্তি—মহাপ্রভুগী মিংচৎ ; সেই বিজুলি খান—বিজুলিখান অদু ; হৈল—ওইরে ; মহাভাগবত—অচৌবা ভক্ত ; সর্ব্বতীর্থে—তীর্থ পুম্নদা ; হৈল—ওইখি ; তাঁর—মহাক্কী ; পরম মহত্ত্ব—অয়োৌবী মাহাত্ম্য।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিজুলিখানগী চহী য়াম্‌ত্রি, মহাক নিংথৌগী মচান্নুপানী ; রামদাস-নচিংবা পাঠানশিংঙ্গু মহাক্কী মনাই ওাক্কী। মহাক্না কৃষ্ণ শোন্দুনা প্রভুগী চরণ খাদা দণ্ডবৎ তৌরম্মী। প্রভুস্থ মাগী মকোক্তা শ্রীচরণ থম্বিখি। মখোয় লোইনমকপু চান্‌বিরগা প্রভুনা লেঙখি। পাঠান পুম্নমক্তো লম্বোই-রম্লে। পাঠান বৈষ্ণব হায়না মখোয়বু খঙনরম্মী। মখোয়না মফম পুম্নমক্তা মহাপ্রভুগী মিংচৎ শক্‌ শোন্দুনা কোয়চৎ-চৎলম্মী। বিজুলিখান অন্থস্থু মহাভক্ত ওইরম্মে, তীর্থ পুম্বদা মহাক্কী মাহাত্মাত্থু খঙনরম্মী।

## নৈনরোল

সন্তে—পাঠান লোইনমক : পাঠান তরাত্থমক।

## মূল ২১৩

ঐছে লীলা করে প্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
পশ্চিম আসিয়া কৈল যবনাদি ধন্য ॥ ২১৩ ॥

শব্দার্থ

ঐছে—মতৌ অস্থম্না : লীলা করে—লীলা তৌয়ি ; প্রভু—শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা ; পশ্চিম—নোংচুপ্লমদা ; আসিয়া—লেঙলকুনা ; কৈল—ওইহন্‌খি ; যবনাদি—যবন-নচিংবা মীশিংবু ; ধন্য—থাগৎনঙাই, মহৈ-য়ান্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা মতৌ অস্থম তৌনা লীলা তৌবিখি। প্রভুনা নোংচুপ লমদা লেঙত্থুনা যবন-নচিংববু ধন্য ওইহন্‌খি।

## মূল ২১৪

সোরোক্ষেত্রে আসি প্রভু কৈল স্নান।
গঙ্গাতীর-পথে কৈল প্রয়াগে প্রয়াণ ॥ ২১৪ ॥

শব্দার্থ

সোরোক্ষেত্রে—সোরোক্ষেত্রদা ; আসি—লাকুনা প্রভু—প্রভুনা ;

কৈল স্নান—স্নান তৌয়ি; গঙ্গাতীর-পথে—গঙ্গা-তোর্ব্বান-লম্বীদা লেঙ-ছনা; কৈল—তৌথি; প্রয়াগে প্রয়াণ—প্রয়াগরোমদা চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সোরোক্ষেত্রদা লেঙঙক্লগা প্রভু স্নান তৌথি। গঙ্গাতোর্ব্বান্‌গী লম্বীদা লেঙছনা প্রভু প্রয়াগ তাম্না লেঙভী।

মূল ২১৫-২১৭

সেই বিপ্র কৃষ্ণদাসে প্রভু বিদায় দিলা।
যোড় হাথে দুইজন কহিতে লাগিলা॥ ২১৫॥
প্রয়াগপর্য্যন্ত দোঁহে তোমা সঙ্গে যাব।
তোমার চরণ-সঙ্গ পুন কাঁহা পাব॥ ২১৬॥
ম্লেচ্ছদেশে কেহো কাহাঁ করয়ে উৎপাত।
ভট্টাচার্য্য পণ্ডিত কহিতে না জানে বাত॥ ২১৭॥

শব্দার্থ

সেই বিপ্র কৃষ্ণদাসে—মাথুর-ব্রাহ্মণদুবু অমসুং রাজপুত-কৃষ্ণদাসবু; প্রভু বিদায় দিলা—প্রভুনা বিদায় পীথি; যোড়হাথে—খুৎ লোম্নছনা; দুইজন—মী অনীনা; কহিতে—হায়বা; লাগিলা—হৌথি; প্রয়াগপর্য্যন্ত—প্রয়াগ ফাওবা; দোঁহে—অনীনা; তোমা সঙ্গে—নঙগা লোয়নমা; যাব—চৎকে; তোমার—নঙগী; চরণ-সঙ্গ—নখোঙগী সঙ্গ; পুন—অমুক; কাঁহা—কদায়দা; পাব—ফংগনী; ম্লেচ্ছদেশে—মুসলমানগী লৈবাক্তা; কেহো—কনাগুম্বনা; কাহাঁ—কদায়দা; করয়ে উৎপাত—উৎপাৎ তৌবা য়াই; ভট্টাচার্য্য পণ্ডিত—বলভদ্র ভট্টাচার্য্য পণ্ডিত; কহিতে—ঙাঙবা; না জানে—খঙদে; বাত—( পশ্চিমাগী ) লোল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাথুর ব্রাহ্মণগা রাজপুতকৃষ্ণদাসগবু প্রভুনা ( সোরোক্ষেত্রদা ) বিদায় পীথি। মখোয় অনীনা খুৎ লোম্নরগা হঙ্গৎলম্মী—"প্রয়াগ ফাওবা ঐখোয়নী প্রভুগা লোয়নগনী। প্রভুগী চরণ-সঙ্গ অমুক হন্না কদায়দবু ফংগদগে?

ম্লেচ্ছদেশদা মকম কৈনো অমদা উৎপাত তৌরবা য়াই। ( বলভদ্র ) ভট্টা-চার্য্যদি পশ্চিমাদেশকী লোল ভাঙবা থোক্তে।"

মূল ২১৮

শুনি মহাপ্রভু ঈষৎ হাসিতে লাগিলা।

সেই দুইজন প্রভুর সঙ্গে চলি আইলা॥ ২১৮॥

শব্দার্থ

শুনি—নাকাঙনা তারগা ; মহাপ্রভু— মহাপ্রভুনা ; ঈষৎ— খজিক্কং ; হাসিতে—নোকপা ; লাগিলা—হৌখি ; সেই—অদু ; দুইজন—মী অনী ; প্রভুব সঙ্গে —প্রভুগা লোয়নদা ; চলি আইলা—লাক্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়নীগী ৱাহু তারগা প্রভুনা হাইফেৎ নোকৃখি। মখোয়নীদো প্রভুগা লোয়ননা লাক্লম্মী।

মূল ২১৯

যেই যেই জন প্রভুর পায় দরশন।

সে-ই প্রেমে মত্ত —করে কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন॥ ২১৯॥

শব্দার্থ

যেই যেই জন— মী মীদুনা ; প্রভুর— প্রভুগী ; পায়— ফংভী ; দরশন —দর্শন (উবা) ; সেই—মহাক্লমক ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমদা ; মত্ত—অঙাওবা ( ওই ) ; করে—তৌয়ি ; কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন—কৃষ্ণশোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী দর্শন ফংলু-ফংলুবা মীদুমক কৃষ্ণপ্রেমদা ঙাওজে অদুগা কৃষ্ণ শোল্লী।

মূল ২২০

তার সঙ্গে অন্যান্য, তার সঙ্গে আন।

এই মত বৈষ্ণব কৈল সব দেশ গ্রাম॥ ২২০॥

## শব্দার্থ

তার সঙ্গে—মাগা সঙ্গ তৌবদগী ; অন্যান্য—মী অতৈ অতৈ ; তার —মহাক্কী ( অতৈ অমত্তুগী ) ; সঙ্গে—সঙ্গনা ; আন—অতোপ্পা অমা ; এইমত—মতৌ অসুম্না ; বৈষ্ণব কৈল—বৈষ্ণব ওইহন্‌খি ; সব— লোইন- মক ; দেশ—লৈবাক ; গ্রাম—খুল ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী দর্শন-ফংলুবা মী মাগা সঙ্গ তৌবা অতৈ অমা, অতৈ অমত্তুগা সঙ্গ তৌবা অতৈ অমা—অসুম্না দেশ পুম্ব' গ্রাম পুম্বু বৈষ্ণব ওইহন্‌খি ।

## মূল ২২১

দক্ষিণ যাইতে যৈছে শক্তি প্রকাশিল ।

সেই মত পশ্চিমদেশ প্রেমে ভাসাইল ॥ ২২১ ॥

## শব্দার্থ

দক্ষিণ –খারম ; যাইতে —চৎপদা ; যৈছে—মতৌগুম্না ; শক্তি প্রকা- শিল—শক্তি উংখি ; সেই মত—মতৌ অদুগুম্না ; পশ্চিমদেশ—নোংচুপ্লম্বু ; প্রেমে—প্রেমদা ; ভাসাইল—তাউহন্‌খি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খা ভারত লেঙবা মতমদা প্রভুনা শক্তি উৎখিবগুম পশ্চিমা লমদম্বুসু কৃষ্ণপ্রেমদা তাউহন্‌খি ।

## মূল ২২২

এইমত চলি প্রভু প্রয়াগ আইলা ।

দশদিন ত্রিবেণীতে মকর স্নান কৈলা ॥ ২২২ ॥

## শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; চলি—চৎলগা ; প্রভু—প্রভুনা ; প্রয়াগ আইলা—প্রয়াগ লাক্‌খি ; দশদিন—সুমীৎ তরা ; ত্রিবেণীতে—ত্রিবেণীদা ; মকর স্নান—মাঘ থাগী ত্রিবেণী-স্নান ; কৈলা—তৌখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না প্রভু প্রয়াগ-লম্দম্ য়ৌরকৃখি। মুমীৎ মরানি ত্রিবেণীদা মাঘ থাগী স্নান তৌখি।

## নৈনরোল

ত্রিবেণী—গঙ্গা, যমুনা অমসুং সরস্বতী তুরেল অহুমগী ইরোঙফম্।

## মূল ২২৩-২২৪

বৃন্দাবন-গমন প্রভুর চরিত্র অনন্ত।
সহস্রবদন যার নাহি পায় অন্ত ॥ ২২৩ ॥
তাহা কে কহিতে পারে ক্ষুদ্র জীব হঞা।
দিগ্‌দরশন কৈল সূত্র করিয়া ॥ ২২৪ ॥

## শব্দার্থ

বৃন্দাবন-গমন— বৃন্দাবন চৎপা ; প্রভুর— প্রভুগী : চরিত্র—চরিত ; অনন্ত—ওমথৈ-নাইদবনী ; সহস্রবদন—চীন-লীশীঙ-লোঙবা অনন্তদেবনা ; যার—অদুগী ( চরিত্রনী ) নাহি পায়— ফংদে ; অন্ত—ওম্থৈ ; তাহা—মদুবু ; কে— কনানা ; কহিতে—হায়বা ; পারে—ঙমগনী ; ক্ষুদ্র জীব—জীব পিশক ; হঞা—ওইরগা ; দিগদরশন—মায়কৈ ল কৃপা ; কৈল—তৌখি ; সূত্র করিয়া—লংদাইফম শেম্দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গ্রন্থকারনা হায়— প্রভুনা বৃন্দাবন লেঙবগী চরিত-তি ওমথৈ নাইদে। চীন্-লীশীঙ-লোঙবা অনন্তদেবফাওবনা চরিতশিংদুগী ওমথৈ ফংদে। জীব অপিখক ওইবা মী কনানা মদু হায়বা ঙম্‌গদগে ? সূত্র ওইনা ইরগা মায়-কৈগী পরিং হুন্‌বতনী।

## মূল ২২৫

অলৌকিক লীলা প্রভুর অলৌকিক রীতি।
শুনিলেহ ভাগ্যহীনের না হয় প্রতীতি ॥ ২২৫ ॥

### শব্দার্থ

অলৌকিক—মীওইবগী নত্তবা ; লীলা—থৌদৌ ; প্রভুর—প্রভুগী ; অলৌকিক—মীওইবগী নত্তবা ; রীতি—নাওংনী ; শুনিলেও—নাকোঙনা তারগসু ; ভাগ্যহীনের—লাইবক-থীবগীদি ; না হয়—ওইদে. প্রতীতি—থাজবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী লীলাদি অদুগা রীতিদি মীরম্নেনগী অদুগুম্বা নত্তে। মরমদুনা মনাকোঙনা তারবফাওবদা ।াইবক থীবা মীত্তানদি থাজবা ঙম্দে।

### মূল ২২৬

আদ্যোপান্ত চৈতন্যলীলা অলৌকিক জান।
শ্রদ্ধা করি শুন ইহা সত্য করি মান ॥ ২২৬ ॥

### শব্দার্থ

আদ্যোপান্ত—হৌবদগী লোইবফাওবা ; চৈতন্যলীলা—শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি ; অলৌকিক—অঙকপনী ; জান—খঙউ ; শ্রদ্ধা—থাজবা ( বিশ্বাস ) ; করি—তৌদুনা ; শুন—নাকোঙনা তাও ; ইহা—মসী ; সত্য—সত্যনী ( অচুম্বনী ) ; করি—হায়না ; মান—লৌও।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌবদগী লোইবফাওবা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী লীলাদি অঙকপা ওাক্নী। মরমদুনা থাজবগা লোয়ননা শ্রবণ তৌ ; মসিবু অচুম্বনী হায়না লৌও।

### মূল ২২৭

যেই তর্ক করে ইহা—সে-ই মূর্খরাজ।
আপনার মুণ্ডে আপনি পাড়ে বাজ ॥ ২২৭ ॥

### শব্দার্থ

যেই—মী মাদুনা ; তর্ক করে—য়েৎলী ; ইহা—(রা) অসিবু ; সেই—মহাক ; মূর্খরাজ—মূর্খগী নিংথৌনী হায়বদি য়াম্না পঙবা মীনী ; আপনার—মছামক্কী ; মুণ্ডে—মকোক্তা ; আপনি—মছামক্না ; পাড়ে—থাদৈ ; বাজ—নোংমৈ শীঙজঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী লীলাদি অওকপনী হায়বসিবু য়েংলগা মীয়ুদি মূর্খনকোক্নী মহাক্কুদি মথন্তগী মকোক্তা মছা মথন্তনা বক্র তাহন্‌বনী।

মূল ২২৮

চৈতন্যচরিত্র এই অমৃতের সিন্ধু।

জগৎ আনন্দে ভাসায় যার এক বিন্দু ॥ ২২৮ ॥

শব্দার্থ

চৈতন্যচরিত্র—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী চরিত্র ; এই—অসী ; অমৃতের সিন্ধু—অমৃতগী সমুদ্রনী ; জগৎ—জগৎপু ; আনন্দে—নুংঙাইবদা ; ভাসায়—তাউংল্লী ; যার—মতুগী ; এক—অমা ; বিন্দু—মরীক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গ্রন্থকারনা হায়—শ্রীচৈতন্যগী চরিত্রসীদি অমৃতগী ঈপাক্নী ; ঈপাকসিগী ঈরীক অমনা জগৎপু নুংঙাইবদা তাউহল্লী।

মূল ২২৯

শ্রীরূপরঘুনাথ পদে যার আশ।

চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ২২৯ ॥

শব্দার্থ

শ্রীরূপরঘুনাথ-পদে—শ্রীরূপগোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামীগী খুয়াখাদা ; যার—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণদাস গোস্বামীগী) ; আশ—আশা (থম্লিবা) ; চৈতন্যচরিতামৃত—শ্রীচৈতন্যচরিতকী মশক ওইবা অমৃতবু ; কহে—বর্ণন তৌজৈ ; কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপগোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামীদা আশা থম্জরিবা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু বর্ণন তৌজেয়ে।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে শ্রীবৃন্দাবনদর্শনবিলাসো নাম অষ্টাদশপরিচ্ছেদঃ।



# শীতলজিৎকী লাইরীকশিং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, রোহিনী, মুংশিরাথৈবা।

রারী-মচা—লৈকোন্নুংদা, লৈমুংশি।

শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইথৌলাংবা, শকুন্তলা, শৈরাংবা ( ১বা শরুক্ )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদ্‌গীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈরোন্গী অনুবাদকা কোন্নবা ) মমল লুপা ২০৲

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন্-শৈথন্

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.

৬। Friends' Pocket Dictionary, (English to Manipuri)

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড অহান্‌বা—লুপা ২০৲

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ১৮৲

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ১৫৲

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ৩২৲

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ২০৲

১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ২৮৲

১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫৲

১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ২০৲

১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০৲

১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহান্‌বা—লুপা ২৫৲

১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ৪৮৲

১৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ৪০৲

১৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ১০৲

২০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ১০০৲

২১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ৪৫৲

২২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫৲

২৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ৩০৲

২৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ২৫৲

২৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরাশুবা—লুপা ৯০৲

২৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরামাথোইশুবা—লুপা ১০০৲

২৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরানীথোইশুবা—লুপা ৩৫৲

২৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরাহুমদোইশুবা—লুপা ৩০৲